# পুন্সি-পামেল

ইরুবা ঃ—

শ্রীএলাংবম জয়চন্দ্র সিংহ
এলাংবম লৈকাই ( লৈরক মচা )
কৈশামথোং, ইম্ফাল।

মমল লুপা ৬·০০

# থৈজ রাইট অইবগীনি



লইরিক ফংফম :—বুক লেণ্ড
পাওনা বাজার, ইম্ফাল।
অহানবা থুৎনম :—জুলাই ১৯৮৩
কোপি, ১১০০

লাইরিক নম্ফম :—গীতা প্রিণ্টর্স, নগারা কৈশাম্পাৎ, ইম্ফাল।

## কচ্চবা :—

কচ্চরি···ঐখোইবু পোকপিরবী ইমা ৺পূয়শক্কীগী মফমদা

লৌবিয়ুকো ইমা লংনবা লৈতনা

পাংত্রবা নচানা লেংজবা,

পিক্রবা লাইরিক মচা অসে ।

লৈসি লৈখোদ্দি হৈজদা,

ইতিক ইপাদি চাজদা,

পাদ্দবা রাখল্লা থুম্ফংখি,

পাংদ-পাংদা লাম্হোকচবা

নিংবা থুংদে বারোংবগন্নু ।

পাঙল শোল্লবা নচানি

খাই-লক্পী তোল্লবনি,

পুবা ঙমত্রবা সনজিংগুম,

ইতিক ইপাদি নংচদা,

লাম্হোকচরি খুদোলসে,

লংনবা লৈত্তনা

ত্তরাম ত্তরাম লৌশিনবিয়ুকো ইমা ।

কচ্চরি নচানা "পুন্সি-পামেল"

তোল্লবা নচা :—

এং জয়চন্দ্র সিংহ

# থৌক্রমজবা

তম্বা থংবগী লোইবা নাইত্রবা মপান নাইত্রবা পাক্রবা ভ্রামাগী সংস্থান্দা পামজনা চংজক্রবদা, মমলবা রাখলগী লম্বীবু লমজিং লমতাংকপিতুনা মঙালগী শরুক ,মমং কংহন্নবিরম্বা—

শ্রীযুক্ত সোরোখাইবম ৺ললিত সিংহ

অমদি শৈকেক শৈদাদা শৈদমীত্রম্বা

শ্রীযুক্ত ঙাংবম ৺নিমাই সিংহ

লৈখিত্রবা ঐগী গুরু অনিগী মফমদা হম্না হম্না থৌক্রমজরি।

অসিদা নংতনা থাই তম্না লক্তা তিম্নবা হোৎনজবদা, পাংতত্রবা ঐগী ইভেং পাংখিতুনা থৌনা হাপ্লিখিবা পুকচেল চাওরবশিংগী মফমদসু শিংঙমত্রবা লম্মনবু মপোক অসিমগী তোঙরবনি।

অইবা :—এঃ জয়চন্দ্র সিংহ

# "পুন্সি-পামেল"

লাইরিক অসিগী চাওরাকপা ব্রায়ম থরদং :—

পুন্সি-পামেল কৌবা ( ড্রামা, সমাজিক নাটক ) অসি ঐনা ইজবা লাইরিকশিংগী মশুংদা ১৮ (তরানিপান) শুবা খুৎইনি। মসিদা নংত্তনা ঐনা ইজবা (ড্রামা) থরা লাইরিক অসিগী অরোইবা শরুক্তা মশক মমিং তাকচরি .. ।

অমনা, পুন্সি-পামেল কৌবা লাইরিক মচা অসি শোক ১৯৬৪ দা ওল মণিপুর ড্রামা কম্পিটিসনদা এম, এ, টি, ডি, পিনা লাৎত্রোকচবদা 'বেষ্ট এক্ট্রেস' কী মনা ফংব্রবা ওমদ মণিপুরগী মনুংদদা নংত্তনা ওল অসামগী মনুংদসু য়াম্না তোইনা শান্নবগী চানাবহেবা খোনা পিনর্বিখি ... ...।

লাইরিক অসিগী মরু ওইবা উদ্দেশ্যদি, মতৈ মশিং তমলিবা পিক্কিবা অঙাংদগীনা নিংতোল-মো অমদি হৃচিপ ইনাও, অহল-লম্মান ওইবাশিংগী, হৌজিক, মহৌশা হৌখবগী লোদাক্তা খেন্নরকপা, মরমদি লৌশিং জান্দা খেন্নরবসু মমাংতৈগী ওইবা ইপানাং ইপু-নাংকী হৌনবি ব্যবহার লমচংপু কজনা তাক্লা থংজিনংবগী মথক্তা নিপী ওইবিগী থোদাং করিনো হায়বদো পামজবা থরদং ফো-দোকচরনি। মসিবু মুংশিবিবগী থম্মোই চেনবিহুনা, চানবিহৈবগী মিৎয়েংবু চিংশিনবিহুনা, লাইরিক অসি ফোংজবগী মহৈ য়ালহনবিয়ু

নোঙ্গরিবা অইবা।

# পুন্সি-পাম্বেল

## লিলা অনিদা অচংবা মীওইশিং

### নিপা :—

১। বীরমালচান্দ — চহি ১৫ রোম শুরবা মিং উদবা পাথং।

২। নিলচন্দ্র --চহি ১৫,২৬ লোম শুরবা লাইরবা পাখং।

৩। কোমেন্দ্র —চহি ৩৮ রোম শুরবা স্কুল ইন্‌সপেক্টর।

৪। সেখর — চহি ২৬ লোম শুরবা নপা অদুনা।

৫। শ্যামকুমার চহি ৮,৯ রোম শুরবা নিপা মচা অমা।

৬। পিনক্ক —চহি ৮,৯ লোম শুরবা নিপা মচা অমা।

বেক গ্রাউন্ড: ঈখৈ কৈথেক লোমানচিংবগী রাহেং হাঙগী নিপা অমা নিপী অমা।

### নিপী :

১। স্বর্ণলতা চহি ১৭ লোম শুরবী লৈশাবী অমা।

২। ইবেমহল চহি ৩৭ রোম শুরবী মৌনহা অমা।

স্বর্ণলতাগী মমাম্বী (লৈশাবী) কেতুকি, মামিনি অমমুং নিপীমচা হেম্বানপিঙ্কচিংবি ওঙ্গা ... ...।

লিলা অসিনা অহানবা ফোংবদা ষ্টেজ কুমখিবা :—

# মণিপুর আর্টিস টুরিং ড্রামা পার্টি, ইম্ফাল

১। বামোলচান্দ—শ্রীযুক্ত তোংব্রম চাওবা সিংহ
২। নিলচন্দ্র — ,, এল, ইবোতোম্বী সিংহ
৩। কোমোল - ,, হৈস্নাম শরৎচন্দ্র সিংহ
৪। সেখর — ,, শামুরাইলাৎপম কোমোল শর্ম্মা
৫। শ্যামকুমার — ,, কুমারি সিংথোজম ইবেথোই দেবী
৬। শিক্ষক ,, নাওরেম কামিনি দেবী

বেক খাউণ্ড অমদি ঈশৈ শৈরেক শৈদানচিংবা :—

এঃ জয়চন্দ্র সিংহ

১। সুর্নলতা কুমারী সনাবাম বুনাসক্ষী দেবী
২। ইবেমহল শ্রীমতি ঙাংবম নিঙোল অপাবী দেবী

সুর্নলতাগী মমাঙবী'শং কুমাবী সুবদনি, বিলাশিনি, তম্পাক চাওবী অসিনচিংবা ... ... ।

ডাইরেক্টর —
ঈশৈ সুর —
মিউজিক—

অইবা :—
এঃ জয়চন্দ্র সিংহ

# পুন্সি-পামেল

## অহোবম্বী শরুক

মুংখিল পুং ৩ লোম ভাবা মতম ।

স্কুল ইন্সপেক্টর কোইমোজম্বী য়ুম মাঙোল

( য়ুম অসি পাকা বিল্ডিং ওইনা তৌবা মতমগী খুমশাদা ছাইকেং মথং তাবা য়ুমশানি । য়ুম্না ভরু অহেনবা মফম অসিদা টেবিল চৌকিশিংনচিংবা থানি টেবিল মথক্তা ফুল গিলাস, ফল্লাংদা কেকেওয়মচিংবা থেংনুনা অতে পোংলম কয়া হাপচিল্লুনা মাঙোলগী মজবা কয়াবু মপুং ফাহল্লি, অসিগুম্বা মফম অসিদা চকি-টেবুল রোম ওইনা থামনা চৌকিশিং ক্মথুম্না টেবিল মথক্তা লাইরিক শিলেপ থম্মহনা লাকপিক ঐরাইরি )

শ্যাম -- মীওইবগী পুন্সিদা হকচাং ফবনা খাইদগী অথোইবা লাম, অতাংবা মীওইবগী পুন্সিদা হকচাং মহুংবু শেংজ্রবা মপোক অদো অমম্বা মপোক ওইরবনি । হকচাংনা ফত্রবদা ইহৈ ওম্বা কারদে, লাইশঙ্গা মিহৌরবা মমল য়াম্লবা পুন্সিদো কয়িগুম্বা কাম্নদ্রবা উৎকা পাংথবনি হায়রবদা থোইনা হায়জবা থোক-লোই । ( ভাজাজিলা-ইবেমহল থোরকুম্না )

ইবেমহল—হাই তাবিরম্না নিপাদো শংলো?

শ্যাম— তাদবা ) হকচাং মনুং শেংহনবগা লোইননা ইহৈ নিংশিনা তমহনা জ্ঞানগী লম্বীদা চংশিনগনি ।

ইবেমহল—হায় নংবু ঐনা হায়রিবসে, ননাহু তাদরা ?

শ্যাম · করি হায়বগে ইমা ।

ইবেমহল—নংতে নংগী ওঝাবু ভসি কয়াম থেংনা লাকনি হায়রম্বগে হায়বনি ।

শ্যাম—খংদে ঐঙোন্দদি হায়রমদে ইমা .... .... ( লাইরিক অমুক পাবা ) আ-মথা অহুবু, আ (পাবা) ইহৈ তম্রবা মতুংদা জ্ঞানগী লম্বী শন্দোহুনা তাইবংপানবদা অফবা মিংচৎ তানগনি ।

ইবেমহল—হায় নংবুনিনে ঐনা হায়রিবসে !

শ্যাম—ইমা ঐ লাইরিক ওাহাহু। ওয়াইহিংগেবা । আ-মথা অহুবু, আ-(পাবা) মীওইবগী পুক্তিদা অফবা মিংচৎনস্থ অথে ইবা গুণ অমনি, শিগ্রবস্থ মহুনা মুংযদ্রবা লেংদ্রবা ডপান্নি ।

ইবেমহল—( শাওনা ) মসিগী অঙাং অশে কয়াদনো। মসিদি ( চংশিন্দুনা শ্যামগী মনা পাইহুনা কন্না লৈবা )

শ্যাম । অনাবা থাংহুনা ) অয়ো য়ো য়ো ইস ! (শুগৎতুনা অনাবা থাংবা )

ইবেমহল—নথকী অহল লম্মন্না ওাংবা-শকপদা জাদ্রবা কান্নদ্রবা না, ভসি থদংলগে (কন্না লৈবা) তারবন্না ?

শ্যাম। তয়ে-য়ো-য়ো য়ান্না নারে ইমা, ।

ইবেমহল —(থাদোক্তুনা) তাররিগনিনে হৌজিক্তি। করিগীনো নংনা ননা অম্মুক য়াম্না কল্লিবসে হা ?

ঐ অসিবু কর হায়নখিনি আ-মচা অপোকপদি নংত্তবনিনা আ অহু অদা, নংতে নংনা ঐবু বদন্মম পিগে ঐরিবা, নংতর ও হা খুম্মো নচিন্দো, নংতে নং মতুং মনাও অহুম্মা হায়খিগদ্রা গা হায়য়ো (হুপে তৌবা)

শ্যাম—(বিনা চৌক্রিংদগী হৌগৎতুনা) ইমা! ঐবু য়ুবিগনু মতুং মনাও হায়জররোই, করিনো ইমানা হান্নবো?

ইবেমহল—অহুম্মা ঙশাইমা হায়বদি য়াদরা? নংতে নংগী ওঝা অহুবু ঙসি অসি লাকওইকা হায়রম্বরা হায়রংনি

শ্যাম—আ লাকনি ঙসিদি ঙন্তানা লাকনি হায়রম্মী, আ ইস রা হায়বা লোইরবরা ঐ লাইরিক অমুক ওরাইরগে। (লাইরিক ফাকতোক্লুনা পাবা) লল লৈরে হায়রগা চাওথোকফদে. লাইরৈ হায়দুনা নিংহন্নফদে লাইরু-অনং থুংশম্মনা চৎমিন্নদুনা তাইবংপানবদা মুংঙাইনা হিংমিননবা হোৎনমিন্নগদবনি। (লাইরিক থুপচিল্লগা অঙ্ক অমুক খোৎকদৌবগী তৌবা।)

ইবেমহল—(ঙসাইমখৈ কোংগো লোমদা ওন্দুনা নিলচন্দ্র লাকপরা য়েংঙম্বা) করিবু তৌরবনো কৌজিক ফাওবা লাক্লিবা আসবো (শ্যামদা) হাই তারিবরা য়েংঙো অসরাইফাওবা অমুক্তা চৎতুনা নংগী ওঝা অহু লাকপরা হায়দুনা অমুক্তা য়েংঙচো চৎলো।

শ্যাম—ইস! ইমা ঐ অঙ্গা কবি কমতা জৌদি, অহু অদিগাক্তা জৌথোকখিরে, অহু কন্নরদি ফ্রোহান ওঝানাক্তগা লৈরদি কো ইমা। (অহু তৌবা)।

ইবেমহল—নৎতে নংগী অঙ্কগাহ্ কোম্না তৌ, চৎলো অসন্নাই ফাওবা চৎতুনা অমুক্তা য়েংঙু চো হায়বনি।

শ্যাম—ইস! মী শোইদনা লাকচগদৌবা অসিবু আ-ইমানা য়েংবগী য়েংবা অহুম য়েংবিওরো কো ইমা। (অঙ্ক তৌবা)

ইবেমহল—ইয়া কয়াদা খাইডমপ্রবনো, হিস! মানস্থ ঐগী ইথক্তা.. ...। নৎতে চৎলো হায়বনি নংবো।

শ্যাম—ইমা, অঙ্ক অসি খোৎপা লোইদৌরে, লোইথোকঅগা য়েংঙু গে।

ইবেমহল—(শাওনা) নং য়াদরে, মসিদি কনাগী লাইরিকা অমতা তৌহল্লোই, (লাইরিক শিলেপ্পচিংবা লোইনবা খোমজিল্লগা হমুংদা পুশিন্দুনা চংগে তৌবা।)

শ্যাম—(তান্নহুনা) ইমা! ইমা! নৎতে ঐগী লাইরিক পিরো। (লাইরিক্লচিংবা লৌগে তৌবা)

ইবেমহল—(শাওনা) চন্নহাইও, কনাগী লাইরিক—।

(লাকুনা ইনবদা শ্যাম তুবা) খৎদবা শারগুনা ইমুংদা চংখিবা শ্যামনা থন্নাই হুংডাইতনা পেহো পেক্তৌ তৌদুনা হৈগৎলগা চৌক্রিদা ফম্মগা টেবিলদা মমাই শোদুনা কপতুনা লৈবা, তাপ্তাসিদা নিলচন্দ্র কৈজোম্ ফুরিং শেং-লিত্তু না চরু-তনাম্না চংডকই।)

নিলচন্দ্র—শ্যাম, শ্যাম! (তোংডিবা খোংঙুপ লৌথোক্লগা থম্মী) হাই বোই শ্যাম, শ্যাম (তাদবা) হাই, সে তারব্রা (মশা পাইদুনা নোম্বা) শ্যাম!

শ্যাম—(মপি তৈথোক্তুনা মমিং নোইরু-নোইরহনা) আ ওঝা।

নিলচন্দ্র —কৈদৌরে নংদি, ঐনা লাক্লিভৈগী মমাংদগী হৌনা লাই-
রিক-লাইশু নিংথিনা পা-খোক্তুনা লৈরম্মু হায়রগা উইহুনা
লৈরম্মবদি কৈদৌরবগে ? নৎতে নংবু নশা ভমত্রবরাও ?
আ-য়েংগেসে ( মরাইবক্কা পাইহুনা য়েংবা ) কৈস্ম্ তৌদেসে
চৎলো লাইরিক্কা লৌখোকউরো চৎলো।

শ্যাম —(চংগে তৌবদগী চপ লেপ্তুনা লাইরিক্তি ইমানা— ।

নিলচন্দ্র — কয়িনোনে মংনা হায়্যরবা অসিবো শ্যাম, ( লেক্লুনা )
হা-হা-হা, নৎতে ইমাম্ন নংগী লাইরিক্কু তম্মবরাও হা ?
আ-সে-অম্মুম্না হায়্যু, ইমা ওঝা লাকএ লাইরিক পিরো
অস্তুম্না ভাব তানা নিংথিনা হায়করো চৎলো।

শ্যাম (ইমুংদা চংখিহুনা) ইমা, লাইরিক পিরো ওঝা লাকএ।

ইবেমহল — ( ইমুংদা , চৎথোকউকো নং ঙসি ঐতোন্দা কবেমন-
জমুকো।

শ্যাম—অহুবু শে, লাইরিক পিরো হায়বা।

ইবেমহল — পিরোইনে ।

শ্যাম মীনা পিরো হাইরমক্তনা, (লাইরিক লৌরগা মপান্দা চেস্লো-
রকপা)

ইবেমহল — ইয়া, মসিগী অভাং অসিমক্তবু, (মশম ইফা-ফানা চেস্লো-
রক্লুনা তাম্নরকপা)

নিলচন্দ্র—তা-অা। ইতৈমা।

ইবেমহল—( নিলচন্দ্রবু উবদা ইকাই হঙ্গাইনা ) হৈমা, মাই ওঝা
লাকঅম্মেনা, আ ঐদি থাজরুদ্রবদো।

নি চন্দ্র—অহম্রাই ইতৈমা পী ল কচরে।

ইবেমহল—ইশ! করিনো শম-না কাসে ইফা হেক ফাইদা।

(নোকফেৎ তৌরহনা মকোক মরু নাম্বহনা ইমুংদা চংখিবা)

নিলচন্দ্র—আ-কদাই-কদাই অঙ্ক অহু হান্না য়েংগে (য়েংবা) হৈমা, কৈদৌরে নংগী অঙ্ক অসি হোৎপা পোইশিন্দ্রবদি হা? নংতে শ্যাম নংবু থবক য়ান্না চিনমনগ্রহনা অঙ্কা হোৎপা অসি লে ইশিনবা অমতা ডমদ্রবয়াও—হা? সে-সে খোৎলু খোৎলু পংপ পয়প লোইযু। (শ্যামনা অঙ্ক খোৎপা, ইবেমহল কেনা খোয়কপা।)

ইবেমহল - আ-ইবুংঙো ঙসিদি অমুক থেংডকঅবদি করি তৌরে?

নিলচন্দ্র - আ—ইতৈমা ঐ করিগুম্বা চৎতবা য়াদবা থবক অমতং চৎথোকচকহনা ঙসিদি থয়া থেংদোকথরে।

শ্যাম—আ ওবা, চৎযে মথৈদি থয়া থয়া ঙয়া ঙয়া লাকউ, অহু নৎএবদি ইমানা ওবা লাকপয়া য়েংঙুচো য়েংঙুচো হায়হনা কনাগী লাইনিঙ্কা ঔয়াইবা অঙ্কগা তৌবা অমতা য়াদে।

ইবেমহল—(ঙয়া) এঃ এঃ কয়াদা ঙকথ্রবা অঙাংনো মসে।

নিলচন্দ্র—আ - ইতৈমা, (থাম্বা) আ—শ্যাম, ঐনা নংঙোম্বা করি হায়না হায়, হা? লাইরিক তৌরিভৈদা মীনা ভাংবা-শকপা অমতা তাকন্নু, নংনা তৌরিবা ঔয়াইরিবা লাইরিক অহুদা পুক্লিং চংঙু হায়না হায়রগা করিনো নংনা ঙসি তৌরিবসে হা! অহুগা নং করিগী অহন্না ভাংবদা ওনশিন্দুনা খুম্মিবনো মহু য়াদেকো তৌ-তৌ অঙ্ক অহু লান্দনবা নপুক্লিং চংনা খোৎলু।

শ্যাম আ—অহুবুরো ওবা, য়েংঙো ঙসি ঐনা লাইরিক তৌরিভৈদা

ইমানা য়া হায় হায়বা, অতুদা ঐনা ওঝানা অসুয়া হায় হায়-তুনা হায়রুরে, অতুদগী ইমানা ঐগী লাইরিক শিলেপ-কশে শুপখোম খোমজিল্লগা ইমুংদা পুশিনখিবদগী অঙ্কা অমত্তা খোংপা লোয়হৌদ্রিবা অসিনি।

ইবেমহল—ইস! ইমাইপেম্মা, মসিগী অঙাং অসি করাদা মচিন থিগ্রবনো।

নিলচন্দ্র আ—ইতৈমা অমুক্তা (খাম্বা)

শ্যাম—আ—ঐদি অশেংবা বাদি লোইনবা হায়দোকনি অতু নংত্র-বদি ওঝানা য়াম্মা চৈবদো, আ মাগীদি লাইরিক্তবু ঔরাইরে হায়রবদি আ চা লৌরুচো, কা লৈরুচো, চুরুট লেরুচো, কদাই কদাইদগী পাওখোম্মো পংহাইদা হাই।

ইবেমহল—(মথবাক য়েত্তুনা) ইমাই পেমা ইমাই পেমা মানা থিরিবা মচিল অসি কয়াদা থিগ্রবনো। (শাওদুনা) মসিমক্তবু (শ্যামবু ফুগে চংশিল্লকপা শ্যামনা চৌক্রিদগী হৌগৎতুনা কোইচেন চেনবা)

নিলচন্দ্র—এঃ এঃ ইতৈমা, ইতৈমা অমুক্তা—। (খাম্বা ইবেমহলনা শ্যামবু অসুম তান্নরম্বদগী থক হন্দুনা শ্যামগী মকোক্তা কিম্না থিনবা।)

ইবেমহল—খংব্রা ?

শ্যাম—ইশ! (মকোক নায়তুনা মথুংনা নানবা)

নিলচন্দ্র—(মুংঙাইতনা) আ ফুখরেদা, শ্যাম ওঝাদি মত্তাং অসিদা করিনো অমা নিংশিংঙকএ, মতুদি অঙাং লংনরগা চোপ্পা কংজি, অহল-লমনদা করেম-কথাইনরগা কপ্পা কংজি হায়বা

প্রমান্দো—আ—থৌদোক অহুমক ঙসিদি নঙোন্দা থুংঙরে-
দো, অা—। (মকোক নানবিছুনা থেম্মগা) সে—সে করিস্থ
নাদেসে ইমানা ফুবন্থ শিনবা ফুগত্রা, আ নিংথিনা কম্মো
লাইরিক তৌরসিশে। (শ্যাম চৌক্রিদা কমথবা, নিলচন্দ্র অঙ্ক
থোৎশঙ্কুরে বা। উমঃ নংগী অঙ্ক অসি অসিদা লাল্লে, সে মুন্না
য়েংঙু, কদাই কাংগ্রুদো (লৌরগা) তরেৎ তরেৎ কয়ানো?

শ্যাম—নিফুমাপন।

নিলচন্দ্র—আশা, নিফুমাপন, অহুদি মাপন অসি অসিদা থম্মো
(ইবা) থম্মেকো, আ - অহুদি হৌজিক খুত্তা কয়া পুরে?

শ্যাম—খুত্তা মরি পুরে।

নিলচন্দ্র—আশা, খুত্তা মরি পুরে নৎত্রা? অহুদগী তরেৎ মাপন
কয়ানো?

শ্যাম—হুম্ফু-হুমদোই।

নিলচন্দ্র—আশা হুম্ফু হুমদোই, হুম্ফু-হুমদোই অসিদা ঙসাইগী
খুত্তগী পুরকপা কয়া?

শ্যাম—মরি।

নিলচন্দ্র—আ—মরি, মরি অসিগা তিনশিল্লবদি কয়া পুরে?

শ্যাম—হুম্ফু তরেৎ।

নিলচন্দ্র—হো চুম্মে। (অঙ্ক থোৎপা) শে হৌজিক্তি অঙ্ক অসি
চুম্মবনি, নৎতে শ্যাম, ওঝাদা হৌজিক হংবা মতমদদি স্থপ-
লাক্চিংবা, খুত্তা পুবকাগু করিমত্তা শোইদনা খুম্মী, অহুদা
অসিদনা খুত্তগী পুবা কাওহুনা অঙ্কসি করিগী লাদহল্লিবা
হা? করে মতুং মনাওদি লান্দনবা, য়াম্না ভাব তানা পুরুং

য়াম্না চংনা তৌকো, শে ক্যাংগ্রু সে (শ্যামনা ক্যাংগ্রু লৌবা) আ পায়া পায়ো, (পাদবা) ইহে শ্যাম নংবুনে ওঝানা হায়রিবসে, শে পাবা পায়ো (শ্যাম থবাই মুংভাইত্তুনা পাদবা) হৈমা কৈ-দৌরবগে মশিবো শ্যাম, শ্যাম নংবু্নে ওঝানা হায়রিবসে। (শ্যাম মপুক্কিং মুংশিনা কপনিং কপনিং তৌনা মখুংনা মমিংতা নোইহুনা লুকথখিব।) ইহে! নংতে নংগী আসবু নপুক্কি মুংশিরিবকা হাইবহুরা ও? আ—শে ওঝা য়া হায়গে দুরা তাওসে, ওঝানা হায়বদি হয়েং মতুং মনাওদদি অঙ্কাগশে লান্দনবা য়াম্না চেকশিন্না কজনা তৌ হায়বনিনে, শে—শে প'য়ো পায়ো পায়া পায়ো।

শ্যাম—(পেহৌ পেহৌ তৌহুনা) ওঝা ভসিগী অঙ্ক অসি করিমু লাল্লাইদোবনি অহুদা … …।

ইবেমহল—(মুংশিদনা) আ—ঐনা থরা ভাং শকউরে অহুদা শাও-বদগী অঙ্করোমদা তাইনরিবা নংত্রদো।

নিলচন্দ্র—আ—ইতৈমা অমুক্তা (খাম্বা)

ইবেমহল—ইবুংঙো ম:সে ওম্বোক্কা ফংখিত্রবা ময়ৌ লৈপ্রবা অভাংনি, মাগী মপূক ঐনা চপ চানা খংব-জাৎনি।

নিলচন্দ্র—আ—ইতৈম', অহুক য়াম্না লায়োবিরুম্মু আ—মানদি অভাংনিনা পঙহুনা ভাব তাদহুনা তৌরিবনি, শে-শে পায়া পায়ো, (শ্যাম মথবাই মুংভাইত্তনা টেবিলদা মমাই লুকথহুনা লৈখিবা) শ্যাম, শ্যামকুমার! (খুমদবা) ইহে, আ—তোকও তোকও ভসিদি নং লাইরিক তঙ্গা য়াবরোই (মুংভাইতনা) অহু-পনে শ্যাম ভসি তৌরিবা মতৌ অসিগুম্না হয়েং মতুং মনাওদা

তৌরবদি ওঝাদিনে নংগী লাইরিকা ভাকপা তম্বীবা অমতা চম্মরোই, থোক-তোকথোক্তুনা ঐ নংগা উনদমবা লম্বী অমদা চংখিছনা যুম অসিদা শুকচং চংভক ওইদৌবনি থংভবরা।

শ্যাম তোয়।

নিল চন্দ্র — ইয়া, ঐনা নংঙোন্দা রা হায়রবা মতমদা করি হায়না খুন্মু হায়?

শ্যাম - অহোয় ওঝাবু। (খুৎ অনি জুর তৌবা)

নিলচন্দ্র— হরাওনা, গো মতৌ অহুম্মা ফজবা রাঙাং শাঙাং নিংখিব লমচৎ লাজৎ চৎপা তমগদৌবনি. ভাব তারবরা? অ। - চংলো নংগী লাইরিকা লোইনবা পুশিনখরো। (শ্যামনা লাইরিক শিলেপনচিংবা পুশিন্দুনা চংখি'1)

ইবেমহল—হুন! অশুম্মা চক্রি হেক তৌশিন্নহনা লাইরিকা হেক তৌদবা ওশ্মিদো।

নিল চন্দ্র—খ দ্রে ইতৈমা, শ্যাম অসি ইংৈবেম্মা অহল অহনা লৈরি-ভৈগী মতমদদি পাররাকাসি য়াম্মা কা থোৎতুনা লাইরিকাসি থরায় য়াম্ম য়াওরম্মী অহবু হৌজিক্কি নোংমা নোংমগী অশুম ফংচিল্লকবা অমা তৌরে, মসি ননাওসু হায়ফম থংদে কমদৌরি জাৎনো ··· ···। ভ'ব তাজদ্রে।

ইবেমহল —আ ইবুংঙো মসিবু হেন্না র'রক্লিংঙাই চৈনিংঙাই লৈত্তে অহবু ইবুংঙো মশানা ফররোইদৌবা মী অহুদদি ফনমক ফু-চৈহনা রায়রুবসু উপাই লৈতেনেকো।

নিলচন্দ্র - হোই, অহবু ইতৈমা অমদি তাইবুংঙোখোইনা থরা ঙাংবি 'চৈবিহনা রায়কপিহৌত্রবদি অঙাং অসিগী হয়েং

তুংগী মপুস্নিদা অমাংবা অমা ওইহুনা য়াম্না ৱাহৌবা তাবনি।

ইবেম্‌হল—হোই হোই অহুবুদি কর-কত্রবসু মপানি হায়হুনা চাও থ্রোক চাওনা অমা লৈরিদনা, অহুগা ঐসু মম নি চেনবা য়ারিবরদো।

নিলচন্দ্র—অচুম্বনি ইতৈমা অহুম্না খনবিহুনা ক্ষনন্বা (ৱাখল অম রোমদা) আ অহুগা ইতৈমা ঐখোই বামোলচান্দবু ঙসি নোং-নিনি অসি ঐগা ইথেং থেংনদবা অমসবু মাবু কদাই কদাইদা চংলিবনো করি কমদৌরিবা জাৎনো ইতৈমা।

ইবেমহল—অা খংদে ইবুংঙো নোং হেক ঙানবদগী কুক হৌগ লগা চংখিবহুনা যুমগী মথাদা ঙহাক্তা লৈবিবা পোং নংতে চিন-খয়ে মাগী খবক অদে ঙসিদা ইতৈমনা পংকন কন্না ঙাংজবসু য়াদবগুম তৌ ইতৈমাদ য়াম্না ৱাক্রবা পোৎনি।

নিলচন্দ্র—ইতৈমা করিগী ঙাংদদগে, ঙাংবিগদৌবনি ইতৈমনা ঙাংবি-চৈবিদনা মাবু কনানা ৱারকপ্পিগনি, মগাংববতুম যবা জাৎনি।

ইবেমহল—(করিগুম্বা অমা নিংশিংঙক্কুনা) ঙাইখো ইবুংঙো ঙসি তাঙ্গা চারিঙৈ অসিদা, ইবুংঙোদা ইতৈমা করিগুম্বা ৱাফম অমত্তা হংহৌগে।

নিলচন্দ্র—বরি কয়ম্বা ৱাফম ওইরবনো তাকপিয়ু ইতৈমা।

ইবেমহল—ইবুংঙো ৱাকম অহুদি অসিনি, নংগী মরুপ, ঐগী ইনাও বামোলচান্দ অসিগী মাগী মমিৎ মনা উড্রিবা অসিবু মমা পুকন্নুংদগী অশুম্মক মতৌরক্রবা জাৎলা নংব্রগা ·· ···।

নিলচন্দ্র—আ—ইতৈমা ননাও ভাব তাজরে, ইতৈমনা হৌজিক হংবিরিবা রাফম অসিগী মরমদা ননাওনা খংজবমখৈদি ইতৈমদা অমতা চিংথদনা তমজগে।

ইবেমহল—হোইনে ইবুংঙো।

নিলচন্দ্র—অস্নম তৌবনি ইতৈমা, ঐগী মকপ বীমোলচান্দগী হৌজিক ওইরিবা ফিভম অসি পোকপদগী অসুম্মা তৌরকপা নংতে, মাগীসি অসিনি, মানা চহি ২১/২২ (কুনমাথোই কুননিথোই) রোমকা শুরকপা মেট্রিকা থারমদাই অহুরাইদা, মফম মরাং ইখং খংহৌদনা মাগী মমিং অসিদা য়াম্না কল্লা চিকপা শাবগী লৈনা অমা হেক্তা নারকপা জাংনি।

ইবেমহল—আ—ইবুংঙো অহুদগী করম তৌরবা ?

নিলচন্দ্র—অহুদগী ঐখোয় তাইবুংঙোনা মিংকি লাইনা অসিদা হেক্ অখংবা মণিপুরগী মাইবা ডাক্তর পুম্নমক অসি কৌকৌহনা য়ে হনবদা ডম্মক্রুবদগী ডিব্রুগর, কলিকতা, দিল্লিদদা নংতনা ভারত রাংমা লাম্না পুহনা য়েংঙ্ বস্মু য়েংগনি হায়হনা থৌরাং তৌরবদা য়াম্না খং হৈরবা ডাক্তর থরনদি, য়েংগে হায়ববুদি পুরিং চম্নবা অহুক ময়েংবিরু অহুবু ফবদি খল্লা মবারগনি হায়বদগী ময়াম খল্লবদা য়েংবদা কান্নরোইদৌবা লৈরবদি কৈদৌনরুগদগে হায়হনা থাম্নবদগী তোক্লুনা হৌজিক ওইরিবা ঐগী মরুপ বীমোলচান্দগী ফিভম অসিনি ইতৈমা।

ইবেমহল—উম! ইবুংঙো ইতৈমা হৌজিক্তি ভাব তারে।

নীলচন্দ্র—ইকৈমা, বীমোলচান্দগী খনবদা ঐখো'য় অইবুংঙোগী থম্মোই অসি কাইরবা জাংনি।

ইবেমহল—উম ! সুংঙাইকম খোক্কে, অদুনু ইবুংঙো সুংঙাইতে হায়দুনা, উপাই লৈতবনিনা অরা-অনা খাংদুনা শিবা ওইদুনা অসুম লৈবা তারেনেকো'।

নীলচন্দ্র—মোই ইতৈম্মা করম্মি ঙ হায়দুনস্থ করি গতিদি লৈতবনিনা অদুদা তারে।

ইবেমহল—(কপ্পিতুম্না অমা নিংশিংদুনা) এঃ অদুগা ইবুংঙা করি-তুম্বা রাকম অমগা, আ ইবুংঙোগী স্কুলগী ওঝা ওইবগী হায়বদো ইতৈমনা ঙরাংশে নংগী তাইবুংঙোদা য়াগা ফজনা হায়রে।

নীলচন্দ্র—(হরাওনা) ইতৈমা !

ইবেমহল—অদুদা নংগী তাইবুংঙোনা করি হায়বগেবু, কারগী তৌদ-দগে কনা অতোপ্পা অমসু নংতবা ইবুংঙোগীবু হোৎনদবা য়াবরা, শোইদনা তৌননবা হোৎনগনি অসুম্না নংগী তাইবুং-ঙোনা হায়রে।

নীলচন্দ্র—(হরাওনা য়াম্না কুংঙাইজরে ইতৈমা, ইতৈমা অমদি তাইবুংঙোগী মপান্দগী স্কুলগী ওঝা মচা অমত' ওইবা ফংজ-রবদি নন্দওনা পুক্নি অক্নিমগী লম্মন তৌরে হায়না লৌজগনি।

ইবেমহল—হে—হে—করিগী লম্মন তৌনবা অদুম্না থক হায়হৈদে কনাগুম্বা অতোপ্পা অমসু নংতববু তৌদবদি চপ-চাম্না হোৎ-নগদবনি। (মথক অমা তৌরদুনা কেথবা) আ—আদু

কৈদৌবগে হাওরমস্থু হাওরবস্থু নোংমতদি ঐখোয়দা চাক চখোম অমত্তং চামিন্নসিদনা।

নিলচন্দ্র—আ ইতৈমা য়াম্না নুংঙাইজরে ইতৈমনা হায়বিরিবা অদুনা ননাওনা হেক্তা পেঙ্গরে।

ইবেমহল (নোকুনা) হা—হা ভৌমুদা ইতৈমনা চুম্না পিজনিংঙুনা তৌবনিদা, আ—পংচাও চাওথোক্লগুমসিকো।

নিলচন্দ্র—এঃ ওস্তোকপা ঐখোয় ইতৈমনা ভাব অমদা পুখিথরে, আ—মহৌশাদগী ইমুং অসিদা নৈদুনা ভুম-চাদুনতা লাক্লবা অসিবু, ইতৈমনা ইন্দত্তা ইনৌ হেক নৌনা খনবিরেদকে, আ ইতৈমনা মদা নুংঙাইত্রগা অম্নমা হেক তৌরবা, তাই-বুংঙোস্থু শংবা চুটি গুমিংকুম্বা অমদা ময়াম পুল্লপ পুন্না থোক হেক চামিন্নরগা লোইরেনে। করিস্থু নৈতবা য়াকম অসিগী-দমক্তা ইতৈমনা হেক য়ারৌগদৌবগী আ—অদুদি ঐস্থু—(চৌক্রিদগী চৌগৎপা।)

ইবেমহল—হোই হোই কাদুনা পুল্লগা নমদুনা পিক্কবনি য়াদবনিনা কমদৌনি, ঐদনা নিংবা কাইদুনা নৈজহোবা হাইবা অদুদা তারেদনা।

নিলচন্দ্র—আইশ! ওস্তোক ওস্তোকপা ঐখোয় ইতৈমগী ভাবসে হেক য়ারৌগদৌবা অসিগী অমুক্তোইনা, অদোমদা থক খন-বিরুগনু … …। অদু ঐ অমুক য়োৌজরগে।

ইবেমহল—অদুদা তারেনে।

নিলচন্দ্র—(থরা চৎলগা) ইহে শ্যামহুবু, আ শ্যাম, শ্যামকুমার।

শ্যাম—(ইমু দগী চেস্তোরকুনা) ওবা।

নিলচন্দ্র—ঙসিদি ওঝা চৎলগে (য়া ঙাংনা-ঙাংনা খোংঙুপ উপ-শিনবা) হয়েংদি লাইরিক নিংথিনা তম্নবা পায়াকা য়ায়া ফজনা কাননবা লাইরিক কয়া ঔয়াইয়ুকো।

শ্যাম—(হয়াওনা) হোই, ওঝা! (খুৎ অনিময়ক জুর তৌবা)

নিলচন্দ্র—(হয়াওনা) আ - আশা। (খুৎ থাংগৎপা) আ - ইতৈমা ননাও য়োৌজরগে।

ইবেমহল—ফনি ফনি। (নিলচন্দ্রনা থোকখিবা মাইকৈদা ইবেম-হলনা মুংশিনা নিংঙমদনা য়েংহুনা লৈহৌবা।)

শ্যাম—ইমা নংনা ঐখোয় ওঝাবু নিংঙিবা অসিগুম্না ঐবুদি মুংশিদরা?

ইবেমহল—(ঙকপগা লোইননা) চরহাইত! (খোং থিন্দুনা থংলাঙ-লাওবা)

শ্যাম—(থিনা থংহুনা) হা! (চোংখৎপা)

[ লাইট ]

## ১—২

## অহানবগী অনিশুবা শরুক

# লশ্মী

অয়ুক পুং ১১ লোম তাবা মতম ।

(এল, পি স্কুলগী ছুটি থাবগী কাংশি য়ৈবা, অমস্থুং অঙাংশিং ছাত্র মচা ময়াম ইলাং-লাংবগী মথোন লাপ্পা তারি ।)

ওঝা অমা — (মমুং অরাপ্পদগী) হাই হাই হাই, অঙাংশা নিংথি-নিংথিনা চংলু, শোক্ল খোংননিকো নশা মশাগী লাইরিক লাইস্থু তাহৌ খোংহৌনি চেকশিল্লুকো । (অঙাং ময়াম ইলাঙ-লাঙনা চেন্নখিবা, তাঞ্জা অসিদা শ্যাম নাকন্দা সিলেপ লাইরিক য়েপ্তুনা স্কুলদগী বুম্মকলি ।)

পিশক—(মমুংঙদগী) হো—শ্যাম শ্যাম, (শ্যাম চপ লেপ্পা, পিশক চংঙকই ।) ঙাইখোও নংবু কৌরিবসে ঐনে ।

শ্যাম—করি হায়রবগে ?

পিশক—য়েংঙো হৈনৌ চাকখিশি লাকও । (শ্যামগী মথুং পাইহ্না চিংবা ।) য়েংঙো আদগী হৈনৌ প.ম্বী অসিগী মতোন্দা মী অমা কারিবসি উরবরা ?

শ্যাম—(মমুং অরাপ্পদা রাংনা য়েংঙগা) ইস ! মসিদি রাংনা ক.থরেদা ইশ ! মসিদগী তারক্রবদি হৈনৌ হেকপরা হায়ববু শিহ্না ভোকনিকো । (য়েংবা)

পিশক—হেরা করিগী তারুগদগে উ কাবা হৈপ্রপোংনি, য়েংতো মসে ঐননে পৈশা পিরগা কাহল্লিবা ।

শ্যাম—ইশ! নংদি স্কুল কাবদা পৈশাকাস্থ য়ায়া পুরকপা জাং ওইরে।

পিশক—অদুবুরাও য়েংঙো ঐদিনে পাবুংগা ইমাগনা ঐ ইতোমত্তা পোকই হায়দুনা য়ায়া লুনা তৌই হায়বা, অদুগনে পৈশাকাসে মখোয় তাঙনা ঐনা য়ায়া লৌথোকপশে করিমত্তা ডাংবি চৈ-ক্পিপোং নংত্তে য়ায়া কৈ।

শ্যায়া—হুমঃ ঐখোয়গীদি মহু য়াদে অদুগুম্বা অয়োল-অথুপ তৌদুনা হুয়ান-চিঙ্ছিপী লম্বীদা চংপা য়াদে হায়দুনা ঐখোয় পাবুং-তোম্মা য়ায়া ডাংঙি'। অদুগা নং হায়বিগে ডশাইস্ত ওঝানা পায়া ফাদবগীনি হায়দুনা ওঝানা চৈ মঙা মঙা ফুখরকইদনা অদুদা নং লৈত্তে হায়দুনা ওঝানা খুডা চৌকিদার থাদুনা কোইথি-থিহনবদা ফংদে নং কদাইদা লৈরুই?

পিশক—ইশ! য়েংঙো অদুবুযাও ওঝানা ফুদনবা হায়দুনা ফান মখাদা পাকখরগা লোয়া চেঙ্থোকঅগা ঐখোয় 'স্কুল মনিংদা হোয়রিবা হৈজামপেৎ ময়াম অদো, অদুগী মখাদা চংদুনা তুমিম্মা লৈথোকপা আইস, শ্যাম মতুদা পাল্লম্বা হৈজাম্পেৎ ময়াম অসি সৈত্যা নটিন থি হায়রি'হায়, (খুং তমদুনা) অস্থুক-অস্থুক হেক চাওইহাই, ইস থুম্বস্থ করি হায়রুনি মহু হেক্কুনা পুক অসি পিক থন্না চাথোকঅগা মুংঙাইরে মখৈ তুমদুন। লৈথোক-পনিদনা। অদুদগী নখোয় ময়ায়া' স্কুল' ছুটি' থাবগী' লাংন-রকপদো অদুদা মিকপ থোক্কুনা স্কুলদা চংওগা' খুডা চৌকিদারদগী' লাইরিক লৌরগা' লাকইদবনি। ঐদি করাদা কায়রে, পায়া ফাদবগী চৈস্থ চাদরে; অহাওবস্থ'পুক' পিক থন্না

চাংথাকএ, অসি কত্তরাও ? কান্নদে শে লাকও হৈনৌ চারু-
খিঁসি। (মখুং পাইহুনা চিংগে তৌবা)

শ্যাম—হুমঃ ঐদি চাররোই। অহুগা নংগা লোইনহুনা চৎমিন্নবসু
য়াম্না তল্লে।

পিশক—করিগী তল্লিবা ?

শ্যাম—নংগী নতৌ অসিদি ওঝাখোয়নসু য়াম্না চৈংদৌবা মাল্লে ঐ
চৎলগে। (চৎকে তৌবা।

পিশক—হেরা হৌজিক ঐনা নংঙোন্দা হায়রিবা য়া অসি কনা
অমত্তা হায়দোকউসু করিমত্তা চৈরোই। অহুগা সে (ফুরিৎ-
থাওদগী চুরুট মতেক অমা লৌথোক্লগা) নং অসি থক্কেরা ?

শ্যাম—করিনোনে ?

পিশক—শে চুরুট। (য়েংহনবা)

শ্যাম—(য়েংঙগা) এঃ অহুদি কদাইদগী খুল্লুরিবা ?

পিশক—অসিবুরাও য়েংঙো ঙসাই ওঝানা চৌক্রিদা ফম্মগা
মথোং মখুৎ শৎ তিংথোক্কুনা চুরুট অসি মৈথু ফোং-ফোং
কামথোক্কুনা থকইদনা অহুদা ঐসু হাওদৌবা মাল্লি হায়হুনা
ওঝানা হুন্দোকপা মতেক অহু ঐনা লোন্না খুজিল্লগা ঐসু
অমুক অনিরকত্তং ফৎ-ফৎ চিংহুনা য়েংববু আইস য়েংঙো
পিশক অহীনবা থংচিং হেক চিংবা অহুদদি হাঁহুনা থবাক
অসি চেকথাইবদৌনা নাই হায়বা, অহুদগী অকোনবদা ওপ্পা
তপ্পী অনি অহুমলক্কং চিংবদদি আইস য়েংঙো নথোই ময়াম
ফান্দা ফম্বদো উরু উরু পংলৈদা লৈনবা জাৎনি।

শ্যাম—(ঙক্লা) এঃ কমদৌনা ? লৈনরিবা ?

পিশক—এঃ মওং অমনি, অতুগনে, মথরাই পান্সবা উ-রা কাসে মথরাই পান্দুনা কোইচেন কোইচেন হেক্কা চেনবা জাৎনি।

শ্যাম—ইস! নংনা হায়রিবা অসিবু অচুম্বা জাৎলনে ?

পিশক—হেয়া সে থাজত্রগা হেক য়েংডুসে ঐ মৈখেৎ খেৎলগে (ফুরিংখাওদগী মৈখেৎ লৌথোক্লগা খেৎকে ভৌবা)

শ্যাম—অতুদি নং ঐখোয়গী পাবুংভোনখোই অমদি ওঝাদা তাক-থোকলোইদরা ?

পিশক—হেয়া নং অসিমা থিৎ কিমনখরে শে ইপা ইপু নোরোক ভানি হায়দোকলোই, মীনা হায়দোকলোই হায়রমক্কদা।

শ্যাম—করে করে, (পিশক্তগী চুরুট মতেক অতু লৌরগা চমগদৌবগী থোয়াং ভৌবা। পিশক্কা মৈখেৎ খেৎলতুনা চমগে হেক ভৌবগা, বীমোলচান্দনা অরাপ্পদগী ইশৈ শকলকপা।) ঈশৈ হেক তাবগা)

শ্যাম—(কিনা) ইশ! ঐখোইগী পাবুংভোন লাকএ ঐ চৎলে (চুরুট লংথে ক্লগা চেনখিগে ভৌবা)

পিশক—হেয়া ভাইখো, মমিৎসু উদবা অসিবু করিসু থংভোইরে, শে (চুকট তাবা লৌথৎলগা পিবা।)

শ্যাম—(শাওরপনা) হাইত, অতুম হায়সু, মিৎ উত্রবসু হেক্কা থংবা ওস্মীনে, মনম তারবদি থংভোইজ্রাও! (কিনা, হুম! নংভে ঐ চৎলে! (চেনখিবা)

পিশক—হে—হে য়াম্রগা ভোকচৌদনা, অহাংবা চাশি, মুংভাইবা ওমঙৌ হায়বা য়াদবা অপংবা; ঐদা পেয়া চারগা লোইরে হেয়া। (অমুক হন্দুনা চংখিবা)

(বীমোলচান্দগী) ঈশৈ :—

মীওইবগী পুন্সি অতাংবনি
মাংহনগনু লমথাংদা
ইমাগী গর্ভদা শেংলকপা হকচাং
লমচৎনা লাইথুং পালহনগনু ॥
অচৌ পিশক নাইদবনি
লায়ন্নর অনং থান্নদবনি
জ্ঞানগী মৈরা পায়হনা
থমলনু মিংচৎ ওময় খুভম—ও … ॥
মীওইবগী পুন্সি অতাংবনি … … ।

(বিমোলচান্দনা ঈশৈ শক্লুনা চংওকপা, ঈশৈ মরক্তা নিলচন্দ্র চংওকই, বীমোলচান্দগী মতৌ উবদা থরাই কন্না হুংওাইতে ইশৈ লোইবগা।)

নিলচন্দ্র—বীমোল।

বীমোলচান্দ—(হয়াওনা) ও ! নিলো ( খুৎ চেজেৎনা পাইশিন্নবা।) নংদি কদাইদা চৎকদৌরিবা ?

নিলচন্দ্র—আ—ঐ করিগুম্বা থবক অমা চৎলুবনি অদু নং নৈবা উত্থনা হাইজিন্নকইবনি, নৎতে নংবু কদাই তান্না চৎকদৌরিবনো ?

বীমোলচান্দ—ঐ কৈম্ন থোইদোকপা চৎলোই শ্যামকুমারদো স্কুলদগী কুম্মকপা মতম হেল্লমানে, কৈদৌরবনো হায়হনা অন্নুম য়েংগে থোরকপনি।

নিলচন্দ্র—অহু স্কুলদদি অঙাংশিং কনা অমতা লৈবা উরমব্রে ছুটি থাখিবস্থু ঙহাক্তুম ওইরম্বা য়্যারে, অহু নংগা লম্বীকা থৈনবা ওইরম্লবদি ?

বীমোলচান্দ—অহুম্মা তৌরবা জাংলা।

নিলচন্দ্র—ঐদি অহুম্মা থল্লিনে, আ-চংলশি যুমলোমদা হল্লনি, অহুগা ঐস্থু অঙাং যুমদা য়োরকই য়োরক্তে হায়ন্হু তশে বা অমা খংঙগা হনখিগে চংলসি।

বীমোলচান্দ—ফরে ভাই নিলো য়েৌরশি।

(বীমোলচান্দ ঈশৈ অমুক শকপা) ঈশৈ :—

লৈমসিজনি ঐনা বামোন্নি
অচৌ পিশক নাইদবনি।
পুম্নমকসে অমত্তনি,
জাতি-বীজাতি থায়দ্রবনি।
থাকচবা লাংদা থুরবদা
নিংঙম্মকওই পোলোইদা, হো মীওইবগী…।

(নিলচন্দ্রনা বীমোলচান্দগী মখুৎ শমহুনা থোকমিন্নখিবা।)

[ লাইট অফ ]

## ১—৩

## ( অহানবগী অহুমশুবা শরুক )

অয়ুক অঙনবা অমম-অঙান শিন্নবা মতম

স্কুল ইন্সপেক্টর কোমোলগী য়ুম মাঙোল

(হায়গী মওংশুম টেবিল চৌক্রিনচিংবা অহুম থাহুনা লৈরি, নোং ঙাল্লকপগী উচেক-য়ায়ানচিংবা খিবিক্কী খোঙ্গেলনা নিল খোংবা তারি। মতম অসিদা শ্যাম তুম্মুবদগী হৌগৎতুনা খোং হাংদোক্তুনা খোয়রক্লগা নো' ঙাম্লবরা হায়হুনা হাইফেৎ য়েংঙি অমসুং ইমুংলোমদা অমুক চংখ্রগা মমাই মমিৎ ঙাংথাক্তুনা তৈথোক্লগা মপান্দা খোরক্তুনা হকচাং শাম্বেন তৌবগী মওংদা হৌগৎ-ফমদা থয়া তৌরগা চোং-চোংতুনা মপাললোমদা চেনখিবা অস্থুয়া ঙহাক লৈরগা।)

কোমোল - (ইমু দা) অহম, (খোদেঙ্বা) আ ইবেমহল, ইবেমহল, হাই ইবেমহল নংবু তারিবরা ?

ইবেমহল— (তুম্মুবদগী কোবা তারক্তুনা, আ—কয়ি ঙইরবনো ?

কো'মোল—হাই নংবু হৌগৎপা য়াক্রিবরাও ? আ নংতে শ্যামহুবু হৌগৎখিবগুমস্থু ভৌই মাগী পাবুংতোনগা লোইনখিবরা অমুক্তা য়েংঙুনে।

ইবেমহল—আ—শোয়দনা চৎমিন্নরম্মনি, ঐ কোক অসি য়াম্না ঙাওখরে ঙহাক্তা হিপখিগে।

কোমোল—ইহে—ওস্থোকপনিদকো নংসে, নংতে অঙাং অদুবু আ …। ইবুংঙো বীমোল, বীমোলচান্দ।

বীমোলচান্দ—(তুমমন্বদগী খংভা তারকুনা) আ—তামো—করি?

কোমোল—ইহে, ইবুংঙো নংদি হৌজিকফাওবা হৌগংলমদ্রি, নংতে ইবুংঙো নচা শ্যামদো ঙন্তানা হৌগৎতুনা চৎপ্রমালেনে, কনা অমতম্ভু লোইনাখিদ্রে কদাই ভান্না চৎলমগদৌবনো অমুক্তা য়েংঙু চোনে ইবুংঙো।

বীমোলচান্দ—ফনি, ফনি ঐ হৌগৎচরে, (বীমোলচান্দ তুম্মুবদগী ফিংতক্লা হৌগৎতুনা থোরক্লগা) আ—শ্যাম শ্যামকুমার। (কৌবা)

শ্যাম—(মম্নুং অরাগ্নদগী) পাবুংতোন।

বীমোলচান্দ—কদোমদনো মানা খুম্মকইবা অসিবো, (কৌবা) শ্যাম শ্যাম কুমার।

শ্যাম পাবুংতোন। (মুংশাশ্বর থবেৎ-থবেৎ হান্দুনা চেনশিল্লক-অগা) পাবুংতোন ঐ লাকএ। (বীমোন্দা কোনবা)

বীমোলচান্দ (হরাওনা) আ—(কোনবিবা অদু নং কৈদৌরে ঙসিদি পাবুংতোনবু হৌদোক্লমদ্রবদি হা?

শ্যাম—অদুবুরাও, পাবুংঙোম্না য়াম্না মুংঙাইনা তুমমম্বা অদুদা হৌ-দোকঅমদ্রবা।

বীমোলচান্দ—(ঙক হাইদুনা) হুম! ঐস্না পিসে মৎ করনা।

শ্যাম—অশ্যা, ঠিক-হাই ঠিক-হাই (ঙক নোম্বা)

বীমোলচান্দ আ—(নোকুনা) হা-হা-হা, অদুদি পাবুংতোনম্ভু

অশন্নাইফাওবদং চংথোক্কউখিগে, নংগী তৌগদৌবা নথৌ তৌরো।

শ্যাম—উমফবে, (ইমুংদা চংগে তৌবা) অতুগা পাবুংতোন য়েংঙো ঙন্নাং নোং তম্নদগী লম্বীগী কোংগুং কোংগুংতা ঈশিং য়াম্না তুং তুংছমা লৈবনি, তুজনি য়েং-য়েংহুনা চংচৌ।

বীমোলচান্দ—(ইশি-শিনা নোক্কুনা) হা-হা হা, হোই হে ই পাবুংতোন য়েং য়েংহুনা চংকে, মসিগী অঙাং অসিদি। (বীমোলচান্দ থোকখিবা, শ্যাম ইমুংদগী লাইরিক লৌথোকউরগা পাই।)

শ্যাম—মীওইবা খুদিংমক য়াহৌ ঙনগদৌবনি, য়াহৌ ঙনবনা শাজেংগী অথোইবা পান্মৈন। অহিংগী মতম্মা লোইরক্লবা তঙানবগী শরুক ফংঙমদাইদা অশেংবা নুংশিংনা হকচাং তুথোংদা য়ৈবদা, হকচাং মনুং শে হৌবতা নংঙনা ফংঙমদ্রবা জ্ঞানগী থৌনা অমা হাপকংলি হায়বদো থোইনা হায়মনবা থোকলোই। (তাঙ্গাশিদা কেমে ন্না ভক্তা তাই পুন্ন-পুন্নহুনা থোরক্লগা শ্যামগী মতৌ য়েংবদা মু ঙাইজে। (অমুক চংখি।)

কোমোল—(ইমুংদা) হাই ইবেমহল, ইবেমহল নংবু তারিবন্না হায়বনি।

ইবেমহল—(শাওরপা) হো—করিনো?

কোমোল—নংতে নংবু হৌগংলো হাইবনি।

ইবেমহল—(শাওনা) করিগীনো, হৌজিকমক পরপ পরপ হৌগংতবা য়াদবা করম্বা অরুবা থবক লৈরবগে?

কোমোল—অহুবু হৌগৎলোবা—(ইবেমহল শাওনা অকনবা খোং-থাংদা থোরক্লগা খোং-থুং শৎ তিংথোক্লনা ৎক লাওনা ফম্বা) করিনো সুরু সুরু হেক নৈবনা তাহাক্লগা পোখাকম থংজোই-দৌবনি, করিনো লাই অমা য়াওই।

শ্যাম—(লাইরিক পাবা) য়াহৌবু থেওবা, নোম্বু তল্লবা মী অহুগী মপুলি অদো অরেম্বা মপোক ওইরর্বান।

ইবেমহল-(শাওনা ফুক হৌগৎতুনা) হাই নংগী লাইরিক অদো করম্বা মথোং হুক্তবা চোংলম চাদবা ওঝানা লেংবনো ? হা ? (লাওহত্তুনা) তুমিন্না নৈয়ু তুমিন্না পাও তানিংদে।

কোমোল—(কোর্ট লিংনা-লিংনা থোরক্লনা) আ—আ কৈদৌরবা কৈদৌরবা ? করি হায়রবা ?

ইবেমহল—(থোন নৌথত্তুনা) অ—করিস্থু হাইজদে অঙাংগী লাই-রিক অসে, হৌনা পার্মল্লি, খয়া খরা তপ্না তপ্না পাও হায়রক্লনা হায়জরিবা।

কোমোল—করিগীনোনে নংনা অঙাংগী লাইরিক পাবা ফাওবা অনেম অরাং থাইগিবা অহুবা আ—পাও পাও …।

শ্যাম—আ মীনম্বু ভাংওবা, শাজৎ-লিচৎপু চুং ত্রবা মী অহুদি তমথিরবা শাদগীস্থ হেন্না ভোল্লি হায়নৈ।

ইবেমহল—(শাওনা) তো, অসিবু নংতে, মাই-পাবুং মানা হায়রিবা অসিবু মাগী লাইরক অসিদা হেক ময়াওরবা জাৎলনে ভোৌরবা অসিবো।

কোমোল (নাক্তুনা) হা-হা-হা, করিনোনে ইবেমহল নংনা হায়রিবা আসবো, লাইরিক অসিদা য়াওদনববু মমল অস্লুক

য়ামগ্রবা রাহৈ-রাতা অসিবু মাগুম্বা অণ্ডাং কম্বিন্থ থংদবা অসিনা হেক্তা শেম-শাহুনা হাইজনবা ওমগদরনহাই। করি-নো নংনা হেন্না ওাওখরেনে। (নোক্কুনা) হা-হা-হা পাও পাও পাওনা পাগে পাও, তপ্না পাগে পাও, পুন্নমক ইচাগী কুশি।

শ্যাম—অহুগা ধর্মবু কাইদ্রবা অচুম্ববু চৎলবা মী অহুদি ঈশ্বরনস্থ চানবিবগা লোইননা মমৈথংদা গুংশোই-শোইদনা অয় ওইরকনি।

কোমোল—হা! চুম্মে।

ইবেমচল—তো মসিগী লাইরিক অসিবু ঐদি ওস্থোক্না মতানিংখিদ্রে; পারিবা অণ্ডাংমকী শক্তানে লেংগুকইবা ওঝা অহুগী মতৌনে, লাইমা মান্নজে।

কোমোল—শ্যাম, কৈদৌরে পারো, মথা পাথরো, য়াম্না হৌনা; তোইনা তোইনা পাবদা ওস্থোক্না য়াম্না কান্নরবা, মমল য়ামগ্রবা পারানি পাথরো।

ইবেমহল—মাই পাবুংনা অস্থম্না হেক তৌবিহুনা অণ্ডাং অসে নাউ চাওহন্দুনা, কনাগী পাখোন ইংখোনকা হায়বা কারিমতা য়াশিল্লকুয়ে।

কোমোন—হা? করি? করিগী পাখোন হায়বা য়াদ্রিবা? শ্যাম, চুম্রা নমানা হায়'রবা অসে?

শ্যাম পাবুং ইমানা পাখোন হায়বা ঐ লোইনবা য়াই, অহুগা লাইরিক ওরাইরিভৈ পায়া পারিভৈদকা হায়রকপদি য়াম্না শাওনিংঙি।

কোমোন—আ—ওক ইচানা হায়রা চুম্মী, ইপানা য়াই, লাইরিক তৌবিংবী অত্যম্মা পাখোন হায়বা যাদে।

ইবেমহল—হোই হোই হায়রবা ঐনা লাক্সরে লাক্সরে। ওংহায়বু হায়জরোই।

শ্যাম—ইমা, হৌজিক্তি ঐগী পারাম্মু ফারে, (হৈগৎতুনা) ইমা, ঐ হৌজিক করি তৌ হায়বগে?

কোমোন—হা—(হরাওনা) অহুনিদনা, অহুবু ইচাবু হৌজিক করি থবক তৌগদৌরিবনো? থবক করিম্মু লৈতে, টেক ইয়োর সিট, রিট ইয়োর লেসন। চৌক্রিদা নিংথিনা ফম্মো লাইরিক নিংথিনা ঔরাইরো। বস—।

ইবেমহল—তো, অহুদবুদি অথোমনদ্রিবরদো।

কোমোন—আ—ইবেমহল চৎলো, ইচাগী শঙ্গোম লৌথোকউরো, হুমিৎ থুদিংগী অমুক হায়নবা ত রুবা লৈতনা, টে বল মথক্তা হেক্রা থম্বীবা ভাব তারববা?

ইবেমহল—(শাওরংননা) আ-ফনি ফনি। (চংখিবা)

কোমোন—আই—বোই, হৌজিক্তি ইমানা শঙ্গোম পু থ'রকঅনি, নিংথিনা থকও অহুগা লাইরিক কুইনা ঔরাইখো। ভাব তারুবরা?

শ্যাম—'মণ্ডক নোমহুনা' উম ঔরাইগে।

কোমোন—শ্যামগী মথদাং পাইহুনা নোম্মগা) অহুদি পাবুংসু চংথোকউখিগে। (শ্যাম চৌক্রিদগী ফুক তৌগৎতুনা)

শ্যাম—উম! (খুৎ নাম্মা থাঙ্গৎতুনা হাইবা)

কোমোন আ—গুড়-গুড়-গুড় পাবুং চৎলে। (খুং থাংগৎতুনা নোক্না নোক্না থোকখিবা, ইবেমহল শঙ্গোম য়াওবা পাত্র অমা পুখোরক্তুনা টেবিল মথক্তা কোক লাওনা থম্মগা।)

ইবেমহল—( শাওরম্বা ) সে, নখিবোং অদো পোখাইমথৈ হেক থকওশে।

শ্যাম - (করাওনা শঙ্গোম থকপা, খাম্মনগ্রহুনা) ইশ! (শুগৎতুনা) ইয়া, ভসিগী শঙ্গোম অসিদি য়াম্না থাইনা। (খিনা শুগৎপা) ইস! য়াম্না থাখরে।

ইবেমহল - করিনোনে মসিগী অঙাং অসিনা ঙাংজবা শাম্নিবা অসিবো, শঙ্গোমবু থাই হায়র্বরাও, থাজত্রগা নখুংনা শেম-শেমহুনা হেক থকউ ঙমজদে। (ফেং তৌহনা চংখিবা।)

বীমোলচান্দ -(মপাললোমদগী) শ্যাম শ্যাম, (চংঙক্তুনা) শ্যাম।

শ্যাম – পাবুংতোন (চেনশিন্দুনা বীমোলচান্দগী মখুং শমহুনা) পাবুং-তোন চৌক্রি অসিদা লৈরে। (ফমহনবা)

বীমোলচান্দ– হা! ( হুমাং তৈথোকপা ) কদাই পাবুংতোনগী শঙ্গোম লৈরবরা ?

শ্যাম—(শুগৎতুনা) পাবুংতোন, লৈরমগনি, ইস! ভসিগী শঙ্গোম অসিদি থাবনা উম ··। (খিনা শুগংপা) থকউরম্মু।

বীমোলচান্দ—(নোক্তুনা) হা-হা-হা করিনোনে মসিনা ঙাংঙিবা অসিবো, শঙ্গোম্বু থাই হায়বনে করিনে।

শ্যাম - থাজত্রগা য়েংজোনে। (ইমুংদা চেনশিনখিহুনা শঙ্গোম য়াওবা পাত্র অমা পুহনা থোরক্লগা' সে সে পাবুংতোন অমুক্তা থক্তুনা য়েংঙু সে। (পিবা)

বীমোলচান্দ—অা কদাই কদাই ঐ অমুক্তা থক্তুনা য়েংগে।
(শঙ্গোম পাত্র লৌরগা থকপা) ত্তো, করিস্সু খাদেনে সে, থাজ-ন্রগা য়েংঙুনে। (পিবা)

শ্যাম—য়েংগে য়েংগে। (শঙ্গোম খজিক্তং থক্তুনা য়েংবা।) ইস! পাবুংত্তোনগীসিদি য়ায়া থুন্মিবো, ঐগীদি খাবনা উম ··· ···
(ত্তগৎপা)

বীমোলচান্দ—করিনোনে অঙাওবা অসিনা ভাংঙিবা অসিবো, অা কদাই কদাই নংগী শঙ্গোম অত্থ ঐ অমুক্তা থক্তুনা য়েংগে।
(থুংনা শঙ্গোম পাত্র লৌগে ত্তোবদা থেংহ্না হৈদোকখিবা) ইহে।

শ্যাম—হৈদোকখ্রেদো। (ওক্না য়েংবা)

[ লাইট ওফ ]

১—৪

( অহানবগী মরিশুবা শরুক )

# লখ্মী

অয়ুক পুং ৮/৯ লোম তাবা মতম

( ইবেমহল নিলচন্দ্র য়ায়ি শাহনা থোরকই। )

ইবেমহল – হে-হে করিস্নু লৈতবা য়াফম অহুগীদমক্তা ওইরে, ইনাওনা অহুক য়ায়া য়াফরিবদি, নৎতে অতৈ পুন্নমক লাইরি, য়া অসি কোইথোকহনসি, হৌজিকপু অঙাং অনাবা অসিগী মওং অসি মৈতৈ মাইথগী য়াদি কায়দ্রে অথং অহৈ কনাগুম্বা ডাক্তরশিংগী মোত অমা লৌরসি অসি নৎত্রদো ইবুংঙোগী য়াসে, আ-ইতৈমনা হায়রিবা অসিদা লাল্লবস্নু লাল্লে হেক্তা হায়য়ু করিমতা থুপকম্নু ··· ।

নিলচন্দ্র – অহোই য়ায়া চুম্মী ইতৈমা অহুদা ··· ।

ইবেমহল – অহু করি লৈবা য়ানো, ডাক্তর অঙ্কবা অমা থোক কৌহনা য়েংহল্লগা লৌইরেনে।

নিলচন্দ্র – মসিদা ইতৈমা, ডাক্তর অমা হেক কৌহনা য়েংহনবা হায়রবসে ··· ···· ··· আ ইতৈমা য়ারনি—ঐ— য়োজরগে। (চৎকে তৌবা)

ইবেমহল—( ভাব তায়ত্তুনা ) আ আ-আ ঙাইথোনে, ঙাইথোনে, ইতৈমনা ঙসাই মথৈ ভাব তারুদবননি, আ শন্না হায়রবদা

হৌজিক অনাবসিগী লাইয়েংননবা ডাক্তর অমা হেক কৌহনা হিদাক-মুংদাক অমা অমগী পৈশা মুংশা ··· ··· ।

নিলচন্দ্র—আ—(ইকাই হঙোইনা) য়ারবনি ইতৈমা ···· ··· ।

ইবেমহল—আ—হা হা হা (নোকুনা) ইতৈমনা ৱাখংদবা হায়রহনি। সে ইতৈমা ৱা অমা হায়গে হৌজিক ইতৈমগী খুত্তা পৈশা'মুংশা' পংগ্লামংগ্লাম্না য়াওরক্তে অহনা শে, (খুত্তা শিবা খুজি লৌগোকুনা) খুজি অসে মা মুত্থার অনি থগ্না হেনবনি, মসি ইবুংঙোনা কনাগুম্বা অমগী মথমদা থমগেরা কাই থাককেরা তৌরে হায়রগা অঙাং অনাবগী লাইয়েংবদা শিজিন্নরো।

নিলচন্দ্র—(ঙক্না) ইতৈমা ! ঐ মহু লৌজরোই, কদাইদগী, ইতৈমমকী খুত্তা শিবা খুজিবু—আ—য়ারনি ইতৈমা। (চংকে তৌবা)

ইবেমহল—ভাইখো, করিগী লৌরোইদৌরিবনো, নত্তে ইবুংঙোনা ঐ অসিবু কনাগুম্বা অতোপ্পা অমনি হায়না থাল্লবা জাৎলাও ? শে কায়দেসে মকম অসিদা অহু-অদা হায়হনা থৱরিতৈদ্না অসোমদদি অনাবহু ভহাক্তা ভাইখো, ঐখোই শেন-থুম খুদোং চাদরি হায়হনা খামহনা থগ্না য়ারোইনে, সে (পীবা লৌদবা) আ ঐদিনে পোং অসি লৌদবকা য়ারোইদৌবনি হেক লৌদবদা হেক্তা কৌন-লাক্নবোইদৌবনি সে। (ফু রংখাওদা হাপ'চিনগে তৌবা)

নিলচন্দ্র—আ—ইতৈমা ঐ ···· ।

ইবেমহল—হেরা, অতুম তৌরবদি ঐ হৈনরক্লে করি কায়বা সে।

(নিলচন্দ্রগী ফুরিংখাওদা নমহনা হাপ'চিনবা)

নিলচন্দ্র — ইশ ! ইতৈমা, মশি ঐ, (ফুন্নিংখাওদগী লোথোকে তৌবা)

ইবেমহল — মতু হেক লৌদহ্দ ঙসিদগী হেক্তা কৌনদ্রে।

নিলচন্দ্র —ইশ !

ইবেমহল — হৌজিক ঐনা পাম্বদি মকম অসিদগী থুনা চৎপ্রে হায়রগা, ডাক্তর অকবা অমা কৌহুনা য়েংহল্লগা হিদাক লাংথক পরপ পরপ থাহুনা হোৎনবা মসি পাম্মি। (কপ্নিগুম্বা অমা নিংশিংঙক্রুনা) অতুগা য়াম্না মুংঙাইরবা রাকম অমনা ইবুং ঙোনা স্কুলগী ওঝা ওইবগী হায়বা অত্তুসু ঙসি মঙা-তারানি অসিগী মমুংদা তশেংবা অমা খংঙগনি হায়তুনা নংগী তাই-বুংঙোনা হায়বনি।

নিলচন্দ্র—(হরাওনা) য়াম্না মুংঙাইজরে ইতৈমা। অতুদি ইতৈমনা ননাগদা উপাই অমা তৌবিরিবা অসি থবক ওইনা পাংথোক্লবা ননাও কোইচেন চেন্দুনা অমুক্তা হোৎনজরুরগে।

ইবেমহল—খিল্লবনি য়োম্নো।

নিলচন্দ্র— ফনি ঐ চৎচরে। (হরাওনা থোকখিবা)

ইবেমহল—(নিলচন্দ্রনা চৎখিবা মাইকৈদা মুন্না য়েঙগা।) উম, ঐনা নিংঙিবা লম্বৌ অসি মপুং ফাননবা ঈশ্বরনসু অম্নুম শিন-জিনবিরকইদনা উম …। (তাঙ্গা অসিদা সেখর অরাম্নদগী য়ুঙাওনা ঈখৈ শকলকপ।) তল্লেদা ওন্থোকপা মীওই অমা থেংনগদৌরে হুম ! মসি ঐ হৈনদে। (হন্দুনা নাকন অমরোমদা চৎখিবা।)

সেখর—(নোক্কুনা) হা-হা-হা।

ঈশৈ ঃ—

হুংঙাইনবা পোকপা মপে কনি
করিগীদি অমুক য়াকুগনি
নোঙ্গা পুন্সি লোমগনি।
চানবা থনম্বা চিঙ্গাকনি
থক্কবা শেমমম্বা মহিনে
করিগী চাদনি, করিগীদি থক্তনি।
হো হুংঙাইনবা পোকপা · ···।।

(নোকপা) হা হ-হা, বা-বা-হুংঙাইয়ু হুংঙাইপোকউ, মী ওইনা পোকপগী মহৈ য়ালহল্লু। (লাওবা) হা হা হা (নোক্লুনা, শেথর লিকলি অমা পায়ছুনা, য়ু ঙাওনা চংঙকই, য়ু থকপা) আ! বা-বা শাস্তি শাস্তি লাইয়েম্বী নংনা ঐগী পুন্সিনি, উফুল তৈবা গুরুগী খোংথি মচুম থকদোৗবগী শরুক পুদি, ইমা নংগী গর্ভমুংদা চোংথক্লুনা নচাগী থৱাই মাংজংসেকো পলেম, (য়ু লিকলি থম্মগা খুকম্বা।) থা তাম্না নাওপুহুনা ইমানা ঐবু পোকপিয়বসু ঐগী অপাম্বু পীবিহুনা পেলহনবা, হরাও হুংঙাইনা পুন্সি হি হনবা, হে দেবী নংগী নফমদা কংথোকচরবা নচগী থৱাই অশে চুপ্লুন লানবিগদৌরিবী ইমা লাইরেম্বী নংনা ঐগী শিরমদাইগী ভেক্তা গুরুনি। (লিকলি থাংগৎহুনা (চৎনা কোনবা, নাম্মোক্লুন্না লৈবাক্তা তাবা।) হাইত, কায়্রবরা হা! (পাইহুনা য়েংবা) আ কায়্দ কায়্দে (কম্না লাওহুনা) হাইত, কনানো? কান চাদনা লম্বী নোমহুনা শাম্বিবসে, নখোই ঐবু উশিত্তরাও হৈম! লিকলি

কাইরবদব অসি নরাইবক ফবা জাংনি চেকশিজৌ। (তাও হুনা তুশিনবা।) বস, শান্তি শান্তি। (লোংবাক লোংনা হিপ্তুনা লৈবা, তাঙ্গা অসিদা পিশক, শ্যাম খুত্তা লাইরিক শিলেপ য়েপ্তুনা স্কুলগী কুমকপা।)

শ্যাম ঐনা ঙসাইনা চৎলগনুশি হইদরা, অহ হৌজিক্তি মতম থেংঙবনিনা য়ুমদা চৈরম্মনিদো।

পিশক—হেরা কৈদৌনবা চৈদোরিবনো? নখোইগী অহল-লমন অসি ওঙ্খোক্লা ফংখদরে। (চৎপা)

সেখর—(শ্যাম, পিশক্কা রারি শাবা তারক্লুনা, থংলাও লাওবা।) কনা কনানো?

শ্যাম, পিশক—(য়াম্না খিনা থংবগা লোইননা রাংনা চোংথৎতুনা) হো-ইমা! (চেৎনা কোনশিন্নবা।)

সেখর—(হৌগৎলক্লুনা) করি? ঐবু কনাগী ইমা।

পিশক—(কনা) অ-নংঙোন্দা নংতে।

সেখর—(য়ু ঙাওনা) হায়য়ু, নখোইগী ইমাগী মমিং করি কৌই?

শ্যাম—আ (কিনা) ঐ মমিং খংদে কাওখ্রে।

সেখর—হায়য়ু হায়দবা য়াদে।

পিশক—(সোল্লপ্না) হেরা অমা হেক্তা হায়জল্লোবা।

সেখর—(খোং থিন্দুনা) করি, হাইজনব। হায়বদি?

পিশক—(থংখোই করিবোই) আ-মখোইগী মমাগী মমিংদি মে হেম্র-সিং দেবী কৌবনি।

সেখর—(শাওনা) করি, মাগী মমাখু মোংহেম্রসিং দেবী কৌই হায়বা (লোক্লুনা) হা-হা-হা (শাওনা) পেংনা হ রয়ু। (খোং থিনবা)

শ্যাম—আ মানা অসি হায়রবদি মখোই বাবাগী মমিংদি চমুরৈমা সিং কৌবনি।

সেখর—(থংশাও শাওজিয়হনা) করি! মাগী বাবাগী মমিংনা চমু-রৈমা সিং কৌবনি হায়বা, (নোক্লুনা) হা হা-হা, তুমিন্না লৈমু অহুম্না কাতু-কারল ঙাংঙু হায়বদি নখোইগী বাবানা তাক-পরা হা? (চংশিল্লকপা।)

পিশক—ইশ! নকশিল্লকনু নমথিবনা ওগদৌরে। (নাগোন মেনবা)

সেখর—করি, মনম অস্নুক মুংশিববু নমথিকা হায়হনা। (শাওশিন্ন-হনা) উম, হায়রো নখোইগী নমাগী মমিং শেংনা হায়রো।

পিশক—আ—(কিনা) ঐগী ইমাদি ঐনা পোকত্রিঙেদগী লৈত্রেয়ে।

সেখর—করি নংনা পোক্লুঙৈদগী লৈত্রবদি, নংদি সর্গদগী তারকপ্রা?

পিশক—অং ঐদি ইমা য়াওদনা পোকই হায়।

সেখর—(থংনোক-নোক্লুনা) হা-হা হা. করি মমা য়াওদনা পোকপা, করিস্থু লৈতবা জীব যন্তু, অসিন্সু ঐঙোন্দা কাতু কারল ঙাংব শাবা, মুম্না শাও সে. ঐ নখোই অনিদা করিগুম্বা রা অমা হায়গে (চংশিল্লকপা, শ্যাম, পিশক কিহনা চেনগে গোবা) খবরদার নখোই অনিমক কনা অমতা চংখিবা য়াদে। চং-শিন্দুনা মখুৎ ফাবা)

শ্যাম পিশক—(কিরহনা) আ—ঐখোইবু কাবিনু।

সেখর—(থংলাও লাওহনা) তুমিন্না লৈয়ু। (শ্যাম, পিশক কিনা লৈবা সে, মুম্না তাও, য়েঙো নখোই অনি জগোই কজপ্রবা অমতা শাও। সে য়েংঙো জগোই মওংদি (সেখরনা ফিজম থিনা থেক্লুনা পৈহনা জগোই শাবা পুংলোন) ধা-গ তিন্না না

ম তিন ভিন্না, না-িন-ভিম্ন থা ··· । (পুংলোন অসি লোম্পুনা জগোই শাবা, মতৌ অসি উবদা, শ্যাম, পিশক নাক নিংবা খাংহনা মচিনবান্দা মথুংদা মেনবগা লোইননা লোম্না চেন-খিগে তৌবা, সেখর উরক্লনা) কদাইদনো ? ইন্না (চংশিল্লক-তুনা ফাবা) নখোই জগোই শাত্রবদি ফাহনা খম্মগদোবনি (লাওহনা) শায়ো ।

শ্যাম আ-জগোই শাবদি হৈতে, অহুগা পাবুংতোম্না তম্বীব। ঈশে অমদি থরা থরা ফাই ।

সেখর - হা-অহুন। হেন্না পাম্মী বস। অহুগা হাই তুমশং মানবা নংদি কমদোবা ?

পিশক — আ-( কিনা ) চেনবা য়াত্রবনিনা বনা অমতনা তম্বীদনা হৈজবা পুংহ য়ৈবা তারেদনা।

সেখর—( নোক্লনা ) হ-হা-হা, বা-বা সৈত্য, ইপা ইপু হুংতাই দোরি, ও-হাক্লা জুত চানা শিল্লকই হায়রবা. অহুগনে নং পুং য়ৈবদ। তানকা কাইহল্লবদি (খুৎ-খন্দুনা) তু উবরা। আদগী কবোকং ময়াম হৌরিবসে উরেদনা মসিগী মথাদা নমশিল্লে ভাব তাররবরা ?

পিশক—(সোলপ্না নংতে শ্যাম মানা হায়রিব' অসবু য়াম্না হুংতাই-গদোবা জাংলাও ?

সেখর—(খংলাও লাওহনা) কন্নি ?

পিশক—(খংবগা লোইননা) আ-হোই হোই পাংথোকলা মরক্তা ওন্দুনা তিম্ফা কাকফৈগী মচিঙ্গাক ওইগদোবগী শরুকপুদি মহুনা থরা ফগদৌমালে।

সেখর—তুমিন্না লৈযু। সে, ঈশৈ পুং খৌরাং লোইবো, রেডি রান-টু-থ্রি। (শ্যাম ঈশৈ শকপা)

ঈশৈ

মীওইবগী পুন্সি অতাংবনি

মাংহনগন্নু লমখাংদা

ইমাগী গর্ভদা শেংলকপা ৯কচাং

লমচংনা লাইথুং পানহনগনু—হো মীওইবগী

পিশক—(মখুৎ নামা খুত্তুম তাশিল্লগা, খুৎ নামগী খুৎচানা খুত্তুমহুন্দা পুং থংপা।) ধা-গে-নাখেৎ, না খে ধি-না, ধা গে-না খেৎ-না খে ধি-না (চিন্না পুংলোন লোন্দুনা খোং থিন্দুনা পুং য়ৈবা)

সেখর—(শ্যামগী ঈশৈ মরক্তা) করি কনাগী লাইথুং, লাইথুংনা ঐঙোন্দা কৈদৌজরনি। দেম-কিয়ার।

পিশক—মানি, মানি লাইথুংদি নশাদা পকচরবনিনা অতুম য়ারে।

সেখর—করি, (শাওনা) মসিগী অঙাং অ'সমক্তবু ফারগা খোংবান্দা নমশিনগে। (ফাংগে তোত্নুনা চেনশিল্লকপা খিন ভুত্নুনা ইশ! নিংগোং য়াওদরে। ফিভম খিনা অনাবা থাংব)

শ্যাম— ঈশৈ

অচৌ পিশক নাইদবনি

লাইর অনং খাইদবনি

জ্ঞানগী মৈরা পাইত্নুনা

থনম্মু মিংচৎ ওমর খুভম

(পিশক পু লেপ্তুনা অতুম য়ৈবা।)

সেখর—করি, কনাগী ওমর, করি কান্নবা ৱুত-মুট অতুগী শরুকপুদি চাও-থকউ গুংঙাইথোকউ। পুম্নমক অয়েম্বনি।

শ্যাম—উম, মানি অচুম্বনি। নংসে কয়াদি পংকুই কুইনা হিংদোবা মান্দৱে, নুংঙাইথোকও।

সেখর— করি মসিগী অঙাং চোরকোন মানবা অসি পুম্না য়োংশিল-লগে। ( চেনশিল্লকপা, থিনা তুবা।) ইস! খুকউ কাং য়াওদ্রে কাইরে। (থিনা শুগৎপা।)

শ্যাম— ঈশৈ

লৈমসিজনি ঐনা বামোম্নি
অচৌ পিশক নাইত্রবনি
পুম্নমকশে অমতনি, জাতি বিজাতি খাইত্রবনে।
থাকচবা লাংদা থুরবদা
নিংঙম্মকওই পোলোইদা।।

(পিশক হান্নগী মঙৌগুম্না পুং অতুম য়ৈসা)

সেখর—মানি পুম্নমক ঐগী মকপ ঙাক্তনি পুম্নমক অসিদগী ঐনা ইচাও চাওই, ঐ নংথৌ ন, ঐ রাজ সাহেব-সাহেব।

পিশক—চাওই চাওই হৌজিকা মতমদা ঐখোই অনিবুদি নংনা ওম্ব-নিনা নংনা চাওরি, চাওইদকো নমথিরেল নংনা চাওবসে নিংথৌজাও।

শ্যাম— ঈশৈ

মীওইবগী পুন্সি অতাংবনি
মাংহনগনু লমথাংদা .... ... ।

(পিশক অমম্নুং সেখরনা পুং কন্না য়ৈশিল্লকপা, তাঙ্গা অসিদা

পিশক, শ্যাম ইংগিৎ তৌনহুনা মশা মশাগী লাইরিক য়েগ্নুনা ঈশৈ শরূা শরূা লোয়া পাকথহুনা চেনখিবা, সেখর মথন্তু পুং কয়া য়েংহৌবা ... ... )

সেখর - ঈশৈ

মীওইবগী পুন্সি অতাংবনি

মাংহনগনু লমথাংদা ... .. ।

(ঈশৈ হঙ্গিন হঁজয়া শক্তুনা কয়া চেংবা ঈশৈ থায়গা য়েং-থোরকপদা শ্যাম, পিশক লৈরমনহুনা জান তাদনা) অা— ।

(পত্রাক লাওনা কয়থবা ।)

[ লাইট ]

১—৫

## অহানবগী মণ্ডাশুবা শরুক

সুংথিল পুং ৫ য়োম তাবা মতম ।

স্কুল ইন্সপেক্টর কোমোলগী য়ুম মাঙ্গোলদা

(হান্নগী দেকোরেশন ... ...। মফম অসিদা ইবেচাওবী থরাই সুংঙাইনা ঈশৈ ঙংঙ-ঙংঙদুনা নিলচন্দ্র লাকপরা হায়বগী মওংদা, ফলপ ফলপ য়েংদুনা লৈরম্মী ।)

ইবেচাওবী — ঈশৈ

নোংমদোল য়াংনা পাইরম্বা চেক্লা
চেক্লা নংবু কৈদনো,
লমদম তাম্না পাইগ্রবন্
তল্লকলোগবা পোম্বী ও ।
চেক্লা নংগী দমক্তা
থাদুনা থমজরে নচিঙাক ।
য়েক্লা-লাংবু শিন্দুনা
চেক্লা সমাই লৈগে থল্লগনি,
মুজাগী লম্মন তোল্লবনি
নিঙোল হাৎপা পাপ পুজগনি ।।

ঈশৈ শকলিৈঙগী মরক্তা, নিলচন্দ্র চংঙক্লুনা ঈশৈ অম্লুম তারম্বদগী, সুংঙাইবা অমা পোকলক্লুনা, চৌক্রিদা চংশিন্দুনা

কম্মগা ওক হাইর হাইরদুনা টেবিল মথক্তা মথোন্দি থোক্তনা খুংনা পুং খংপা হোৌরকপা, অমসুং ইবেমহল ঈশৈ শকপা হেক লোইবগা, নিলচন্দ্রস্ন হেক মুংঙাইমনথদুনা থোন থোক্তা থোক্তা পুংলোন লোল্লকপা।)

নিলচন্দ্র—তেরে-কেতে ধা, তেরে-কেতে ধা, তেরে কেতে ধা, হা!
(পুং খংলম্বা খুং অনিমক রাংনা থাংগংতুনা পুং থাবা।)

ইবেমহল—(ওল্লা) হৈমা!

নিলচন্দ্র -আ! (ইকাইগুম হংগোইগুম) হা-হা-হা, (ইশি শিনা নোকমিন্নবা) হা-হা-হা।

ইবেমহল—অ-নংত্তে ঐখোই ইবুংঙোদি, মত্তৌ ইমান-মান্দনা পুংকা য়াম্না হৈরম্মীবা পোংনিনা ...। (অমুকসু নোকমিন্নবা) হা-হা-হা।

নিলচন্দ্র—(ইকাই হংগোইনা) কদাইদগী নোদা, আ—ঐখোই ইতৈ-মনা দিন্দা য়াম্না মুংঙাইনা ঈশৈ মুংশিনা শকঅম্বা অদুদা ঐসু কনাগীক্তা মকম মরাং ইথং খংহোদনা হৈবোই হৈতবোই লম হেল্লবা খুং অসিগা রারকপা ওমহৌদ্রবা চিনবান অনি অসিগা পংথং-তা খংতুনা পংলোন্দা হেক্তা লোম্হোকখ্রিবা জাংনি। করিমতা হৈজপোৎ নংত্তেদা।

ইবেমহল—আ—ভাব ভাদো। (নেকমিন্নবা) হা-হা-হা।

নিলচন্দ্র—মওংদুবু হাৎজরিবা, অদুগা নংত্তে, ঐদি নহালমথৈ থংজদে ঐখোইগী ইতৈমদি ইথা থাজদনা ঈশৈবু য়াম্না ফরম্মীনে।

ইবেমহল—অদু-ত্তাইয়ে। নংত্তে ঐখোই ইবুংঙোবু মকম অসিদা চংওকপা কম্না কুইরবগে?

নিলচন্দ্র – আ—ঐ ভহাক ওইজরে।

ইবেমহল - ইস! ইমাইপেম্মা ভসিদি ঐ দশা অচৌবা অমা হৌখরেদনা ... ... ।

নিলচন্দ্র—হেঃ করিগী দবা ওইরুগদগে, অদোমদা করিমতা খনবিরুগনু। আ – নংত্তে ইতৈমা শ্যাম্বু উদববু কদাইদা চংখিবগে ?

ইবেমহল—আ – ইবুংঙো লাকঅনি লাকঅনি, ইতৈমনা, থবক অমতা চংলু হায়রহনা চংহনব্রি। নংত্তে অতৈ পুন্নমক ইরাইলাইরি, অঙাং অনাববু কব্রি করম তৌরবগে ? অসিবু হান্না অমুক্কা হায়খোনে ?

নিলচন্দ্র – ও! অঙাং অনাবগী রাসে, ঐ হায়জগে। ইতৈমনা ননাওদা পীবিবা পোৎ অহুগী মপান্না ভরাংসে ননাওনা ডাক্তর অকবা অমা কৌজহনা য়েংহঞ্জরগা খুদক্তা হিদাক-লাংথক লৈখোত্তুনা পরপ পরপ পিজ পিথক্তুনা হোৎনবদগীদি ভরাং অহিং অসি মহাক পুরা পোখাহনা ভসি নোংঙাল্লমদাই অহুদদি চাক চখোমমুক্কং চাগে হায়রকই, মহু ননাওনা পরপ-পরপ হোৎনজহনা পিজবদগী হৌজিক্তি মমিৎ মনা পুংশিং শিংহনা লৈহৌরে ইতৈম। ।

ইবেমহল– হরাওনা) আ—আ। সুংঙাইরেদা। অহু ডাক্তরনদি চাক পিজবা য়ারে হায়বরাও ?

নিলচন্দ্র—মহুগীদি ডাক্তরগী রা ঐনা মুন্না লৌজহৌই করিমতা কাইদে হায়।

ইবেমহল— ফরে ফরে য়ান্না সুংঙাইরে।

নিলচন্দ্র—অসি পুম্নমক অসি ইতৈমগী মপান্নবি, মনাওনা পুন্সিসিগী কাওজরোই।

ইবেমহল—হে: করিগী তৌনদবা ম্নাববা, ফরেদা ইতৈমা ওন্থোক্না নুংঙাইরে। (কেথতুনা) য়েংঙো হায়বা, সে ইতৈমনা ইবুং-ঙোগী হেক ব্রাবশি, করি করম তৌরিগবা হায়তুনা হেক থনবদ অম্নুন্মক তুম্বা য়াদা, অম্নুন্মক য়াদা, ইবুংঙো থাজরোইকো হে-সৈন্য রাথল্লা তুম্বা চাবা য়াদে হায়বা অহুদি ইতৈমনা হন্দক্তা চপ-চানা থংঙেমী। ইপা ইপু নোংরোক হেক তানি থাজোকো। শে নোংঙানখিবকা অমতা থংগোদে হায়বা রানি।

নিলচন্দ্র—আ অচুম্বনি, পুম্নমক ইতৈমনা নুংশিবিতুনা … …।

ইবেমহল—অতুগা রাফম অসিমগা, ইবুংঙোনা অঙাং প্রাইভেট ভর্মীবগী তলবসু নংগী শাইবুংঙোনা হন্দক্তা থা অসিদগী হাপ-কংলগনি হায়বনি।

নি.চন্দ্র—এং ইতৈমা করিগী শাপ হৎলুগদশে শাইবুংঙোনা নুংশি-বিতুনা পিবিরিবা অনি যানতুম য়ামনপ্রব' জ'ৎনি, মসিসু লৌরফাওবদা য়াবিবা পোৎনি ঐনা থজ কুং ফিভম চাদবা অমা ওইবনা লৌজরিব'ন ইতৈমা।

ইবেমহল- হে - লোগদোবনি। মক্তম, মক্তমগী মতুং ইন্না তলবকা হাপ্ত-লাক্তবকা রাবা পোৎ নংতে। (রাথল অন্দা) আ-অহু ঙসিদি ইতৈমা করিগুম্বা রা অমক্তগা …।

নিলচন্দ্র – তাকপিযু করি করম্বা রাফম ওইরবনো ?

ইবেমহল—হে ঘ্রাবুদি করিস্থ লৈতবা য়াফবনিদা; অদুদা ইতৈবনা অস্নুম হংগোইজহনা ··· ।

নিলচন্দ্র—হে—করিমতা চিংনবিগনু, হেক্তা হায়বিয়ু, ননাওনা ভমজ-গদোবা থবক ওইরবদি খুদক্তা হেক্তা পাংথোকচগে, হায়বিয়ু ইতৈমা।

ইবেমহল—আ (চিংননা) য়া অসিবু আ—থংদেদা ঐথোই ইবুং-ঙোগী মতৌ অসিগা, ঐনা নীংভিবা অসিগা থেন্নমনগ্রহনা হেক হায়দোক্কদোবা অসিদা, আ—ইবুংঙোস্থ ভাব থিং তামনখিত্রবা হায়বা অহুনি, করিনো নিপা নহা নংতবগুম্মী।

নিলচন্দ্র—(চিংনরপ তৌনা) ইতৈমা!

ইবেমহল—করিমতা ভকনু, য়া অসে মতম কুইরবা; ইতৈমনা ইবুং-ঙোগী য়কমদা অমুক্তা ফোংদোক্কে হায়না নিংভকপা, অহুবু অম্নুম্মক ভমদা অম্নুম্মক ভমদা, আ—শয়া হায়রবদা, ভসি হায়বা য়মিং অসিদগী, ঐনা ইবুংঙো হায়বা মিংগৌ অসি হোংদোকঅবা, অহুগা ইবুংঙোনস্থ ঐঙোন্দা ইতৈমা হায়বা মিংগৌ অসিগী মহুৎতা ··· ··· ।

নিলচন্দ্র—(ভকপা অমস্থং তু-চুংবগা লোইননা) ইতৈমা!

ইবেমহল—অচুম্বনি, ঐনা হায়রিবা অসে ঐনা ভসিদা ইনৌ-নৌমা হৌদোকপা নংতে, অসিগুম্বগী লম্বীদা চংনরিবা কয়া অহুগী মনুংদা তিন্দুনা কনা জিব অমতা থংহন-তাহন্দনা পুন্সিগী য়ায়া মুংঙাইগ্রবা অঙকপা মখলগী লম্বীদা পুন্না চংমিন্নসি হায়বদনি।

নিলচন্দ্র—(জ্ঞান মাংবগা লোইননা চৌক্রিদগী ফুক হেঁগৎলগা) ইতৈমা! (তাঙ্গা অসিদা বীমোলচান্দ চ ঙকপা ব্রা লাবা।)

ইবেম্‌হল—হৈমা, কৈদোবগীনো অদুক য়াম্না ঙকইবা অদুবে', ওন্থোক্রস্থু নিপা মান্দেদা।

বীমোলচান্দ—আ—ইতৈমা কনা কৈদোবা য়াঙবব গ।

ইবেমহল—(ঙক্লা) আ করিস্থু নৎতেদা ইবুঙো, সে সে অস্থুম তৌরে, নংগী মকুপ নিলচন্দ্রগী মচল অদু মশা য়াম্না কন্না ঙম-দহুনা লাকুরি হায়রে, অদুদা ইতৈমনা পৈশা মুংশা খরা মতেং ওইনবা পিবদা লৌ হায়বা য়াঁদ্রবা।

বীমোলচান্দ—ও- নোক্কুনা) হা-হা-হা মকপ নিলো কবিগী লৌ দ্র-বা? মসিদা কারি চিংর্নানিংঙাই লৈরিবগে, নং ঐ চাক পুখম অমতদা চ দনহুনা থিন্নরি, অদুগা তাইবুংচোনস্থু নং ঐ অমতা ওইনা লুনা চান্না তৌবিরি; মসিদা ইতৈমনা মনাও মক্লি খন্দুনা নংগী ঐগী ইকমনা অদ্না মতেং পাংননবা হোৎ-নবিবদা করিমতা চিংনদনা হগাও হবাওনা লৌফম থোক্করা। মতুদা লৌংবাদ ইমা শক্লবী ইতৈমনা বারৌখিবগী দোব নং ঐনা ফংঙোইদ্রা?

নিলচন্দ্র—(জ্ঞান তাদনা) ইশ! বীমোল'

ইবেমহল- হো অঙ্গনিনে ইবুংঙো ··· ··· ।

বীমোলচান্দ—লৌও, অদুগা ইতৈমনা পীরিবা পৈশা-মুংশা অদুনা পীরবদা কোয়রোইদোবা ওইরগস্থু ··· সে। (খুনিংথৌদগী খুদোপ, খুদা দগী ঘড়ি লৌথোক্কুনা) সে, পোংশক অনি অসি

পুয়ো অতুগা মরুপক্কী অচিনবা অতুগী মতেং শইনগরো সে।
(পীবা বীমোলচান্দ জ্ঞান তাদনা লৈবা।)

ইবেমহল—হেঃ ইবুংঙো নংগী নখুত্তা শিবা পোং-চৈ লৌথোক্কুনা হেক পীবা হৌনদেদা, ইতৈমনা ফননবা শিনগনি। (হাখন অমদা) ইহে ইবুংঙো, সে নচা শ্যামদো তুকান্দগী চা-চানি লৈরুনি হায়তুনা চংখিববু শুংহন হল্লকপা কৌবা লৌখিদরে কহিবু তৌরকনো, পৈশা নুংশাবু তাহৌ খোংহৌরবরা কুইমল-লদনা ইতৈমদি, কুংশা খিবা অমা য়াওশিল্লকএ, ইবুংঙো নং অশরাইফাওবা চংতুনা অমুক্তা য়েংঙু চোবা।

বীমোলচান্দ—এঃ ইতৈমা বয়া কুইরবা চংখিবা?

ইবেমহল—কুইরেনে, ঐনা কৈজরুগে তৌজবান মানা ঐ লৈরুগে হায়তুনা হেক্তা চেনখ্রিবনিনে ইবুংঙো, মাগী ওঝা লাকইবা অসিসু কুইরবা কমদোসগে।

বীমোলচান্দ—আ-ফনি ফনি, ঐ য়েংজরুগে (চংকে তৌবা) ও! (লৈশিল্লক্তুনা) মরুপ নিলো, নং ঙহাক্তা লৈরমখো, ঐ অঙাং য়ায়া থুনা কৌরকঅগে। (চংপা) শ্যাম, শ্যাম, শ্যামকুমার! (কৌ-কৌতুনা থোকখিবা।)

ইবেমহল—ইবুংঙো, কৈদৌরবগে? তিংঙক তিংঙক লেপ্তুনা লৈরিবা অহুবো, চৌক্রিদা নিংথিনা ফম্মো।

নিলচন্দ্র—ইশ! ইতৈমা, (চৌক্রিদা কমথবা) ঙসি ঐনা তৌরিবা অসিবু করিনো, ঐ জ্ঞান অমা পুমমম মম্মে, ঐবু মংলা ভাই-বংলা মক্কম অমতা শংদরে।

ইবেমহল—করিগী মং ওইরুগনি, পোকওমদনা পোকলবা মীওইবগী পুন্সিদা মুংঙাইনা হিংননবগী অনৌবা মঙালগী লম্বী অমা, ঐনা চাওনা ফাৎলিবা অসিদা অমত্তা ওইনা পুম্না চৎমিন্নসি হায়-বদনিনা …।

নিলচন্দ্র—(শাওরপ্না) ইতৈমা ! ব্রাফম অদু অনিরক শুনা পনবিরগনু, ঐ মদু তাবদা থাংবা ঙম শিল্লক্করে

ইবেমহল—কব্রিনোনে হায়ব্রিবা অসিবো।

নিলচন্দ্র—অচুম্বনি ইতৈমা, হেক পোকমিন্নবা মনাও তমথম্না থনবিগদৌবা নিলচন্দ্র ঐগী নাকোং অসিদা হেক তাবদা তু-চুংবত্তা নৎতনা থম্মোই অসি কায়ননবগী মশক ওইরবা ব্রাহৈ অদু তোইনা তোইনা পনবিরবদি (শাওন) ব্যবহাব কাইজনি অবা ননাওগী মফমদগী অথিবা ব্রাহৈ তাবিগনিকো ইতৈমা।

ইবেমহল—এঃ

নিলচন্দ্র—অচুম্বনি ঐনা হাযজরিবা অসে, ঐবু হেক পোকপিরম্বা ইপাদগী হেন্না লুন খঞ্জরবা তাইবুংঙো কোমোনগী মফমদা ননাও ঐনা অকাইবা লম্বী চৎলমগনি হায়রবা অসিদ মপোক অসিমগী থনবিকগনু। ইতৈমা তাবিরিবরা উবা ফংবিরবরা, যম্না উব্রোকথোং লাল্লি হায়রবা অসে।

ইবেমহল—আ-ফরে ইবুংঙো, ইবুংঙোগী থম্মোই অদুদা থংগে তৌবনি হৌজিক্তি লোইনা তাব তারে।

নিলচন্দ্র—অচুম্বনি ইতৈমা, মতু পানবা শা-হুইদম্বু মপু নিংবদা শিংথানরি। অদুগা ইতৈমদি তাইবং মী ওইনা পোকলে

হায়রগা ভমখিরবা কৈ অমোমগী শাজং চংশিহনা ঐবু শারাক ভমগে লাক্লবিরম্মীবদো ইভৈমা ননাওবু ভাকপিস্থ। (থুরম্বা)

ইবেমহল—আ—(শাওনা) ফরে ফরে ঐদি নহানমথৈ থংঙুদেদনা মাশিংসে য়াম্না গুণ চেনবা, ইপা ইচা মশক য়াম্না খংনা চংনরম্মে। উম, ঐনা নহালমথৈ ভাব তারুদবা অসিদি ঐদি য়াম্না পাংওম্মেদনা। আ—ইঁবুংঙো ধর্ম্ম কায়দবা, মতু পানবা শাদগী হেন্না ভোম্নবী ঐগী পোৎ-চৈ থরা শিজিন্নখিবা অতু হৌজিক থরা পীবিরম্বা তারে।

নিলচন্দ্র—ও—ঐ শোইদনা পীজগনি, হৌজিকমক্তি য়াওজরক্তে, হয়েং নংত্রগা হংচিং অসিদা ....।

ইবেমহল—(শাওনা) হুম! তাইবং মীওইবগা উনবা য়াত্রবা কৈ অমোম ওলহল্লবী ঐগী ইপোং ইরন শোকঅবদি থুদক্তা শারাক ভমহনা থুদোংথিবা লাকনি থুদক অসিমক্তদা পিথোকঅম্মু।

নিলচন্দ্র—(শাওনা) থুদক অসিমক্তদা।

ইবেমহল—মানি থুদক অসিমক্তদা, অতুগা মীগী স্না লুপা য়াইহনা শিজিন্নরুবগী মতিক চপ চাথা শেন্দোইস্মু হাপতুনা শিংতমশদোবনি।

নিলচন্দ্র—(শাওনা) শেন্দোই, শেন্দোই কন্না পাম্বথগে ইভৈমা? ইভৈমনা পাম্বীস্নিবা শেন্দোই অতুগী মথক্তা লাইবক থিরবা ঐবু ভমথিরবা নোরোক্তা কোম্নদা তান্নমগদোবদগী কনবিবগীদমক্তা ইতোপ-তোপ্না শেন্দোই মথল অমস্মু ননাওনা চপ চানা হাপচরকনি। ইভৈমা ননাও চংচরে। (খুং অনি জুন্ন তৌরম্মগা শাওনা থোকখিবা, ইবেমহল জান মাংনা তৌফম থংদনা লৈহৌবা) ইশ! (ফমথবা)

[ লাইট ওফ ]

১—৬

( অহানবগী অঙ্কশুবা শরুক )

অয়ুক্কী মতম

# লৈকোল

(লৈকোল অসি লৈ-শু কয়াম্রু হৌদুনা ফজ ফজনা শাংলি। মকক অসিনা মপা কমা ওশুমনবদগী ফংহলক্লবী স্বর্নলতা মশাগী পকচবা ফি-রোল শেৎ-চাদুমা তক তহেন্না, তপ্না তপ্না থোক্কই "অথম্নুং" মাইকৈ খুদিংগী ফজবা নিংথিবা কয়াবু য়েংশুগা চিঠি পুথোক্কুনা পাবা।)

ওফওগী (লিপি অমা)—তোল্লবী লাইবক থিরবী ঐগী পুন্সিদা মুৎলা রোইদোবা ময়েক্কা ইদুনা থমজল্লবা নংগী মুংথি মুদ্ধিলি। অদুবু রীমোল্লচান্দ ন নদি লাইবক থিবা অমা ওইখিবনা ঙসি ফাওবা অলিদা দুধ্বনি নপা ও-অমতা ডাদমা লৈরকপা··· ··· অদুবু লাইবক থিরবী নচন স্বর্নলতা কৌবী ঐনা কমা অমগী য়াখল চংসনা মুবা চাখা খুদিংদা নংগী য়াথন্দা থন্দুনা পুক্রিং অনি লোংদনা লৈজরি। কাওবীগন্নুকো তোল্লখিবু। কনা অতোপ্পা অমা নত্রবী লাইবক থিরবী নংগী স্বর্নলতা। (চিঠি পাবা লোইরমদাইদা মেথর-মপা হাইকেং নানবা ফিজেৎ শেৎদুনা কোকথ তুলিনাচিংবা উপগা চিনবান্দা 'চুরুট' অমা চুপ্পুনা চংশকঅগা স্বর্নলতানা চিঠী পাবা তারি। চিঠী পাবা হেক লোইবগা।)

স্বর্নলতা—য়াহৈ খরা অদিদি ইরে, অহবু পোৎশক অসে মাগী মফমদা কনানা য়ৌবিগনি, অহুগা মাগী মফমদা য়ৌরগা কনানা অমুক পাখিগনি। (খনখা)

সেখর—(হুংশিদনা) ইফেম্মা পোৎশক অহু ঐ ইশামক্লা পুজরগা আ লাইখক ফবা কনাগুম্বা মহাক অতুগী মফমদা পাজরবকা য়ারোইদয়াও? অহয় ! (খোদেম্বা, স্বর্নলতা চৎকে তৌবা, সেখরনা থৎলগা।) ভাইখোদা স্বর্নলতা, ঐনা হৌজিক হংডিবা য়াহং আসগী পাওখুমদদি পিরমখোদা।

স্বর্নলতা—(হুংশিনা) তাদা, তাদগী মফমদা নচন্না করি পাওখুমবু পীজগনি। ঐন হায়জগদৌবা হায়ববু নচল ঐদি লাইবক য়াম্না থিরবী অমনি, অহুমা নচনগী খুদোং থিবা অন্না অনা কায়া তারকদৌবা পুম্বদগী কনবিয়ু, হেক পোকমিম্নবী নচল অমগী মতৌগুম্না হুংশিবিয়ু, অসিমতনি ঐনা হায়জগদৌবা হায়ববু। (চৎকে তৌবা)

সেখর—(শাওরম্না থৎতুনা) স্বর্নলতা ভসি নংগী নমংদা লেপ্তুনা যা হায়রিবা মীশক ঐ অসে কনানো হায়বদো য়াম্না মুম্না খল্লগা য়া ভাংভু নত্রবদি ... ...।

স্বর্নলতা—তাদা নচন্না, করিম্ব অমুক খন্থনিংঙাই লৈজদ্রে ঐনা হায়জরিবা অসিনা নচনগী পুক্নিংগী অয়েপ্পা য়াফম্নি।

সেখর—(শাওনা) অয়েপ্পা য়া, হুম ! স্বর্নলতা; নংগী য়াখল অহুদা করিমতা খন্থনিংঙাই লৈজদ্রে হায়রিবা অহুমা অয়েপ্পনি অসি নত্রা ?

স্বর্নলতা—অচুম্বনি তাদা।

সেথন—(থংলাও শাওদুনা) অদুখনি তাদা, হয় ! অদুবু স্বর্ণলতা সে—অংবা নিংঙিবা আসা অদুদি করিমতা কায়রবা, য়েংঙো য়েংলোক্তা থোকইবা হুদিং অসিনা, নোংচুপলোমদা, প্রমান "অসিনা তাকপদি" মসিগী অর্থদি (মিৎতা খুৎনা থিন্দুনা তাকপা) ভাব তারেদনা করিস্নু কায়রবা অরেপ্পা হয় ! হা-হা-হা (নোকুনা থোকখিবা, স্বর্ণলতা থরাই নুংঙাইতনা লৈহৌবা, মাঙা অসিদা বীমোলচান্দ অয়াম্পদগী ঈশৈ শকুনা লাকপা।)

ঈশৈ :—

রাখল চেৎচহৌ লৈরাংও
লম্ফাংলবা তাইবংনে।
নোক্লা-ইরৈনা চেস্থদুনা
ইরাক্লজগনি তাইবংদা
কনানস্নু কনবিরোই
কনানস্নু উবিরোই
রাবরা কান্দা ইতোমতনি।
ইরাংগী ফিজেৎ শেৎদুনা
ইথক ইবৈদা তোংলবদি
লম্বথাংদা লুপচগানি ও … …।

তুংগী পোলোই য়েংজহৌ, রাখল চেৎচহৌ লৈরা ও
নোক্ল-ইরৈনা চেস্থজনি, রাখল চেৎচহৌ লৈরাংও
ইরাক্লজগনি তাইবংদা, রাখল চেৎচহৌ লৈরাংও
লম্ফাংলবা তাইবংনে,
তুংগী পোলোই য়েংজহৌ ।।

(বীমোলচান্দ ঈশৈ লোইরগা)

বীমোলচন্দ—বস (ফমথগে ভৌবা)

স্বর্ণলতা –(মুংশিনা) বীমোল।

বীমোলচান্দ—ও! (ভৌগৎতুনা) কনা ওইরবনো?

স্বর্ণলতা—বীমোলচান্দ ঐনিনে, কাওবিরবনে লাইবক থিরবী অহু-ভৈগী স্বর্ণলতাব।

বীমোলচান্দ—ও! (মুংশিনা) হে লাইবক ফবী কন্নিগীদি কাওবা, মতম কুইনগীদি তুংদা থাজদনা ওসি নংগী খোঞ্জেল তাবা ফংঙে নৎতে, হকচাং য়াম্না কন্না ওম্মুদরে হায়না তাজে। অহুবু হৌজিক্তি হকচাং খরা মুংভাইবিরেদনা।

স্বর্ণলতা—হুম, বীমোলচান্দ ঈশ্বরগী কৃপাদগী ঐগী হকচাং নাবা ফয়ে, অহুবু বীমোল ঐগী থম্মোইমুং অনিদা চাকইবা ওমচাকুবগী কল্লবা মৈরিগী থিংডমদ্রবা মৈচাক অসিদি কনা অমতম্মু উবিদে, কনা অমতনস্মু খংবিদে, মৈচাক অসে নোংমা নোংমগী অম্লম অস্লম চাকপা হেনগৎলকইদো, থাজদ্রে পুন্সিসিগী মৎকনি হায়বা অসে ···।

বীমোল—হুম! সংসারগী অফ-ফত্তা, লেংলি-পাল্লিবা পুন্নমকপু উবা খংবা ওম্মীবা হে লাইবক ফবী নংগীস্তু অমুক অন্নাবা শরুক থুংভিবরনে?

স্বর্ণলতা—ও! বীমোলচান্দ, নংনদি অহুম্না হায়রিবা, অহুবু বীমোল সংসার অসিদা চৎনরিবা মওং, ওইরিবা ফিভম পুন্নমক অসি উরুরে খংডুরে হায়রগা অমুক নিংবা থুংদনা লৈগদোবগী শরুকপুদি বীমোল হৌজিক নংগী ওইরিবা ফিভম অসিনা

লাইবক থিবী ঐগী ইকমদদি শরুক চামা হেন্না করগোই নি ঙকএনে বীমোলচান্দ।

বীমোল—(হরাওজনা) স্বর্নলতা! (তাঞ্জা অসিদা কোমোল স্যুট-টাই ভৌহনা থোরকই মথোইগী মতৌ উবদা লে ম্না অমুক হঙ্গিন-খিহনা র. তাবা।)

স্বর্নলতা- অচুম্বনি বীমোল, নংনা তাইবংগী অফ-ফত্তা উরিবৈগী মতমদা নংগা ঐগা হায়নখিবা কাওরোইদোবা ব্রাহে, মুৎল-রোইদোগা নংগী শুদ্ধৎলবা মিৎয়েং; পুম্নমক অ'স থল্লুরে হায়রগা বীমোলচান্দ নংহাক অসে লাইবক থিববী মফম ফত্তবদা হৌরবী ঐনা লৈরাংগী মতৌগুম্না য়েংচহনা, পুন্সি অসি মকম থুপ্না লেঞ্জরগে হায়ন থল্লকলেনে বীমোলচান্দ।

বীমোলচান্দ স্বর্নলতা!

স্বর্নলতা—অচুম্ব ন ঐনা হায়জরিবা অ'স, পাঙ্গল শোল্লবী উরিগী জাৎতা হৌরবীনি হায়হ্র। হয়েং মতম অমদা থোক কাওথোক-পদি ভৌবিগন্নুকো।

বীমোলচান্দ—(হরাও-ভুজুংনা) স্বর্নলতা!

স্বর্নলতা—অচুম্বনি, অকনবা নোংলৈ মুংশিং কয়া নংলবসু নংনা উকন ওইবিহনা লাইবক থিবিগী পুন্সিবু কনবিয়ুকো।

বীমোলচান্দ—(হরাওনা) স্বর্ন!

স্বর্নলতা—ঙসিদগী ওইজরগনে পুন্সিগী লোইনবী, (বীমোলচান্দগী মনাক্তা চংশিনবা)

কোমেল—(থোকুনা) আ—অচুম্বনি হে—পুকচেল ফজরবী, ধর্ম

চেন্নবী নংবু কোম্মোল ঐনা জম্মাম জরাম্না ওক্কলি। (বীমোল-চান্দ স্নুর্নলতা জ্ঞান মাংনা চেংখোক্কবা)

কোম্মোল—হা—(খুংনা থাম্মগা কনা অমতা চংপা য়াম্রোই। (স্নুর্ন, বীমোল চপ চপ লেপ্প।) য়াম্না ফমে, ঐন্দু মতম কয়াগী মমাং-দগী হৌনা অসিগুম্বা তাঙ্গা চাবা অ স অমুক্কং থেংনরবদি হায়্রহুনা লুমহুনা লৈরকপা ওক্সিদি মতম শুরমালে থেংনরেদো। (স্নন, বীমোল ইকাইহুনা কারল চংনবা) কনা অমতা লেংবা য়ারোই হেক চংপদা রা থোকএ, সেন্না, কনা অমতা খংহন-তাহন্নিংদবা থৌদোকপু কোংনা ফারবদা কদাইদগী তরাই তর'ইনা পাক থাদোকপা য়াগদগে, তোফম থোকপা বীচার তৌরগা পিকম থোকপা দগি অহু চপ্-চানা পীগদোববনি।

বীমোল—আ-মাদি ঐগী মকপ নিলচন্দ্রগী মচল্লি। ... ...। চুম্না ইচম চম্না ...।

কোমোল—আ—মহুনা অমুক হেন্না লুখরে। পুক্নিগী তংন-থানবা য়াদনবা য়াম্না চাওবা দগি ফংগদৌরিবনি। (স্নুর্নঃ বীমোল জ্ঞান তাদনা লৈবা) অহুনা নখোই অনিদা ঐনা পীগদৌবা দগিদি (লাওথোকপা) হন্নেংগী হুমিত্তা নিলচন্দ্রগী মচননিপী স্নুর্নলতাগা কোমোল ঐগী ইনাওনিপা বীমোলচান্দগা য়া'ম্না চাওনা লুহোংলগনি। (স্নুর্ন, বীমোল জ্ঞান তাদনা চংনবা) আ—নংস্নু চংপা য়াদে, মাস্নু লেংবা য়ারোই। (জ্ঞান তাদনা চপ লেপ্পা) বীমোলচান্দ, মশক মত্তোদা চংখোল্লবী, নিংগ্রবদা হোংল্লবী, নীঙোল কুমারীলক্কী অথোইবী মহাক অসিবু ফংজবদি ইয়াম্বদি খুংনা সর্গ অসি লাইনা লাম্বা ফংলগুমগ্রে,

বীমোলচান্দ নংনা মাবু পুন্সিসিমগী থাদোকনু। (স্বুর্ন, বীমে'ল ইকাইহনা চেম্মোকুবা) চংপস্নু য়ারোই, চেনবস্নু য়ারোই কা মোন, কা-মোন কা-মোন বীমোলচান্দ কা-মোন কা-মোন (খুৎ অনিনা চংশিন্নৌ হায়না ইংগিং ভৌবা। স্বুর্নলতা বীমোলচান্দ খরা খরা চংশিন্নহনা মশা মশা থেংনবা) হা – ডোন্ট মুভ ষ্টেন হিয়ার। (বীঃ স্বুর্ন- চপ লেপ্পবা)

( লাইট ওফ )

ইণ্টর্ভেল

২—১

( অনিশুবগী অহানবা শরুক )

অয়ুক্কী মতম

## লম্বী

(সেখর, মৈতৈরোলগী খবর অমা পায় পায়রদুনা থোয়কই, অসুম খোন থোক্তনা পায়রবদগী থেংনবা।)

ওফতগী (নিপা অমা) লুহোংবা, তাং অসুক অসুক য়ুমশকৈশা হুমিংকী মুংথিল পুং ২ তাবা মতমদা বোর যাত্রা ভৌদুনা, কে, বীমোলচান্দ সিংহগা কুমারী এন, সুর্নলতা দেবীগা য়ায়া চাওনা লুহোংগ্রে।

সেখর—(ওক্না) আইস! হোংখরেদনা সিদি। (খবর অমুক পাবা)

ওফতগী—(নিপা অমা) লুহোংবা অসিদা তিনথিবা মীওই অসি চাওরাক্লা মীওই লিশিং অনি অহুমলোম অদুম্না ওইথি, জিব-কার মশিং থিঙমখিদে, বোর কৈন্যা অনিবু থিল্লকপদা মীপুম খুদিংমক্না য়েংননবা হোংনবদা মেন-মোট অহু পুংথাই অমরোম থিংথি হায়বা য়াই। মশক নাইবা ওফিসারনচিংবা অচৌ-অশাং কয়ানা মশিং থিঙমখিদে। পা য়ন্না য়ায়া থাগৎনখি মচিন মনাও মুংশিনবশী থৌদাংদা ফজনা খবক পাংথোকখিবা কে, কোমোল সিংহবু। (খবর পাবা লোইব)

সেখর—(শাওনা) থাগৎলু! থাগৎলু! থাগৎলু! (খবর সুক-সুক নৈহৎতুনা লাক্তুনা লংথোকপা) করি কায়বা ঝুত্ত মুত্ত য়ারেমথোরেম করিম্মু কায়ত্রবা ভাক্তা ··· খবর কলম য়াই চিন্নবা,

হোংনিংলগা হোংঙ্ , হোংনিঙ্গ্রগা ভোকচৌদনা কৈদৌনেগে, ঐগী শরুকসু করিগী ব্রাংলুনি হায়বগে ? সেরা (শাওনা হং-থং-হন্দা চৎতুনা লৈবা, অরাপ্পদা ইবেমহল লাকপা উবা ....) উম ! ঐনা য়াম্না উননিংনা লৈরম্বা মীশক অমথক্তি লাকএদনা (ইবেমহল চংঙকপা)

ইবেমহল - হৈমা, ঐখোয় ইবুংঙো সেখর নৎত্তরাও ?

সেখর—মানিনে ইচেম্মা।

ইবেমহল—ইস ! মুংঙাইজরেদা, ইচেনা য়াম্না উননিংনা লৈরম্বগা তান ওম্থোক্পা চানা থেংনরেদা .... ...।

সেখর—(হরাওনা) অচুম্বরনে ইচেম্মা, ঐসু ইচেম্মাবু য়াম্না উন-নিংনা লৈজরম্বনে ।

ইবেমহল - আ - আ তাপ্পাদো ইকজনিংবগা থোংগ্রা তেকপগা চানরিবা, আ - অতু ইচেবু য়াম্না উননিংবগী মরমতু অমুক্তা হায়মু তাসিদনা।

সেখর আ রাযমতুবুদি অসিনিনে ইচেম্ম, আ - ঙরাং অসি ইচেম্ম-খোইগী ইনাও ইবুংঙো বীমোলচান্দবু লুহোংঙে হায়বা অসিবু ... ...।

ইবেমহল—( য়াম্না তম্বনা ) হোই হোই, ইমুংঙো মকম ঙরাং ইখং খংহৌদনা লুহোংবনি হায়তুনা হোংঙে।

সেখর - আ - অতু ইচেমদি ইনাও মরম মোকপি অমা লাকলবনিনা খুজা হামহ্রনা চামনি হায়রহনা য়াম্না মুংঙাইবিররিক্লনিনে ।

ইবেমহল - কদাইদগীলোদা ইমুংঙো, মুংঙাইবদি হায়রকসু, ঐঙোন্দা য়েংহক্তে হায়রহনা চংঙকইবনি চংঙকইমা। নৎত্তে ইমুংঙোসু

খন্থুনা মক্লেংঙু লিপা অসিনা মখিং-অনা অমা উ খোংতুনা মী খ্বাইগা মিমান্নবস্থু নংতে, ইবুংঙোস্থ তাব তারেনি, য়ুম পান্নবগি হায়ঙ্গনা মসিগী মতুংদা লাকদৌখিবা তার মচা-মপু অমা অমা পুন্নমক অসি ইচগী ইথক্তা পুন্নপা নমগদৌরি-পোংনি, অহনা ইবুংঙো ইচেদি অন্নুম থল্লুবদা খোং-খুং অসি শং তিংথোক্ছুনা কপনিংঙবা হায়বন্থু য়েঁরবা জাংনি।

সেখর—ও-মানিনে ইচেম্মনা হায়রিবা অসিদা করিঅমত্তা কক্লিংঙাই লৈত্রবা য়াম্না চুমগ্রবা রাকমনি। অতুগা হৌজিক্কী হায়রিবী ইচেমগী ইনাওনিপী ওইররিবী অসিগী মরমদস্থু ননাওনা করি-গুম্বা থরদং ফোংদোকচনিংবনি অতুবু …।

ইবেমহল—করিমত্তা চিংনবা লৈতনা হেক্তা হায়যু।

সেখর—ইচেম্মা রা অসিবু হেক্তা হায়রসিরা ?

ইবেমহল—ইহে ওস্থোকপনিদকো ঐনা হায়যু হায়রিবসিনি করি-মত্তা চিংনগন্নু।

সেখর—অতুদি রা অসি ঐ হেক্তা হ য়ুজরগে, হৌজিক্কি হায়রখি ইচেম্মগী ইনাও নিপী ওইখিবা ইবেম্মা অসিগা, নোপরা ঐগা মখোইগী নাহা ওইবগী নুংশিনবকা হায়বদো য়াম্না য়োনা লৈন-জহনা লৈরিঙৈগী মরক অতুদা কদাইদগীনো ঐকা খংদ্রিঙৈদা ননাও ইবুংঙোনা শোলি শোলি কং লিংশিনখিহনা পন ফৈগাক ফৈনা থিংঙে হায়রগা তাইবুংঙোনা ইশিন্থুনা ভা ফাথরে লোইয়ে রা।

ইবেমহল—হে—হে অতুগীর, ইকপরানা ওসাইমথৈ অহক য়াম্না রানা থলমীবা অসে। মহুদিনে য়েংঙো মখোইনা ইশিন্থুনা

ফারিবা ওা অদো ইচেনা তাপ কারগা ইবুংঙোদা থোক লংথোরক্লবদি কমদৌরে ?

সেথর—ঐনা তাপ হেক ওকপা। ইস! অছুদি ঐদি চপ-চানা লম হৌদোং তারে।

ইবেমহল-(নোকপা) করিগী তাজরুগবনো, মাগী মাগী কৈদা কৈদাহুগী মওং য়েংহুনা থবক চংথগদৌবনি। মহুগীদমক্তা ইচে লৈরি।

সেথর-(হরাওনা) ইস, ইচে ইচেম্মনা নৌপরাগী নিংবা অসিবু থুংহনবিগনি হায়রবদি তাবিয়ু ইচেম্মগী লম্মন অসি নৌপরানা পুন্সিসি-সিম্মগী তোল্লবনি। (খুরম্বা)

ইবেমহল—হেঃ হেঃ হৌনদে হৌনদে করিনেগে তৌরবা অসিদি, অম্নুমকা তৌশিল্লকঅবদি ভাবকাসে করিনো অমা ইতৌ তৌশিল্লকএকো।

সেথর—হে—ইচেম্মা করিমতা থনবিরুগনু, য়েংঙো ঐনা নিংঙবা অসা অসি থুংহনবিগনিবু হায়রবদি করিস্নু লৈত্রবা তাইবং মীওইবা ঐদি হায়রুন্নু জগৎকী মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণনু মবেম্মা শ্রীমতি রাধিকাগী মকমদা কোক্তা থোনবা থরা চুড়া লোইনবা হুকতোক্তুনা ...... দেহি পদ পল্লবা মুদারম ; হায়হুনা দণ্ডবৎ তৌহুনা খুরম্মীবা পোৎনিদা, অদুগবু ঐনা ইচেদা খুরম্নবু কৈদৌই হায়বগে, আ—অমুকম্নু হেক্তা খুরমজগে (চংশিন্দুনা খুরমগে তৌবা)

ইবেমহল—ওকএ ওকএ হৌনদরে, ইচেনা য়ারে করিমতা হুংঙাইতবা

চিংনবা ভৌরগন্নু, অদুগা ইবুংঙোনা ঙসিদগী কাওরোইদৌবদি ইবুংঙোগী থবক মঙোল ওইরে হায়না লৌরো, লোইরে বা।

সেখর - (হরাওনা) ইচেম্মবু।

ইবেমহল - অদুগনে মতমদি পংকুই কুইথদনা ঙসি হয়েং অসিগী মন্নুং অসিরাইদা ঐথোইরোমদা অমুক্তা চৎথোরকউদনা।

সেখর — ইচেম্মা।

ইবেমহল — মদুদনে, প্রমান-পাইদ্রে, রাইহ রাতা নাতৈ য়াম্না চানবা কনাগুম্বা মীনা হেক থেংনজুনা পাবদা য়াম্না চিংনবা পোকপা রাইহনা ইবা চিঠি অমতা পুরকউ ভাব তারবরা?

নিলচন্দ্র ইচেম্মা, ঐ লোইনা ভব তাজরে, নৌপরানা শোইদনা তৌজরকঅগে।

ইবেমহল — আ - য়াম্না ফরে অদুদি ইচেম্নু য়ৌরগে।

নিলচন্দ্র—যাম্না ফনি, নৌপরা অশুম ...।

ইবেমহল — ফরে লৈহোরো, ইচেম চৎলে।

নিলচন্দ্র— য়াম্না ফনি। (ইবেমহল থোকখিবা)

সেখর—বস, হৌজিক্তি ফরেদনা, (অর প্নদা নিলচন্দ্র লাকপা উবা) লাকইবা মীশক অসিবু ঐবু উনখিসিগা (থনবা) ভুমঃ মসি কয়া উনবিংদে (চংকে তৌবা, অমুক চপ লেপ্পুনা থক্লগ) তাঙ্গা চারিঙৈ অসিদা অমুক্তং পেন্না হায়হৌবদি কৈক্নে। (থনবা, তাঙ্গাসদা নাকন অমরোমদগী 'নলচন্দ্র চংঙকই!)

নিলচন্দ্র- এ. ভাই সেখর কৈদৌরম্মীবা?

সেখর—ও! ভাই ঐ অস্নুম লৈজরম্মী, করিনো হন্দক অসিদা য়াম্না ণ্ডকঅবা মংগুম্বা থৌদোক অমা থোকপ্রে হায়না তারিবা অসিবু।

নিলচন্দ্র— খনবা) করম্বা অঙকপা থৌদোকনোনে ভাই ঐ ভাব তাবা ঙমদরে?

সেখর - ও — তুমদবা মী হৌদোকপা য়াই হায়বন্থু তৌরেদনা, সে শন্না হায়ররবদা, অদোমগী ইচল ইবেম্মা লুহোংপ্রমালেনে।

নিলচন্দ্র—ও! ও! হোয় হোয়, ঐনা ভাব অমা তারুদ্রে। হোয়নে অহু ভাই নং লাক্রুবদি কৈদৌরবা? নংনা ঐবু তশেংবা মরুপ মুংশিবা অমান হায়না খনবিরবদি হেক তাবগ। চেল্লতুনা মরুপঙ্কী অন্নাবা মতেং পাংবিরগদৌবনি নত্রা?

সেখর—মানি, ঐ খুদক্তা লাকঅমগদোবনি, অহুবু থোকপ্রিবা থৌ-দোক অহু মীনা য়াম্না খিনা ক.তু কারল পংঙাং ঙাংনবা অহুদা ঐস্মু শাওনিংবা অমগা লোইননা লাকঅয়োই হায়হুনা লাক-ত্রবনি।

নিলচন্দ্র — হায়বদি ভাই?

সেখর—হায়বদি অসিনি, ভাইগী হন্দক্কী নশেল নিপা ওইরিবা অসি ফিভম অমা চাদে হায়বসি খঙনা খঙনা …।

নিলচন্দ্র—হোয়নে, অচুম্বনি, মানা ফিভম চাদে হায়বা অহুদি নংস্মু ঐস্মু হান্না খংনহুনা লৈরবনি অহুবু ইচনগী মরাইবক্তা তমগ্রবনি অস্নুম্না খন্দুনা হৌনবী অহু অহুক পাংথোকখিবদনি। মসিদা ভাইখোই খু ইগী ননিং থুংদবদগী শাওবা, মুংঙায়তবা য়াংরোবা তৌবিরমুনেকো।

সেখর—(শাওনিংনা) মসিদা ঐগী লম্লাই ওইনা শাওনিংবগী য়া ভাক্তস্থ খল্লুহু, নংতে ভাইবু চাক চখোম অমা মচারিবনি অমুক্তস্থ মুম্না মখল্লুনে ; কর কল্লবস্থ ভাইগী ইচনসি মতোম-তনি অনি শুবস্থ নংতরে অহুগা মহাক নিপীনি নিপীগী পুল্সিদি মপুরোইবা হায়বসিনা লোইরবনি, অহুগম্বা নিপা অহুনা ফিভম চাত্রনবু নচনগী পুল্সি অহুবু হয়েং তুংদা কমদোহৌদো-রিবনো ? মসি মুম্না খল্লুনে। অহুগা মীনা হৌজিক কয়া থিনা ভাংনরি, মাগী মচন নিপী অসিবু মমিং তাংবা অসিদা পিত্রবদি থাজকম লৈত্রবরা, আ—মমল কয়া লৌহুনা য়োম্থোবইবনো ?

নিলচন্দ্র—এঃ ভাই। মহুমক হেক্তা হায়নরবরা ?

সেখর—মসিদা নংতে, আ—অহল-লম্মন্না কোন্দবা মচা হায়বা অসিদি অম্লম তৌবা হৌনবোইরে।

নিলচন্দ্র—(শাওরপ্পা) ভাই সেখর ...।

সেখর—অচুম্বনি ভাই, মীদি হায়রুহু, ঐমকস্থ য়াম্না শাওনিংঙি, (য়াম্না শাওনা) ভাই, নং অসিদি পৈশাতবু য়াম্না পাম্বা নচন নচাবু য়োন্দুনা চাবা, য়াম্না ইকাইবা খংদবা মীশক অমনি।

নিলচন্দ্র—(শাওনা) সেখর।

সেখর তশেংবনি, ঐনা চাওথোক্লা হায়রিবা অসিনি নং অসিদি মীওইবগী য়াথন চেন্দ্রবা মতু পানবা শাদগীস্থ হেন্না তোনবা মীশক অমনি।

সেখর—(য়াম্না শাওনা) মানি নং অসে তশেংবা শা অমনি।

নিলচন্দ্র—( শাওবনা থেংথিহুনা) সেখর ! (সেখরগী মখজাইদা খুবাক্লা থাবা)

সেখর – আ !' (মকোক ভাওহ্না লৈরগা তুবা)'

নির্মলচন্দ্র –' থংত্রা ? মরুপ মপাং অমা ওইবগী, নচন-নচাগী মফমদা ভাংগদবা ব্যাঙাং ভাংদবা, নংনা চৎপা শাজং, নংনা থনবা য়াথনগী মতিক চপ চাবা পাওখুমদি মহ্নি ; ভাব তারবরা, নংগুম্বা নির্শা চাবা, মফম ময়াং খংদবা নংগী নফমদা ইচনগী মপুন্সি মাংথিগদৌবগী শরুকপুদি মমিং লঙ্কাসু ভাংশনু, মথোং লিশিং অমসু তেকশনু, ধর্ম্ম কায়দবা মরমচৎ ফজবা মাগী মফমদা ইচনগী মপুন্সি লেঙ্গথিবনা শরুক চামা হেন্না কৈ। মাং জাকিসনু ইচনগী পুন্সি, ননসেন্স। (শাওনা থোকথিবা)

সেখর—(করি গতি লৈতবগা লোইননা) উম ! (মকোক্তা মখুৎ অনিমক্কা কিন্না পুংথিন্দা থিনজিঞ্জরগা) উমঃ (ঙেক লাওনা ফমথবা)

[ লাইরপ ]

২—২

( অনিগী অনিশুবা শরুক )

অয়ুক পুং ৯/১০ রোম তাবা মতম।

কোমোলগী য়ুম মাঙ্গোল

(হাল্লগী দেকোরেসন্দগী হেল্লা ফজহল্লি, টেবিল মথক্তা পাওডর শন্নজেং মিংশেল্লচিংবা কয়াম্থু লৈ। মফম অসিদা বীমোলচান্দ কৈজোম অমা শেং. মোজাফুল্লিং অমা লিংলহুনা চৌক্রিদা ফম্মহুনা ফুল্লিং পাম্বোম চোনবী অমা শ্যামনা ঈশৈ শরূা শরূা বীমোলচান্দা লিংশিনগদোবগী কল্লা হোংনরম্মী, অমসুং সুর্ন-লতানা বীমোলচান্দগী খোংঙুপ শেংদোক খোল্ডোকঅম্মী।)

শ্যাম— ঈশৈ

মীওইবগী পুন্সি অতাওবনি

মাংতহনগনু লমথাংদা

ইমাগী পর্ভদা শেংলকপা হকচাং

লমচৎনা লাইথুং পালহনগনু ... ...।

(শ্যামনা বীমোলচান্দগী ফুল্লিং লিংশিনবদা লৈহৌল্লিবা ওইগী পাম্বোমগী ফুল্লিং পাম্বোম থিংজিনবদা য়াওখিহুনা খুং থাদবা য়াদবা।)

বীমোলচান্দ— ( ঈশৈ মরক্তা ) শ্যাম, পাবুংতোনগী ফুল্লিং লিংলিবা অসিবু পাম্বোম অসি থাদবা য়াদরেনহাই।

স্বর্নলতা—হৈমা, কৈনো অমা ভৌরে ওন্নরমাল্লে। (লৌথোক্কে ভৌবা)

শ্যাম—(য়েংঙগা নোক্নুনা) হা-হ'-হা ইন্দোলমচা অমুক্তা ভাইখো, য়াম্না ফজরি (ইশি-শিনা নোকপা) হা হা-হা।

বীমোলচান্দ—ইহে, মসিগী অঙাং অসিনা ভৌরিবা অসি য়েংঙু, সে, করম হায়না ভৌরিবনো অমুক্তা য়ামনা শেম্মু হায়বনি।

শ্যাম—অহুব্বুরাও ফুরিৎ পাম্বোম থিংজিনবদা খুদাং মত্তোন য়াওখরে (নোকপা) হ—হা হা। (ভাঙ্গা অসিদা কোমোল পোংক্নুনা) হয়াওনা য়েংজবা, শ্যামনা টেবিল মথক্তা চোংথংভুনা ফম্মগা মখুৎ ওইথংবা হাংনা থাংগৎলগা. বীমোলগী মত্তৌ ক্কমহুনা) হাই শ্যাম নংন্নু য়াত্রেমহায় অমুক্তা শেম্মুনে।

বীমোলচান্দ—ইয়া, কম্মাদা মথোং চাখিত্রবা অঙাংনো—।

স্বর্নলতা—(নোকহুনা) হা-হা শ্যামকুমারনা ওম্বনা অমুক হেন্না মানখরে। (কোমোল নোক্নুনা চংখিবা)

বীমোল—ইহে, অমন্নু অঙাংগা চপ মান্নহনা নোক্নুনা লৈরেদো, শ্যাম নংবু শেম্মো হায়বনি।

শ্যাম—(ফুরিৎ শেন্না শেয়া) ঈশৈ।

> লৈমশিজনি ঐনা থামোয়ি
> অচৌ পিশক লৈভখনি।
> পুন্নমকসে অমতনি
> জাতি বিজাতি খাইত্রবনে
> থাকচবা লাংদা থুরবদা
> মিংঙম্মকওই পোলোইদা
> হো-মীওইবগী ... ...

(ঈশৈ শক্লা শক্লা ফুম্বিং শেম শাহ্নুনা সিংশিনবা। টেম্বিলদগী শমজেংমচিংবা লৌত্থনা বীমোলচান্দা শম হাৎশিবা, কোমোল খোয়্‌রক্লনা অমুক য়েংবা), কজয়ে, মাম্মা কজয়ে নহানমথৈগী পাবুংতোম্বু মাজয়ে, ঙসিদি পুংনৌ-নৌবা পাবুংতোন অমা ওইরে, থাজদ্রগা য়েংজোনে সে। (টেম্বিলদগী মিংশেল লৌ-খৎতুনা বীমোলচান্দগী মাই মপান্দা থানবা।)

বীমোলচান্দ—ও। শ্যাম! (স্নুর্ন, কোমোল থরাই হুংগ্রাইজদবা)

শ্যাম—ও! চুম্মী ঐ কাওথোকউবেদো, পাবুংতোন নংনা উরম্বা থোক্লবদি ঙসিগী কজবা অসি শংজরমগ.দোবনিদো। (স্নুর্ননা বীমোলগী খোংদা থোংঙুপ উপশিন্নবা হোৎনবা।)

বীমোলচান্দ—চুম্মী চুম্মী নংনা হায়বা চুম্মী, অহু পাবুংতোনগী শেন্দা শাবা কোয়্যরবদি চৎলন্সিদনা। (হৌদংগা)

কোমোল—(মপান্দা খোয়্‌রক্লনা) আ ইবুংঙো বীমোল, নপা মচাবু কদাই তান্না চৎকন্দৌরিবনো? পংলাপ লাম্মা চৎথোকখিন্নু অখাইফাওবদং চৎমুরগা হেক হনজিল্লকউকো।

বীমোলচান্দ—কমি তামো, আ—শ্যাম, চৎলসি লাকও লাকও। (থরা চৎপা, কোমোলমু চংখিনা, বীমোলচান্দ কারিঙম্বা অমা হায়নিংহুনা) আ—শ্যাম।

শ্যাম—কয়িনো পাবুংতোন।

বীমোলচান্দ—(থরা চৎথোকঅগা) অখাইদা লাও, পাবুংতোম মা অমা হায়গে? (লোলপা) য়েংঙো সে পাবুং চৎগ্রবরা য়েংঙু।

শ্যাম—(ইবুংলোমদা হাইফেৎ য়েংঙগা) আ—থংদে চৎগ্রমান্নে।

বীরমোলচান্দ—আ অছুদি য়েংঙো, পাবুংতোন য়া অমা হংস্নগে লাও ( লোয়া ) মুয়া তাওকো। য়েংঙো হন্দক লাকইবা নখোইগী ইন্দোলমচা অনৌবিদো অছুদনে। অস্নুয়া হায়য়ু। পাবুংতোনখোই অশাইফাওবা ওহাক্তা চংথোকউগে, নিংখিন লৈরম্মু। করিমতা চংথোক লাকথোকপা য়াদে অসুম্না অমুক্তা হায়রুচো চংলো ···।

শ্যাম—ও—(ওক নোমহনা) অসুম্না তাকপা হৌনবোইরেকো, হোই হোই হায়রুগে হায়রুগে। শ্যামনা ব্র ভায়গে হাযহনা ইমুং-লোমদা মাই লৈশিল্লকপদা কোমোলশু থোরকপগা থেংনহনা আ—পাবুং।

বীরমোলচান্দ—(জ্ঞান মাংনা) আইস, । শ্যাম!

শ্যাম—য়েংঙো ইন্দে লমচাদো পাবুংতোয়নে অশাইফাওবা ওহাক্তা চংথোকউগে, করিমতা চংথোক লাকথোকঅম্বা য়াদে, অসুম্না অমুক্তা হায়য়োয়ে, পাবুং খরা হায়বিরোকে.।

কোমোল—আ! আ! (হায়ক্ষম খণ্ডনা লৈবা)

বীরমোলচান্দ—(পাথংপগা লোইননা) হাই, শ্যাম।

শ্যাম—পাবুংতোন, পাবুংদা হায়রে য়ারনি চংসি।

বীরমোলচান্দ—আইস, হাইত শোয়রেনে, নংতে শ্যাম নংবু ওসিগী লাইরিকাবু ঔরাইরবরাও ? (শ্যামবু ফাজিনবা।)

শ্যাম—হেরা, লাইরিকাবুদি ওসাইনা তৌরবা অছুদি ···।

বীরমোলচান্দ—ইয়া, মসিগী অঙাং অসিদি কৈরেংগা তুরেংগা কাতু কারল। ( মকোক্তা কিয়া থিনবোই করিবোই তৌরগা )

ওয়রেনহাই, ( জ্ঞান তাদনা শ্যাম্বু ফাজিল্লগা তফিং তফিংনা থোকমিন্নখিবা)

কোমোল—(মথোইগী মতৌ য়েংবদা, নোকনিংহুনা, ইশি শিনা নোক্তুনা) হা-হা-হা, মসিগী অঙাং অসিদি কয়াদা মথোং চাখিত্রবনোনেসে। উম। ( চংকে তৌবা ) ইহে আ— ইবেমহল, ইবেমহল নংবু তাখিবরা ?

ইবেমহল—(থোরক্তুনা) করি ওইরবনো ?

কোমোল—আ—লাওনে লাওনে, সে, য়েংঙো অঙাং নিপীমচা অসে অসিনা পৈশা মুংশা পীযুকা হায়রকপসু থংদে হায়হুনা সে, লুপা ৫০,(য়াথৈ) থক মোন মথাদা থনখনি, অদু লৌশিল্লগ মাগী মথুত্তা থরা পীবিয়ু। থংঙবরা ?

ইবেমহল—ফনি ফনি।

কোমোল—আ-মানা হায়রকপা অমুক ঙাইকত্রবসু নংনা হাল্লা হেক্তা পিথোকপিখো, ভাব তাগবরা ?

ইবেমহল—ফনি ফনি ঐ অহুম পীজগ্রগে।

কোমোল—আ—ইবেমহল, (লোল্লপ্না) হায় য়েংঙো নিপীমচা অসি য়াম্ন মুংশিরিকে, য়াম্না ইভপ ভশচনা ভাহা-ভাহাদনা ভহাক্তা তুমিম্না ফমহুনা লৈথোক্তবী, য়াম্না মরম মোকপি নিপীমচা অমা ওইদোগুম তৌরিকো। নংনা মাবু য়াম্না শুনা চাম্না তৌবিহুনা মাগী মপুক্লিং মুংশিখিদনবা ছোৎনবিয়ুকো।

ইবেমহল—ফনি ফনি ঐ লোইনবা ভাব তাজরে।

কোমোল- আ ফরে (ঘড়ি য়েংঙগা) ঐ থেংথরে চংলে আহম …।

( থৌদেমহুনা থোকখিবা, স্বর্নলতা ইল্লিবা ফিজিমা কোক্তা হাইকেং খুম্মগা থোরক্লুনা)

স্বর্নলতা—আ—ইচেম্মা, আ—চাক ঈশিং চানখা ভৌবিব য়ামনি।

(টেবিল মথক্তা লৈবা শমজেং-মিংশেন্নচিংবা লৌশিনবা।)

ইবেমহল—আ— চান্নি চান্নি। (কম্না শুংশিননা য়েংবা।)

স্বর্নলতা আ—শান্নিভেদা চখোমমুক্তং .... (চংখিবা)

ইবেমহল হোয়-হোয়, (ইবেমহলমু চংখিবা, তাঙ্গাসিদা যামিনি, কেতুকি হেমাবতিনচিংবী কম্না চংঙকই।)

হেমাবতি ইচে, ইচে, ইচে স্বর্নলতা! ইশ (কোইয়েং য়েংঙগা) আইশ, মখোইগী য়ুম অসিদি য়াম্না ২ জৈনা।

কেতুকি—হাই তুমিন্না লৈয়ু হেমা।

যামিনি—আ—মখোইগী ইমুং অসবু মীবু লৈত্তবরা করিনে', আ—স্বর্ন স্বর্নলতা।

স্বর্নলতা—(থোরক্লুনা) এঃ যামিনি, ইস কেতুকি হৈমা, হেমাবতি নংশু য়াওরকই, চংঙকও চংঙকও ইমুংদা কমসি লাও।

হেমাবতি—ইচে অনৌবা নখোইগী য়ুম অসি য়াম্না ফজেবো।

কেতুকি—তুমিন্না লৈয়োমি নংবো ...।

স্বর্নলতা—আ—হায়জসমু চংঙসি লাকও। (ময়াম ইরাঙ লাঙনা চংখিবা ।)

হেমাবতি—(ইমুংদা) হৈমা, অসিদমু মুংশিং মপি অন্নৈবী অমা লৈরে। আইস, অসিদগী এংর্লক্রুকী বোল অসিদি ইস! থরু মুক চাওইহাই। (ময়াম বা লাওনা নোকপা, ইবেমহল শাওরগা থোরক্লুনা।)

ইবেমহল—ওস্তোক্লা পুংশিখিত্রেদকো, কদাই কদাইদগী চয়োই মান-
বিশিংনোনে তৌররিবা অসিবো।

হেমাবতি—ইস ! ঐদি মোবা অসিন্না কমগনি।

কেতুকি—কম্মু কম্মু ইবেম্মা মোরা অহুদা কম্মগা নংদা থিং জুমিন্না
লৈবিরোকো। (স্বর্ণলতা থোরক্লুনা)

স্বর্ণলতা—ইচেম্মা, ইমাম্বীশিং লাকইবা অসিগী করি কম্বিমো
খজিক্কুং চানখক্লবা লৈজকগে পৈশা মুংশা অচোইবকা
লৈরবদি খজিক্কা পীবিয়ুবা।

ইবেমহল ইহে, হোইনে ঐদি মহুগী ভাবপু ইত্তৌ তৌহৌদেমা
বমদোনি সিদি। ইবেম্মা ইচেম্মু পৈশা মন্নিকাওবা খুত্তা হেক
পাইদবা। ইস, করমনো তৌরিবা অসদি।

স্বর্ণলতা—ইচেম্মগী লৈবিদ্রবম্নু ইতৈইবুংভোগীকা …।

ইবেমহল—ইসে, ওস্তোকপা হায়বহ ওইরে, নতৈইবুংভোগীবু
লৈরবদি অম্মাগী অম্মা, হে সৈত্য পৈশা মন্নিকাওবা থনম-
দবননিনে, ইস করমনো ওস্তোক্লা মুংঙাইরোইদৌরেদকো
তৌরিবা অসে; ও ! চু ! রাখল থেল্লিদকো ঐসে।

স্বর্ণলতা—আ-করমতৌনি লৈবিদ্রবনিনা হোকঅবা হায়বা অহুদা
তারে, করিমতা মুংঙাইতবা তৌবিরুরগনু। য়ারনি (ইমুংদা
চংখিবা)

হেমাবতি—হৈমা ইচে অসিদগী কোটো রাম্না চাওবা অমা থেংলিবা
অসি কনাগীনো, ইচেনী তাদা অনৌবা অহুগীরা ?

কেতুকি—হোই মানি, হেমা নংসি পুংহংদা হংতি।

হেমাবতি—ইস ! মসিদি মমিৎ উন্নিভেদা নম্বা কোটো ওইরমালে য়াম্না ফজেবো ।

কেতুকি—হেম নং তুমিন্না লৈয়ুকো । (তাঙ্গাসিদা সেখর চংভকই ।)

ইবেমহল—হৈমা, ইবুংঙো লেংঙকএ ; ইস ! ওঘোক্সা তান চানা লাকএদা লেংশিন্নকউ লেংশিন্নকউ ।

সেখর—ফনি ফনি ।

ইবেমহল—অহ্নগা ইচেনা হান্নবা চিঠিকা হায়বা অহ্নদি করম করম তৌরকঅবা ?

সেখর—ঐ হৌজিক লোইনবা য়াওজরক্লে ।

ইবেমহল—এ—অহ্নদি অম্মুম্না তৌরসি, ইবুংঙোগা ঐগা থংন-চান্নবগী মওং অসে, নিপীমচা অসিগী মফমদা থংহন-লাকহনবা য়াদরি অহ্ননা, মানা উরোইদোবা মচি অমদা ওহাক্তং থুপ্তুনা লৈসিন্না ?

হেমাবতি—ইচে স্বর্নলতা নখোইগী অখাইসে শিংজু অহাওবা য়োনবীকা অমতা লৈতরা, ঐদি য়াম্না চানিংভিবো ।

যামিনি—হৈমা ! করি অঙাংনোনে অসিবো ?

কেতুকি—হেমাবতি নংসি কমদোসিগে হা ! তুমিন্না লৈয়ুকো ।

সেখর—ইমুংদা মীস্থ য়াম্না লৈরিমালেনে ?

ইবেমহল—হোয়-হোয়, ঐখোই অনৌবিগী মমাম্নবনি হান্নহ্না থম্না লাকই ।

সেখর—অহ্ ঐ হৌজিক কমদোজো হায়বা ?

ইবেমহল—হৌজিক ইচেনা পাম্বদি মচি মরুম ওইনা তৌবা মফম অখাইদা ওহাক্তং থুপুনা লৈবা অসিনি । অহ্নগা হোরেল

ইচেনা তাঙ্গা চানা ইংগিত হেক তৌরকপদা শং হেক্তা থে রকপী।

সেথর য়াম্না ফনি ইচেম্মা, অচুদি ঐ …।

ইবেমহল—ফরে অহুম্না তৌসি। (সেথর নাকন অমদা চংহুনা থুপ-খিবা)

হেমাবতি—(ইমুংদা য়াম্না থিনা থংহুনা) ইস! হৈম্না! ঐদি, ঐগী তু অসিদা ঐঙোম্নগী হেম্না রাংবা মিংশেল অচৌবা অম্না লৈরিবসি উহৌদহুনা থংয়েং য়েংথোকউবদা য়াম্না থিনা থংঙে হায়বা য়ানি, ঐদি কমদৌনি। (ময়াম রা লাওনা নোকপা)

ইবেমহল—(ইমুংদা পরপ পরপ চংথিহুনা) আ ইবেম্মা, নখোইগী লাংবা অসিবু লোইদ্রিবরা? ওহাক ফমহুনা রাম্নি রাতাই থরা শান-খোংনরবদি চংনবা য়াদ্রিবরাও, ঐখোয়স্সু চাক ঈশিং চখোম অমতংদি চান-থক্লবা তৌগেদনা।

কেতুকি—আ—ফনি ফনি ঐখোয় চংচরনি, যামিনি ঐখোই চংনবা তৌরসিনা।

যামিনি—ফরেনে চংলসি।

হেমাবতি—ইস! অসিদা থল্লিবা কাংথল অসিদি মথোল অহুম ওইনা, অম্নুক য়াম্না ইনাক খুল্লগা, ঐখোয়বু কল্লিমতা ফাওবা পিজদবা …।

যামিনি—হৈম্না।

কেতুকি—হেমাবতি নং ওসি য়েংঙুকো, লাকও লাকও চংলসি। (ময়াম থোরকই।)

স্বর্নলতা—কেতুকি, যামিনি নখোই হয়েংলা হংচিংলা অমুক লাক-উকো, ওসগী মতৌ অসিদা শাওহনা লাক্ত খোত্তবা য়াদেকো।

হেমাবতি—মখোয়না লাকঅবমু ঐদি য়াওরকঅরে ই।

কেতুকি—হৈমা করিনোনহৈ মসিবো আ শাওদে শাওদে করিগী শাওরুদগে।

হেমাবতি—ঐদি পুক অসি হেক পোখাইমথৈ চকংনি হায়হনা লাকইবনি অহুগা, করিমতা চাদনা পুক থালিদা ংনগদৌরিবা অসিবু শাওনিংদ্রে'ও?

যামিনি—হৈমা! (ময়াম নোকপা) ইবেমহল পোবক্তুনা)

ইবেমহল—আ-ইবেম্মা নখোই করিমতা ?'-চক্তে'ব ই?া হেক লাং-ওহনা জ্ঞান ম'ন অমতা তাদবে ?খায় শাওহকো, আ-নিশীমচা ইবেম্মখোইসে অশ্বাইফাওবা ওবা খিন্দে কউচো চৎলো।

হেমাবতি—আ ইন্দোল ই?ম্মা খোন্দা ফজবা খংজরে মতুং মমাওদি শুলাকপু লাকচবয়োই। খিজরে।

ইবেমহল—আই-নিশীমচা অসি দ মওং অমনিনা ....।

কেতুকি—আ—মা অঙাং মওং অমনি, লাকও লাকও চৎলসি, আ ঐখোয় চৎচগে।

ইবেমহল—আ—ইবেম্মা য়োরো য়োরো।

হেমাবতি—আ—লৈবি'হ রো লৈবিহৌরো, নয়ুংদা মী লাকঅগা কা মতপ অমা ফাওবা পীজদবা ঐখোই অসুম মুংঙাইডনা চৎচরগে।

যামিনি—হায়, তুমিন্না লৈয়ুনহাই নংবো।

ইবেমহল—আ-ইবেম্মা মসিগী নিপীমচা অসে মাহা লাই ওইদৌ-রিকো খরা চেকশিল্লু।

হেম বতি—ঐবু লাই ওইহল্লিবী ইন্দোন ইবেম্মা, ঐদি নংবুনা হেন্না কিজখরে।

কেতুকি—হায় তুমিন্না লৈয়ো হায়বনি নংবো।

ইবেমহল—শা ওহুনা) ইয়া, চৎথোকহাই করম্বা অঙাংনো অসিবো।

হেমাবতি—চৎকদোরেহাই ভৌ-ঙম্বী অহল অসিগা …।

ইবেমহল - ইয়া, মসিমক্তবু …। (ফুগে হায়হুনা চংশিল্লকপা।)

খামনি এঃ এঃ (খান্বা)

হেমাবতি -আ যণ হাকাম চনবা মানবী হন্নুব্বীনা রাইদৌরে। (চেনখিবা, ময়া-স্থু নোক্কুনা থোকখিবা।)

ইবেমহল—কয়াদা তৌবা ওমঙ্গবা অঙাংনোনেসে। (কংগুম্বা অমা নিংশিংওক্কুনা) ইহে, (ইবেমহলনা সেখরবু ইংগিৎ তৌহুনা কৌথোকপা, (সেখর থোরকই।)

সেখর—ইচেম্মা কমদৌস হায়বা ?

ইবেমহল আ ইবুংঙো, মহাক মমায়বিশিং থিন্দোকপা থোকপ্রিবসে অসিনা হেক হনজিল্লকগা তাপ্পাসিদা গুসাইগী ইবুংঙোগী অইবা চিঠি অদো, মাগী মথুংমক্তদা অমুক্তা পিয়ু।

সেখর —অহুদা পোৎশকসি মানা লৌ হায়বা মত্রবদি করম তৌবা ইচেম্ম ?

ইবেমহল - হেঃ য়াদসনু পীনা পীয়ু মহুগী মথা তাবদি ইচেমনা অহুম চৎথরগে …। (য়েংবা) সে, মা অমুক চংঙকঅনি, অহুনা

ইচে কন্নিমতা খংদবা শাহ্নুা ইমুংদা লৈরুবগে ভাব তারবয়া (য়েংবা) হায়রিমক্তদা মা অমুক চংঙকএ ইচে চংঙগে।

সেখর—ফনি ইচেম্মা। (ইবেমহল কিংলপ্না ইমুংদা চংখিবা, ওহাক লৈরগা স্বর্নলতা চংঙকই।) আ-ইবেম্ম', পোৎশক অসিমতা থমজরমগে। (চিঠি পীবা) স্বর্নলতা ওকপগা লোইননা জ্ঞান তাদনা চংখিগে তৌবা) আ-আ অমুক্তা অমুক্তা, ঐগী বাসে অমুক্তা তাবিখো, সে, পোৎশক অসে অমুক্তা লৌশিনবিয়ো! (পীবা তাঞ্জা অসিদা কোমোল চংঙক্লুনা মখোইগী মতৌ ওক্না য়েংবা) ঐ অস্নুমসু তৌজরকওইদৌবনি, অদোমগী বাইং-বাতা মোত্ত মতুং ইন্না ঐ শিবা নাবা কিদনা অসিগুম্বা মকম অসিদা খোং থাংজিল্লরকইবনি, অহুনা ঐনা পীজরম্মীবা পোৎশক অসি মুম্না পাবিরগ', মসিগী চপ-চাবা পাওখুম অমা য়াম্না থুনা পীবিরকউকো। (স্বর্নলতা জ্ঞান তাদনা চংখিবা) পোৎ-শক অসি থমজরম্মে ঐ চৎচরে। (কোমোলবু উদনা সেখর থোকখিবা। কোমোল থৌদোক অহু উবদা, থরাই য়াম্না মুংঙাইতনা, অঙকপা, অরাবা, অশাওবা কয়া উৎলি, মতম অসিদা ইনষ্ট্রুমেন্ট কয়াগী মখোন তাহল্লি, অমদি লাইটকীসু অকিবা মুংঙাইতবা অরাবা কয়াগী, অশংবা, অঙাংবা, নাপু অঙৌবনচিংবগী মচু কয়া ওন-ওন্দুনা অঙকপা শক্তিসু উৎলকলি, ইবেমহলসু মরুমদা লৈহুনা কোমোলগী মতৌ য়েংল্লি।)

নিপা অমা—(ওফতগী) ইস! করিনো ওসি ঐগী মিত্তা উরিবা অসিবো, কয়ম্বা মথলগী অঙকপা থৌদোকনো, (শাওনা)

ইপ্পা, মীশক অদি হৌজিক খুদক মরিমমদা। তায়হনা কারে হায়রগা। ঐগী তৌফম থোকপা থবক চপ-চানা পাংথোকসিন্না লেন্না (শাওবনা চৎকে হৌবা য়াখল অমা তৌহনা) হুম! অহবু ঐনা থবক অসি খুদক অসিদা পাইখৎলুরগা, নোংথক্তা শিন শিংলগা। ইমাইদা হায়বা হায়বহ চপ-চানা থোক্নুনা ইকাইবা মাইথিবা ফংবা তাবদম্ব নৎত্রনা ঐগী ইনাও মীমোল-চান্দনা অমুক তাখি খংথিবা থোক্লগা, ইনাওগী পুন্সিদা অমুক্তা হেন্না অন্নাবা খুদোংথিবা ওইননবা শিনবা তাবা। ইস! অহবু উম, ঐ হৌজিক করি তৌবা তাই, (থনবা) উম, মানা থনম্মীবা পোৎশক অসিদি য়েংথোকপা তাই, অহ নহ্রবদি ঐগী চিংনবা হু গ্রাইতবা অসি অমুকম্ব হেন্দৌরি (থনবা) উম! (চাংশিন্নুনা টেবিলদগী চিঠি লৌখৎপা, য়েংনিংদনা, য়েংহনা চিঠি পাবা।)

সেথর—(ওক্তগী চিঠি পাবা) স্বর্ণলতা, ঐগীদি পুন্সিগী মথেম্মা, নংনা ঐগী ইকমদা, তোয়না তোয়না চিঠি থারকপা, অহবু নংদি লাইবক থিবনা শংস্যারগী অনৌবা লম্বীদা। নমহনা থোং থাং-জিলহন্দুনা য়োৎকি ফোরনা থাবগুন্নবা তমথিন্নবা শান্নং অমগী মনুংদা লৈবগুম; নমিত্তগী নপি নোংমতা কংদনা লৈথ্রবী, হুংশি নংগী নওংলাংগীদমক্তা লাইবক থিবা ঐনা, শিবা নাবা বিদনা, নং ঐগী নিংনবা মপুং কাননবগীদমক্তা চংজরকই, থোংগাল লাওনা কাহুনা মতম খুদিংমক্তা খঙীয়ু, নওংলাংগী-দমক্তা লোক্লা থম্বাই থাজগে ... ... নংগী লেংল্লবা...... ।

নিপা অমা—(ঙক্তগী শাওনা) ইয়া, মসিবু ঐবু থেংনরবদা অস্নুমক থাংহনা লৈখি'সরা? মুন্না অমুক থন্থবা) অহুবু, নিপীগ্চা অসিগা হায়নশিংনজবা মীশক অমা ওইরমহনা ঐনা মগোইগী নিংজবা অসাবু য়ৈথাই থিনগাইবা অমা ওইনা থোকহল্লবা জাৎলা. (থনবা অমুক শাওরক্তুনা) অহুবু অহুগুম্বা কয় লৈন রম্বা থোক্লবস্থু নিঙোল ওইবি কয়ানা গাগী মাগী মরাইংক্লা তমনখিহনা মপুরোইবগী মনাক্তা লৈনগ্রাদা, অসিগুম্বা তম থিনা তুক্কচরবা থোদোক অসিগী লম্বাদা মথোং থাংজিল্লকইবা মীশক অসিবু করম্বা মথলগী তমখিনা ফত্রগা ওঙকপা শানো …। ইয়া (থহ্থবা) অ আ মাসনা তাকপদি, প্রমান্না ফংবদি ঐগী ইনাও অসিনদি সংসারদগী নাম্মা রাংলবা মীশক অমা ওইবসিনা, করস্থু উমরোই থংঙরোই হায়বগী মতাগুম উশিং থোঙইদবদগী মগম অসিদা চংঙক্তুনা থোদোক অনি থোকহল্লরিবা নংতরা, শাওনা) অহুবু ময়াম্বা ঐ অমা ইচাও চাওনা লৈ হায়নি মানা থংত্রবস্থু থুদক অসিমক্তদা চপ-চাবা থবকপ ইথংহনা থংহনবা তাই! (ক্রং শাওহনা চংকে তোবা) হুম! (চপ লেপ্পুনা) অহবু য়াত্রি পুক্লিং নং তপথখো, থুনক অসিমক্তদা থদক পাংথোকঅনদি পুম্নমক মাংবা তারি, উন ফুংঙাইত্রবস্থু খাংবা তাই, থম্মোই নং তপথো তপথো তপথো পুক্লং (মশাদা নাম্থজবা) তপথো।

(চৌক্রিদা তুপ্পা ফমথবা, ফুরিংথাওদগী রুমাল লৌথোক্তুনা হুমাংনচিংবা তৈথোকপা ইবেমহল, ইবেমহল।)

ইবেমহল—(ইমুংদগী) অা করি? (তফিং তফিংশন্নহনা থোরকই।)

হৈমা, মাই পাবুংবু লাকপা কয়া কুইরবগে ? নৎতে অমুক থুনা হঞ্জিলকইনা অসিবু কনা কয়ি করি তৌবা য়াওরবগে ? নৎতে মাগী পাবুংবু লাকপা কয়া কুইরবগে ?

কো মাল —(থর ইমু ঙাইতনা স্বর মপি হোন্দুনা) ঐ ঙহাক ওইরে লাকপা।

ইবেমহল -(য়াশিন্নহুনা) নৎতে মাই পাবুংবু ঙসিসিবু হকচাংগা ঙঙীদবরাও ? অা ইবেম্মা তারিববা নংবো, নতৈ ইবু'ঙোগী চাগীলাস অমতা খিত্তা থুনা লোল্লকও। তাব্রবরাও ?

স্বর্নলতা—(ইমুংদগী) অা—তাজরে তাজরে ...।

কোমোল - (ঙক হাইদুনা) ঐ চাকা করিমতা থকনিংদে লোইনা ওকএ। অা—নৎতে নং ঙসাইমখৈ কদাইদা লৈরুই ?

ইবেমহল—অা করি থোইদোকপা অরাম্নদা চৎথোকচদে, অা—মনিংগী লৈকোল অসি য়াই ইচাই চাই হায়দুনা থরা শেংদোক খোংতোক্লুনা লৈকবনি, নৎতে কবি তৌরবগে মাই পাবুংনা ঙসি তৌরিবা অসিবো ?

কোমোল—উম ! নংনা অশোমদা লৈকোল মোৎলে হায়দুনা শেংদোকপা হোৎনরি। অদুগা মপান অশোমদনা, নংনা কোম্থোং চেৎনা লোন্দবদগী, ঐনা হন্দক্লা য়াম্না যোতোন তৌনা থাজবা লৈ পাম্বী অমা মপু পান্দবা অঙাওবা যগ কয়া চংঙক্লুনা, মখোংনা নৈহৎতুনা লোইনা মাংহল্লমদৌ-রেনহাই, ইবেমহল। মহুগী চপ-চাবা প্রমান্দি সে। (চিঠি পীবা, ইবেমহলনা লৌবা)

[ লাইট ওফ ]

২—৩

( অনিশুবা অহুমশুবা শরুক )

অযুক্ত মতম

# লৈকোল

(লৈ-গু কয়াম্নু হৌদুনা ফজ ফজনা শাংলি, অতিয়াগী শেংলবা অহাংবা শকক্তা। ভৌরবা লৈচিল কয়াম্নু কোইপাই পাইরি, মকম অসিদা, শ্যামনা নোক্কুনা চেম্থোরকই, বীমোলচান্না ভান্নরকই।)

শ্যাম—(নোক্কুনা) হা-হা-হা পাবুংতোম্বা ঐবু ফাবদি কৈদৌঙৈদম্নু শুংঙম ঙম্মোই, হা-হা-হা (নোকপা)।

বীমোলচান্দ—(খোং শিংলপ শিংলপ তৌত্তনা ভান্নরকপা) হেরা, ফাগেনে, নংগুম্বা অঙাংমচা করিম্নু লৈতবা অমা ফাববু, করি লৈবা থরক্রো থোক হেক্তা ফারগা লোইরে … হেরা … (খুৎ অনি ভিংথোক্কুনা কোইথি খিবা, শ্যামনা বীমোলচান্দগী মখুৎ থাংগৎপগী মথাদা চংশিল্লগা পাকথরগা লিত্তুনা চেনবা)

শ্যাম—আ—করিম্নু ফাবা ঙম্মদেনেসে, কৈদৌঙৈদম্নু ঙম্মোইদৌরদা … …।

বীমোলচান্দ—হেরা, কৈ-কৈ হন্দকমুক্তি শুংশোই শোইদনা হেক্তা মফারগে ঐনা অঙাংনিকো হায়দুনা চুম্বিদুনা ফাবিদ্রগা লেম্না …। (কোয়থি খিদুনা চান্নবা।)

শ্যাম—(চংশিনহুনা বীরমোলচান্দগী মাই অপাদা খুবাকখুমনা) লি ।
(লেংবা, অমুক চেংবা)

বীরমোলচান্দ—লৈরা, ( তাম্না ) করাদা উশিংখিত্রবনো, কৈ
থংনিদনা হন্দকমু ক্ত মকারগে, চেকশিনলুদো, ওফিদি অভাং
অমা থংনিদো । (কৈ ইথি থিবা, শ্যাম্না মচি অমা খোংথ্রাই
চপ্লুমা ফম্লগা, হুই খোংবা নত্রগা মনৈ ওংহুনা লৈবা ··· ।)

বীরমোলচান্দ—শেরা (শাওশিন্নহুনা) করিম্ব লৈতবা অভাং নংনা
নিংগদৌবা মাই নিংজৌদে, হন্দর্কমূক্তি - কাবা লোয়রক্লনি ।
(থৈরা তাম্নগা খ্রাম থিনা তুশিনবা ।) আ ! (অনাবা থাংবা)

শ্যাম—(মুংশা থিহুনা চেদশিন্নকঅগা) পস্বুংতোন মহ লোন্নামরা ?

বীরমোলচান্দ—(শ্যাম্ন তাল ককোনশিন্দুনা) তস ! মনংদে ।

শ্যাম—এঃ এঃ মাদি কাগি তৌহনা তুশিন্নগা ঐবু কাবিরক্ল করাদা
মতাং হৈঁদ্রবনো ।

বীরমোলচান্দ—আ—অশিমিদনা জৌশিংনা শামু কাই হায়রবদো,
নখোয়গ্ন অসিঙ্গা থখঙগী পারা তম্বকদোবগ্ন মতম মজিক্তা
ঙাইরবত্র ।

শ্যাম—কাজোদা ঐবুদি করিম্ব হায়বিদেদা ।

বীরমোলচান্দ—আ, নংতে হৈচাবু থরা রাবরাও ? (হুমাংকা তৈ-
থোকপ্লিবা)

শ্যাম—ঐবুদি করিম্ব হায়বিদেদা ।

বীরমোল—অনহৌলিজে, অহং শ্যাম রেংতো, ওশিন্নদি পাম্বুমজেন, মতোন্দা
করিগুম্বা মা থরা হংলে, নং মামা লোংনা পুম্মূক্কো ।

শ্যাম—উম্ম, য়াম্না শেংনা থুমগনি, করি য়ানো পাবুংতোন ?

বীমোলচান্দ—য়েংঙো হন্দক লাকইবা নখোইগী ইন্দোলমচা অনৌবী অসিগা, হান্ন, কৈরিবা ইমা অসিগা অনি অসি কনানা হেল্লি মুংশিবা ? অসি অমুক্তা হায়য়ু ।

শ্যাম—অহুবুরাও ঐখোইগী ইমা আসবুদি হন্দক লাকইবা ইন্দোলমচানা য়াম্না হেল্লি মুংশিবা, পাবুংতোন নংদি কনানা হেল্লি মুংশিবা ?

বীমোলচান্দ—আ—আইশ, ঙাইখোনে, অমুক্তা কৈরককথিমুনে। নংনা নন্দোলমচাবু অঙ্ক য়াম্না মুংশিজকরিবদি করি মরমদগীনো হায়য়ু হায়য়ু পাবুংতোন অমুক্তা তাগে ।

শ্যাম—অহুবুরাও, ইন্দোলমচ দি ঐবু য়াম্না লুনা তৌই, চাকাসে চান্না তুমগেকা য়াপোংতে, করিগুম্বা চারবোই হায়রুনা তুম্বসে হৌদোক্লুনা পিক্লে, অহুগা থোং-খুংকাসে হাম্বী লাকপিহুনা লাইরিক লাইগুকাসে য়াম্না যজনা তাকপি, এঃ য়াম্না কৈদা, অহুগনে পাবুংতোন, (নোক্লুনা) হা-হা-হা সে য়েংতো নহান্দিনে ঐবু পোনি হায়রুনা ওথোই ঙমদবোই নমহুনা পোরেনেসে (নোক্লুনা হা-হা হা অহুগনে ঙমদলুনা পুল্লপ তুশিনমিন্নরিবা (নোকপা) হা হা হা

বীমোলচান্দ—(নোকনিংবা থাংহুনা) উম, হায়দোকলকপদা নাতে চায়, মিহুন অমা কৈরপ কৈরপ তৌবা অহু কা ওক্লুনা তৌরিবনি অঙাওবীগা অঙাওবগা লাম্বা লাম্ব হায়বা অহুনি। অহুবুনে শ্যাম য়েংঙো নংনা নন্দোলমচাবু মুংশিবগুম্না ইমাবুস্থ কায়া লুনা তৌগদৌবনি ভাব ভারবরা ?

শ্যাম—অং, অহুবু মুংশিবসি ইয়া য়ামেদা পাবুংতোন।

বীমোলচান্দ—হা ! মহ্ য়াদে ইমা মীয়াইবা য়াদে ভাব তারবরা ?

স্বর্ণলতা—(থোরকুনা) ইবুংডো শ্যাম লাকও লাইরিক ঔরাইরয়ো থেংখরে।

শ্যাম—ইহে হোই, পাবুংতোন ঐ লাইরিক ঔরাইরুবগে।

বীমোলচান্দ—হোয় হোয় চৎলো চৎলো, (শ্যাম স্বর্ণলতা চৎপা) আ—স্বর্ণলতা !

স্বর্ণলতা—করি ওইরবনো ? (শ্যাম মখোইগী মতৌ য়েংহুনা লৈবা)

বীমোলচান্দ—আ অসিদা অমুক্তা লাও (স্বর্ণ চংশিন্দুনা)

স্বর্ণলতা করি হায়বিগদোবা ?

বীমোলচান্দ—সে অসিদা লাওনে, (মখুৎ পাইহুনা) অসিদা ফম্মুসে। (স্বর্ণলতানা হেক ফমথরকপা।)

শ্যাম—(নোকনিংমনগ্রহুনা) হা-হা (খংনোক-নোকথোকথিবা, খাই লাওহুনা মখুৎনা মচিন মেনবা লাক্লবা।)

স্বর্ণলতা (খংবোই কারিবোই ফুক হোগত্তুনা) হৈমা ! (চেম্বোকপা)

বীমোলচন্দে—(খংহুনা) হা ! কনানো ?

শ্যাম—আ—কনাসু নৎতে পাথৎলুহু ঐনিদা।

বীমোলচান্দ—হাই শ্যাম, নং হৌজিককাওবা চৎত্রিবরা। হা ?

শ্যাম -আ চৎপবুদি হৌরুরবনি অহুদা .... ... ।

বীমোলচান্দ - অহুদা কৈদৌরবা ?

শ্যাম—আ—পাবুংতোনগা ইন্দোলমচাগা করিনো য়াম্না লোন্না রা অমা ভাংনগদৌবগী হোৎনরিবা অদো ঐস্সু তাখিগে তৌবা, ঐদি তাখিনি।

বীমোলচান্দ—(নোকুনা) হা-হা-হা অঙাওবা কম্রিনো ঐখোইনা ভাংনগদৌরিবা য়াবো ?

শ্যাম - ঋংদে কনা অম্বতা তাইদনা কম্রিনো অম্বা ভাংনগদৌরে মচু ঐসু ভাব তাই। (ভক নোম্বা) ভাংনরো ভাংনরো। তারগি।

স্বর্নলতা—(নোকুনা) হা-হা হা (মুংশিনা কৌরগা) য়েংঙো ইন্দোল-মচা্খোই কম্রিমতা ভাংনরোইয়ে, চংলো থেংখরে লাইরিক ঔরাইরুরো। সে চংলো হায়বা।

শ্যাম—হায় হৌর ঐবু তাই মমরগা চংপা তারেদনা .. ... । ইন্দোলমচা ঐ চংলগেকো।

স্বর্নলতা—হোয়নে চংলোনে চংলোনে। (য়েংঙগা নোকচবা)

শ্যাম - (চোং-চেংঙদুনা) .ত-রে-তে, তে-রে-রে রে রে, তে তে-তে তে রে-রে-রে-রে। (খুত্তা তান থায় থারদুনা চোংঙ-চোংঙদুনা) চেনখিবা।)

বীমোল—চংখ্রবরা ?

স্বর্নলতা - আ - চংখরে।

বীমোলচান্দ—( নোকুনা ) হা-হা মসিগী অঙাং অসিদি ওন্থোক্লা মঙাও থিখরেদকো।

স্বর্নলতা—করি হায়বিগদৌবা ওইরবনো ?

বীমোলচান্দ - লাঙমে অমিনা, লেম্মুম্না তাওকো, য়েংঙো অসি নিনি-হুমখি অসি ঐখোইগী তামোনা মনাং ইঙাং ভাংদবগুম করিগুম পুক্নিংদা য়াম্না হুংঙাইতবা অমগা কৌনা অ

অমা হায়ক্ষেংনা থংবা ভম্মী মসিগী মরম অসি করিগীনো নং খঙ-লাকপরা ! ঐঙোন্দা অমুক্তা হায়য়ু।

স্বর্ণলতা– ঐদি মসিগী মরমদা করিমতা খংজবা লৈজদে।

বীমোলচান্দ নংতে ঐনা হায়বদি, নংনা ঙামোগী পোন-লাংবান-চিংবা তৌবদা, ঙামোগী মনিং থুংদনা করম্বা অকায়বা য়াওখি-বগে অসিনি ঐনা হায়রা চিংনরিবসে ?

স্বর্ণলতা -(খনবা) করি থোইদোকপা অকায়বদি য়াওরম্মোইদরা হায়নদি খঙ্গে, অতুব ঐনদি. করিস্থ খংজদবী পাংজদ্রবী অমা ওইরমিনা, ইতৈ ইবুংঙোগী নিংবা থুংদবা কয়া লৈরগদ্রা ? মসিমদি ঐ ভাব তাবা ঙমজদ্র।

বীমোলচান্দ হুম ! স্বর্ণলতা ঐ ঙসি করিগুম্বা রা খরা নংঙোন্দা হায়গে য়েংঙো নংননে ঐগীদমক্তা পেবা লাংবা অমা অমগী রাসে কবিমতা থল্লগনু ; অদুগা সে য়েংঙো, নংনা হোৎনগ-দৌবদি সংসারসিদা ঐগীনি হায়দুনা হন্ন' য়েংদা কনা উদ্রবা নৈগী ইপা শক্রা হামোগী পেবাদা নথরাই য়াম্না য়াওনা প্লাকু চনা হোৎনগদগনি ঐনা হায়রিবসে। ভাব তারবরা ?

স্বর্ণলতা—হনি ঐ লোইনবা থংজরে, তাকাপরিবা রাফম ঐনা পুন্সিগী কাওজরাই।

বীমোলচান্দ—য়াম্ন ফরে ঐনা হায়রিবসে কাওবা য়াদেকো স্বর্ণ। অদুগা য়েংঙো ভাসগী অসিগুম্বা ভাঙ্গা চাবা মতম অসিদা ঐ নংগী নকমদা করিগুম্বা র অমতা হায়গে য়েংঙো ঐননে সংসারগী অক-কত্তা পুন্নমক উরিভৈগী মতমদা নংনা ঐগী

স্বর্ণলতা—( পুক্লিং মুংশিনা ) মতম অদুদদ মুশি প্রেম ইপাক ইয়াইদা নিংজবা আসাগী হিরেন তোংমিন্নহুনা মুংশি শঙ্কং-কম য়েৌনবা হোক্সরকপা মতম ওইবনা ঐনা খজিক্কং ঙাংজ-শকচব'। মুংশি ইপোমদা ত্তাওথখিবন'. পেনবিহৈগা লাইজ ইরিক্কা খিকপিহ্না পাংজদ্রখী ঐগী পাঙ্গলবু হাপিখিদো ; অদুগুম্বা মতম অদো ঙসিংদি নংতরেদো অদুগীস্বু মথঙ্গা ঐদি য়াম্না কৈ শিংলগী মতিক মগুণ য়াম্না লৈরবা ক লাকার অমস্থু নংচদে, য়ারবদি ঐ শকচম্মোইদা।

বীমোলচান্দ— স্বর্ণলতা নংনা ঙম্বা থক নশাদা লৈরবা লল, গুসি ঐনা নংগী নকমদা নিবদা নংনা হরাও হরাও পিদবা অসি মসি নংগী তমখিরবা রাখলগী করম্বা য়েক্লবগী অঙকপা শাজৎনো ?

স্বর্ণলতা—(ঙক্কা ইবুংঙো !

বীমোলচান্দ ঙশেংবনি মসিনা তাকপাদ ঐ অসে নগী কনাস্থু নংত্তে হায়গা পোদাক্কা চপ চান উৎলগে ঙদি, নংতর, ?

স্বর্ণলতা (ঙক্ক ও ! ঙ। নংত্তে নংত্তে অমুত্তা । করি লৈবগে হায়না হংগোইজহুনা চুম্না হায়জর্ন, চম্ম য়ায়া বায়োবী-গদোনা লৈরবদি পাংদ পাংদ অস্থুম ঙংজগে নংবা থুংদবা কয়াবু ঙাকপিয়ুংনো আ—ঐনা য়াম্না লাজরে।

বীমোলচান্দ হো ঐ য়ারে য়ারে, অদুম্না ত্তাব শরা থরা তানাসি হায়বনি শকও স্বর্ন ঐ ঙানিংবনা খঙ্গোদি অসে য়াম্না লাংতল্লার।

স্বর্ণলতা—(ঈশৈ) হো··· ··· হো ··· ··· হো ··· ···· হাই ··· !

বীমোলচান্দ—মথা— ?

স্বৰ্ণলতা—(ঈশৈ) শাংচগে শাংচগে
আশাগী লৈকোন্দা শাংচগে,
পুন্সিগী লোয়ননবা ওইহনবিয়ু
মুক্তা লাইকক থিবিনি।

বীমোলচান্দ (ঈশৈ)- ফুক্কুনা থাজগে ঐহাক।
থম্মোয়গী লৈরাং শংহেনবী
হাদা লৈরাং নিংথিবি।

স্বৰ্ণলতা—(ঈশৈ) লৈরাংনা লৈশাং তম্লগা
শিঙেল ঐবু হেকপিদুনা
পামু কাদা য়োৎজগে
মুংশি সেবা ফজগে।

বীমোলচান্দ—(ঈশৈ) হো – লাইবকাখবা খোইমু ঐনা
শিঙেল নংবু হেকচরগা
কেন্নজগে কলক মা দা
থম্মোয়গী লৈরা শবহেন্দা।

স্বৰ্ণলতা—(ঈশৈ) থাদোকপিদুকো ঐহাকপু
তোনবদা তোল্লবা হেৎদা ঐনে।

বীমোলচান্দ—(ঈশৈ) থাদোকনি খল্লুমু
তোনবদা তোল্লবা ঐহাক্না।

বীমোল, স্বৰ্ণ—(পুন্না ঈশৈ) শাংচগে শাংচগে,
আশাগী লৈকোন্দা শাংচগে ॥

(ঈশৈ লোইবগা ইবেমহল চংতুনা)

## ২—৪

## ( অনিগী মরিশুবা শরুক )

অয়ুক্কী মতম

### কোমোলগী যুম মাঙ্গোল

(হৌখিগী দেকোরেশনগা কোমোল চৌক্রদা ফমথুনা বীমোল-চান্দগা য়াৰী শাথোক তৌরি ।)

কোমোল — হৌখিবা মতমদা বীমোলচান্দনা ননাও সংথিবা লাকঈ আসগী পাওখুম হয়াখ্রনা, কারণ হায়রনা শীরবিগে ঐ হায়বম খঙদার ।

বীমোলচান্দ — (পুক্কিং থুংশিনা) তামো তামোনা ননাও ঐগী হৈরিবা ফিভম আসগী মরমদা করমজা থাখিবিগৌনবদগী, আসগুম্বা অঙকপা লৌদোক কয়া আসি ওসি থে কঅরিদনি তামো ।

কোমোল — বীমোলচান্দ ভুমিন্না লৈয়ু ; সে ইয়াম্বা র হায়গে নং য়াম্না মুন্না তাও, য়াঙে করিগীনো নংনা নপু ক্রং অহুদা অহুক য়াম্না থুংঙাইকক্রিববো হা ? ষেংঙো হৌজিক ইনাওগী কারি য়াংগেলগে, নংগীদমক্ত নয়াম্বা ঐ অমা ইচাও চাওনা লৈরিবা অসিদ, হা ? পুন্নমক ইয়াম্বনা ফননবা শিনগান, ন, করিমতা থুংঙাইতব তোগমু ভাব তাম্ববরা ।

বীমোলচান্দ — (পুক্কিং থুংশিনা হুম ! হৌজিকী মতমদা, সংসার অসিদা ঐগীনি হায়রুনা হম্না য়েংবদা কনা লৈরি, তামোনা ঐগী ইপানি, তামোনা ঐগী ইমানি, পুন্নমক তামোনা ফননবা ... আ ঐ — শ্যাম, শ্যাম, শ্যামকুমার, (কৌ কোহনা থোকখিবা ।)

খড় য়েংবা) আ —ঐ মতম অসি খেংখরে, ঐগী স্থইট কেস-কচু অমুকা লৌথোকউচো।

ইবেমহল — ইহে, ঐদি ইকাওবু কাওই। (ইমুংদা চংদুনা স্থইটকেস লৌথোকউরগা) অসিদা লৈরে। (থম্বা)

কোমোল—ঐগী হাপকদোবা পোৎ-চৈ পুম্ব ক গুপ্রেকো?

ইবেমহল—হোয় লোইনবা শুনা হাপখ্রে, অদু হন্দকী অসিনা কয়া য়াম্না কুইনা চৎপিগদৌরিবা?

কোমোল আ — হন্দকী চৎকদৌরিবা অসি মকমনা চুড়াচান্দপুরদগী খো না মাইল থরা চংঙগা লৈবা জগাদনি। মকম অদুদা ঙসি অসি স্কুল অনৌবা অমা শঙ্গারগা, মদুদগী থরা অমুক চং-শিল্লগা ইস্কুল অমা অনি ইবৌ-নৌনা শাগৎনবা মকমকাম্বু য়ে ঙক্লদৌরিবনি, অদুনা মতম থরা শাংনা চৎলবা য়াই, অঃরম্ব। হ য়বা ঙমদে।

ই.বমহল—ইস। হন্দক্তি ওস্থোক্লা লাপ্পা চৎকদৌরেদা।

কোমোল — অদুনা নংনা অঙাংশিংসে নিংথিনা ঙাং-শক্লুনা সেগা মাইগা হান্নদুনা লৈরম্মু। (চৌক্রিদগী হৌগৎলুনা স্থইট কেস লৌবা)

ইবেমহল ফনি ফনি।

কোমোল - (থরা চৎলগা) আ শ্যামদো, চেকশিল্লুকো।

ইবেমহল — ফনি, ঐ লোইনবা ভাব তাজরে।

কোমোল — আ— ফরে ফরে ঐ চৎলে।

ইবেমহল—ফনি—। (কোমোল থোকখিবা, চৎখিবা মাইকৈদা

হাইক্লেংনা য়েংঙ্‌বগা) আ –নিপীমচা, তান্নিবন্না নংবো, স্বর্ন-স্বর্নলতা।

স্বর্নলতা—(খোল্লুনা) করি ওইরবনো ইচেম্মা ?

ইবেমহল – আ – লাওনে লাওনে, য়েং ঙো ইচেনে করিগুম্বা বা খরদং নংঙোন্দা হংগে হায়রুনা তৌবনি।

স্বর্নলতা—আ—ইচেম্মা, করি করম্বা রাকম ওইরবনো ?

ইবেমহল –আ—সে, সে য়া অহুদি ইচে হায়গে মুম্না তাও, অহুগা ইচেনা ঙসি হংগদৌরিবা রাকম অসে নংনে য়াম্না মুম্না খল্লগা খুম্মু, ঙরাই ঙরাইবা রাকমদি নংতেবো।

স্বর্নলতা—করি, ঐনা থংজবা রাকম ওইরবদ য়াম্ন শেংনা হায়জগনি।

ইবেমহল – আ - য়েংঙো, নহাল অসে ঐখোইগী ইমুং অসিদ মশক থংদবা নিপা অমা লাকঅম্বা ?

স্বর্নলতা —(ঙক্লা) ইচেম্ম !

ইবেমহল—আ – ঙকুম ঙকুম, য়াম্ন মুম্না খল্লু, খোদোক অসিগী মরমদা নত্তে ইথুংঙোনা থরাই য়াম্না ফুংঙাইতনা লৈরকইবা অদি নংদি করিমতা ঙাব তারিরোইনে।

স্বর্নলতা—ইচেম্মা, ইতৈ ইংংঙোনা অম্মুম তৌনা ফুংঙাইত্তে হায়বদি ঐদি করিমতা থংজদে।

ইবেমহল—হে— ফুংঙাইতবা হায়বমু, অমুক্লোইবা লোইমমা-ঙাংনি, অহুগা শাও-নম্মু বৈ হোৌবা প্লোংনি, হৌজিকসু ইমুং অসিদা লৈবদা পোখাকম থঙ্গে হায়রুনা চংশ্লিবসে নংম্মু উম্লেদনা ....। অহুনা নংগী লম্পুক্সিংগী অশেংবা য়া অসো,

ঙসিদি ইচেদা লোইনবা হায়দোকই। অদু নঙ্গবদি ঙা অমা কায়দৌরি ভাব ভারবয়া ?

স্বর্ণলতা—(থল্লগা) হোয়, ঐনা থংজবা থরদং থমজগে নহাল লোংমা ঐথোইগী য়ুম অমদা নিপা অমা লাকঅম্মী মহাক্কী মমিংদি সেথর কোই. হৌজিক্কী হায়রিবা মীশক অসিনা ঐ অসিবু মাগী অনিংবা মাইকৈদা চিংশিন্দুনা সংসারগী অনৌবা লম্বীদা চৎমিন্নবা য় ম্না কম্না হোৎনখি. অদুবু ঐনা মহু পুম্নমক অদু করিমতা য়ারুবা লৈতনা মাগী য়াথল অদু লাপ্না থনম্মগা মফম অ'সদা লাকচরিবনি।

ইবেমহল অদুগা য়ুম অসিদা মীশক অদুগা নহাল উর্নরে অসি নৎত্রা ?

স্বর্ণলতা (ঙক্লা) ইচেম্মা !

ইবেমহল—ঐনা হায়রিবা অসি তশেংবনি, আ—নিপা অদুনা নঙোন্দা পিরম্বা চিঠি অদু নত্তে ইবুংঙোনা থেংনজ্না ঐঙোন্দা পিরকএ।

স্বর্ণলতা— ঙক্লা ইচেম্মা !

ইবেমহল -তশেংবনি ঐনা হায়রিবা অসে, য়াকথ অসি বীমোল-চান্দ মশাগকম্ভ তাহনা কুম্মৈ তারবা'ন। য়সি কয়ম তৌসি হায়বা ?

স্বর্ণলতা—ওঃ করিনো ঙসি ঐনা তাখিবা য়া অসিবো, ঐবু মংলা তাইবংলা !

ইবেমহল—ঙকহু ঙকহু, মতাং অসি য়ৌরবদা ঙকশিন্নহুনা চেন-লাকপা য়াবা য়াকথ নৎত্রে। অদুগা থৌরোক অসিগী মরমদা

ইমুং অসিদা, য়া মক্বা ফোংনা য়া য়া লাওনা ঙাংনবন্থ কক্লা নত্তে; অতুণা হৌজিক নতৈ ইবুংঙোনা করি হায়রম্মী, নংবু মতম খরদং মবুং অতুগী মনাক্তা লৈহল্লুহনা নোংমা নিন্নিদং য়ারক য়াঙেমহল্লুচো অম্নুমা হায়রম্মীনে।

স্বর্ণলতা— জ্ঞান মাংনা) ইশ! ঐণু য়ুমদা করি মরমগী চংকদৌরিবা ঙসি ঐগী নাকোং অসিদা তারিবা অ'সিবু, নংতে, ইচেম্মা ওইথোক্তবা মংগুম্বা থৌদোক অন্থবু অচুম্বা'ন হায়না লৌবিহনা ননাওগী পুন্সি অ'স মাং-নবা শিনবিগন্নুনে ইচেম্মা, ননাওবু অমুক্তদি হুংশিবিবু।

ইবেমহল—(ঙক্লা) করি হায়বা, ঐনা নংবু মাংননবা শিন্নি হায়বা; ইমাইপেমা ইমাইপেমা ক'রিনো ঐঙোন্দা তাইশিনবিরকইবা অসিবো, ইবেম্মা কিজেহাই ইশ। ওস্থোক্লবু তৌবা ঙম্মরু-খরেনে, হুম! ইনাও অসিনদি সংসারগী নাম্মা য়াংলবনিনা করিমতা উবা থংবা ঙম্মরোই হায়রহনা উশিং থোওইদহনা চংলিবা লিচং শাজং নংত্রদো। হেঃ মহুদি কদাইদগী য়াগ-দগে মতৈমা ঐ লৈরি য়ারোই। (কেং তৌহনা চংখিবা)

স্বর্ণলতা—নংতে নংত্তে ইচেম্মা, (ইমুংদা কপহুনা চংখিবা) ইচেম্মনা ননাও ঐগী অশেংবা থম্মোইগী অচুম্বা য়াফমশিং অসে, ইতৈ ইবুংঙোদা হায়বিহনা ননাওগী পুন্সিবু অমুক্তদি বনথিন্নুনে ইচেম্মা। (তাঙ্গাসিদা নিলচন্দ্র অমোংপা কৈজোম ফুরিং, শেং-লিহুনা অমনবা ইনফি রুইঙম্বা অমা ইন্নহুনা মশা শোন্না মকোই-মরাং ইচোম চোম্না চংঙকই।)

ইবেমহল—ইবেম্মা ঐ ঙমজরোই, কন্নিনো হায়রিবা অসিবো, মী শিবা য়াব। রাকমগী ঈ পাও পুহুনা য়াম্না তৌ ঙম্বী ভাহন্নুনো কাংলম চেনবদা থরাই অসি মাংহনবিরগেরাও ইবেম্মা ; ঙমজরোই ঙমজরোই ইমাইপেমা ইমাইপেমা ওহোম্না কিজরেমকো। (ফেং-ফেং তৌহুনা থোরকই, নিলচন্দ্র উবদা) এঃ (খোন নৌথহুনা) হৈমা কয়া কুইরে য়োরকপা ?

নিলচন্দ্র—ঐ ঙাহাক ওইরে য়োজরকপা।

ইবেমহল—(খোন নৌথহুনা) আ—নিপীমচা তারিবরা নংবো, আনবুং লাকইপে ফিদা অমতা পুথোরকউ, আ—হকচাং ঙম্বে হায়না তাবা অহুদি থরা ফয়েদনা।

নিলচন্দ্র—অহোই নহালরাইগীদি নংতরে থরদি মুংঙাইজরে, অহুবু ইচেম্মনা য়াম্না লুবা চিঠি অমা থাবিরকপা অহুদা, ঙাইকদে হায়হুনা ঙমদা ঙমদা রাববস্নু রানা মকম অসি য়োজরকই বনি। নংতে মথোই অঙাংশিংগী তারিবা রাকম অসিবু ...।

ইবেমহল—হেঃ রাকম অহংগীদি হায়রুহুনা কায়ত্রে কৈরোই লৈকাই অসিগী মমাংদা রা রা লাওনয়বা পোৎনিদা। ইবুংঙো মী ওইনা হিংজনিংত্রে শিবনা ফয়বা জাথনি, অহুবু রা অসি থোক্তুঙৈদা নচল অনিনা কন্নি লৈবগে হায়হুনা রাথল 'থজিক্তুং থম্বরম্মবদ', লৈবাক কুম্মৈ ওইহুনা চোম্নিথসে চোমথমোইদোৱনিদো, আ অহুবু মানদি অঙাং অপ.থনা লোইরেদো হৌজিক্তে। (তাজাসিদা স্বর্ণলতা কপপুৰগী মখিং মমাই ইপোম পোমহুনা মোঙ্গা অমা পুহুনা থোরকই।) আ

কিদাহ্ থাও থাও। (কেং তৌহনা চংখিবা, স্বর্ণলতা মোঙ্কা, থারগা ইনফি মচিনা কোক্তা খুমগা।

স্বর্ণলতা—তাদা (খুয়ম।)

নিলচন্দ্র আ ফরে ফরে মে,জ্ঞানা কল্পা ) আ নংদি ইবুংনা থা অমা অনিক্কোম তোপ মুত্থনা নাহনা লৈবব্, নোংমতাঙ্কওবা লাক্নুনা শেগা মাইগা হায়নুনা হুংওদরদি কৈদৌরে ? আ ইবাই ইবুংঙোখোই বীরোলচান্দখোইনা চংকম্থকা হায়-বরাও ?

স্বর্ণলতা—আ হায়দে ঐনা অস্থম থবক ইংখাং অমা অমা · ।

নিলচন্দ্র –আ—ফরে ফরে অতুম্ব ওইরসম্ব, অহুগা তৌজিক ইবুংদা ইচেম্মগা নংগা ভাংনখিবা রাকমশিং অহু করি কয়স্বা মরমগীনো ?

স্বর্ণলতা—আ ছুয়া ইচেম্মনা মনাও ঐবু ওকসহু শিংশহু হায়ত্থনা ইচম চম্না ভাংবি চৈবিবনি। আ—ঐ চা-থুং চুরুটকা অমুক্তা ··· (চংগে তৌবা)

নিলচন্দ্র - আ ঐ লোইনবা ওকএ, ডাক্তরনা চা থুং চুরুট-বেড়ি-নচিংবা অসি মতম থরা থাদোকখো হায়রি, অহুগা ইবুংদি মহৌশাদগী কয়াম্ব থক্তে হায়বসি নংনা থংত্থনা লৈরিবা অহুনি, ঐ লোইনবা ওকএ অতুগী মহুৎতা হৌজিক ইবুংনা হুংঙিবা রাকম অতুগী পাওথুম অদো অমুক্তা পিয়ু।

স্বর্ণলতা—আ—তাদা রাকম অনিবু ···আ – তাদা। (ইবুংদা চংলগ) তৌবা)

নিলচন্দ্র—(থাম্নহুনা) তুমিন্না লৈয়ু মীগী ময়ুম অসিদা হৌজিক, কৈরোই লৈকাইবা তাগগা, করি হায়নখিনি নং থংলক্লা ? মপা মমা পুম্পাং শুনা য়োকখবা মচা হায়বা অহুমি অনিনিদো হায়রহুনা ঙাংনখিবতা নংতনা লৈবাক্ক খুবাক খুহনা নোংখিং-রোইদ্রনে স্বর্ন, আ—তুমিন্না লৈয়ু।

স্বর্ণলতা—অচুম্বনি নচম্না হায়জরিবা অসে, ইরান নংতনা ইরান পিশিনবা, হায়বা য়াই ঙম্মীদো হায়রহুনা অরানবা থৈজিন্নুনা মীগী পুন্সিবু মাংননবা শিনবা, ভাদা রাক্ষস অসি ওইদবা মীনম্বনি হায়না লৌবিয়ু। (ইমুংদা চংগে তৌবা)

নিলচন্দ্র—(শাওনা) স্বর্ণলতা !

স্বর্ণলতা—অচুম্বনি তাদা, নচল ঐগী ইরাল অদো খুদক অসিমক্তদা চপ চানা অমুক্তা পুথোকপিয়ু, করিগুম্বা নচম্না লালম্বা থোকএ খুদক্তা থরাই অসে হেক্তা লৌবিয়ু নংত্রগদি রাক্ষস অসে নচল্দা অমুক হয়না তাকপিরগমুনে তাদা। (তুথবা)

ইবেমহল— থোরক্তুনা) আ—করিনো করিনো, নচিল-নৌপরাগী রাক্ষস অসে থরা তেনশিনশি, মানদি মীনা তাবদা করা করবা রাকমদি নংতেদো, অঙ্গনীস্থ মথক্তা কৈরোই লৈকাইগী মীশিং অসিনা মগুক থাংগৎ থাংগক্তুনা য়েংনবা অসিদা ঐথোইদি চাক চথোম অমা চানরিবা কৌথনিনা, ইকাইজবনা শিনিংবা হাধবহ রোরে ; আ—কন্ন-কংত্রবস্থ নংগী নবাই ইবুংতোমি মাইদি থজিক্তংদি য়েংশিনেকো করি হায়রগে, আ-বা শাং-লোকলগুমসি, অঙ্গনা নিশীমচা নংস্থনে রাথল য়ারা মুরা তৌ, মীনা ঙাংনরকইবা অসি করি লৈবগে হায়রদো ইশা ইশানা

তাব তানগ:দৌবনি, অহু নৎত্রবদি মৈরিক্তগী মৈজাও হৌই হায়হুনা লৈবাক কুম্মে ওইদৌরিপোৎনি তাব তারেদনা। অহুগা ইবুংঙোস্নু নচলবু ওক্লবা-শিংনবা র রকফম থোকপা অহু আ - য়ুমদা নিংখিনা পুরগা চপ চানা য়ারকউবা অসিনা থরা চুমদৌয়ালেনেকো, য়া মথা তানয়গনুশিকো। (ইমু দা চংথিবা)

নিলচন্দ্র—(থম্মোই শোক্লা) আ! স্বর্নলতা লোইরেদো নংগী পুন্সি (কপতুনা) স্বর্ন, নবুং ঐ অসে লাইবক য়াম্না থিবা লাইরবা মচা পিদোন-পাদোনবা অমা ওইরবস্নু মীগী য়াহৈ মথা থাদনবা চৎলক্লবা ইমাম্নবা কম্নানা লাকচবা য়ারক্লবা নবুং ঐসিনহাই স্বর্ন, অহুবু। (শাওনা য়া ক্রক-ক্রক চিক্লনা) নংনা ওসি ঐবু অসিয়ৌনা চোপহনবা, (শাওনা) শে—আঃ মতাং অসিদা করিগুম্বা নংনা লাল্লমলবকা অহুক ওইরম্মুদনা খংঙোইত্রদো, স্বর্ন নংনবু কাইরমত্রবদি য়েংভো, নবুং ঐনা মফম অসিদা মাই অসে ফৌরামুক পাক্লা লেম্না কম্মে হায়রগা ইচনবু শোকঅগদৌবা কনানো, মরাইবক থিরবী ইচনগীদমক্তা মবুং ঐ অম্না ইচাও চাওনা লৈরি, ইচনবু বদনাম পিহুনা মাংহনগে থৌরাংবা মশক অহু নতিক লৈরগা থুদক অসিমক্তদা চোংথোরকউ, থরাইগা থরাইগা হেক্তা থাদোরক্লসি লাও হায়হুনা পাম্বাম অসি তিংওমগদৌবনিনহাই স্বর্ন! (ম্বর কুম্নুনা থবাক পাইহুনা য়ানা থাংবা) আ!

স্বর্নলতা—তাদা! (হোৎচিন্নুনা নিলচন্দ্রগী মথবাক্লচিংবা পাইহুনা নাম্বা) তাদ—! (কপতুনা) করিনো তৌরিবা অশিবে। তাদা …।

নিলচন্দ্র—(খর শাংনা শাংনা হোন্দুনা) আ—হুংশো থিঙ্ক ইবুং করিমত্তা তৌরোই, আ—(পোখাবা) অহুনা হৌজিক ইবুংনা পাম্বদি নং নোংমা নিনিদং ইবুংগী নাক্তা লৈরুখিসি চৎলো নফি নরোল হোংঙ্গুরো।

স্বর্নলতা—(জ্ঞান মাংনা ফুক হৌগৎতুনা) তাদা !

নিলচন্দ্র—আ—রা মথা তাগন্নু, য়েংঙো ইবুংগী হকচাং অসে য়াম্না ওমদ্রিবা পোৎনি, তঙাইফদবগী ইবুং লাকপনি পংকুই কুইথরগন্নুসি চৎলো।

স্বর্নলতা—তাদা ! করিনোনে ঐবু তৌরিবা অসিবু, নৎতে তাদা নচল ঐবু তাদগী নাক্তা করি মরমগী চৎকদৌরিবনো ? মসিবু হান্না অমুক্তা হায়রিখোনে নচন্দা ···।

নিলচন্দ্র—(শাওনা) স্বর্ন নংনা মতুগী মরম থিগৎলগা করি কায়গনি হা ? স্বর্নলতা মুন্না তাও মাওইবা খুদিংমক অসে ইশাগী ইরাল ইশানা থংজিন্নবা, হুরগা হুদে হায়হুনা চেনবা, লালবন্নু লান্দে হায়রবা মসি নংনা হন্দক্তা নোনা হৌদোকপা নৎতে হায়রবসে ইবুং চপ চানা থংঙি। আ-রা মথা তারগন্নু, নং মফম অসিদা মিকুপ অমাকাওবা লৈবগী নপাঙ্গল লৈত্রবনি চৎলো অমুক পন্থরগন্নু থেংথরে নফি হোংঙ্গুরো।

স্বর্নলতা—(কপতুনা) ঐবু য়ুমদা চৎপা ··· ঐবু ।

নিলচন্দ্র—স্বর্নলতা, (পুক্কিং সুংশিনা) মতম কয়াগী মমাংদগীদি ইবুংনা হায়রবা ইন্দুনত্তা লাকলে হায়রগা ও সদি ইল্লরোই হায়রবরা ? করে করে ঐনদি পাজল শোন্নবনিনা কৈদৌজরগদগে হায়না থন্দুনা য়াদ্রিবা নৎত্ররদো, করে অহু মঙাইরে নং অদিওয়া

মিনোক-মৈপা মরক অসিদা নংনা তৌজবা নপাপকী কোন অহু কংহুনা অম্বুম লৈহৌরোকো।

স্বর্নলতা—ও! তাদা—!

নিলচন্দ্র—অচুম্বনি ওসিদগী হৌনা নবুং ঐ অমা লৈরি হায়বা অসে খল্লুরম্মু কাওথোকপ্রোকো। (চংথক তৌবা)

স্বর্নলতা—(কপতুনা) তাদা। (নিলচন্দ্রগী মথোং পাইহুনা তুবা।) তাদা। (মথোং কোন্দুনা কপ্পা।)

নিলচন্দ্র—(কপতুনা) অহুদি চৎলোদনা ইবুংবু হকচাং অসে য়াম্না ওমশিল্লক্তরে হায়বা য়াম্নি। স্বর্ন কয়িগুম্বা ঐনা মকম অসিদা তুহুনা লৈরবদি নং করম তৌ নে। নংমু ঙাইগদ্রা? (কোক ঙাওহুনা কমথবা)

স্বর্নলতা—ও! তাদা! তাদা! নচল ঐ (জ্ঞান ঙাদনা ইমুংদা চংখিবা, তাপ্পাসিদা, বীমোলচান্দনা শ্যামু কৌরকপা।)

বীমোলচান্দ—(মপান্দগী শ্যাম, শ্যাম কুমার, (চংওকপা) শ্যাম।

নিলচন্দ্র—(কৌপংতুনা) আ অসোমদা, অসোমদা চৌক্রি লৈরে। (বীমোলচান্দগী মখুং পাইহুনা চৌক্রিদা ফমহনবা)

বীমোলচান্দ—(ভাব তারক্তুনা) ও! লাকপিরিবরা? ঐ (খুরম্মা)

নিলচন্দ্র—আ-য়ারে য়ারে। (খুরম্মা ওকপা মোড়াদা ফমথবা)

বীমোলচান্দ আ।—হকচাং য়াম্না কম্না ওমীরক্রে হায়না তাজৈ, অহু হৌজিক্তি খন্না মুংঙাইবিরেদনা।

নিলচন্দ্র—আ-খন্না মুংঙাইরে, অহুবু হকচাং অসি থংহক হকচিন্না

নাখিবনা পাক হেক কনখংপা য়াদে হৌংখিকপ্ন য়ায়া শোগ্নি
অা — হু, য়া অসিবু ... ... ।

বীমোলচান্দ—করি করম্বা য়াকম ওইরবনো ? তাকপিয়ু — ।

নিলচন্দ্র—অা নিপীমচা অসি নোংমা নিনিদং ঐগী নাক্তা পুরগা
মাগী ওক্ত-শিংদবা পুম্বা য়ারক য়াক্তেম্মুগে হায়রবু । করি -- ?

বীমোলচান্দ—অা য়ানি. ঐখোই তমো, ইতৈমখোইগা তায়বি-
রগা অসুম্বা কগনি হায়রবু খন্দুনা অহুম তৌবিয়ু ঐগীদি
করিমত্তা বেরা লৈজদে ।

নিলচন্দ্র—অা (খরাই মুংঙাইত্তনা) করে করে. য়ু য়া করে, অা—
নিপীমচা মুর্ন নংবু খোরকপা য়াত্রিবরাও ?

ইবেমহল—(খোরক্লুনা) এঃ ইবুংঙো নং লাকএদনা য়েংঙো, ঙসাই
মখৈ নং লাক্তে হায়রুনা ঙাইন রবনিনে, মে নিপীমচানা নঙোন্দ
করিওম্বা য়া খরা হায়রনিলিখালে ইমুংলোমদা অমুক্তা চংঙক
উদনা ।

বীমোলচান্দ—অা—ইতৈমা, ঐনা ইমুদা অমুক চংঙক্লবম্ব অহুম-
ঙাই, ইতৈমনা অহুম কননবা শিনবিগ্রগা লোইরে । ঐ
পুন্নমক য়াজরে ।

ইবেমহল—( য়াশিন্নহুনা ) খংদেবা তৌরিবসে, ঐখোইদিনে মীগী
অয়াবা মতৌমে য়েং-লাকপা ঙমজদেনে, কায়নো কপ্পু
কপ্পনে লাওবু লাওবনে, করিনো ঙম্ভু ঙক্তা চোংবদোনা ব্রিং-
ব্রিংবু চোংঙিদা. খংজ্রে করি মতৌনো খংজদ্রে, ঐখোইদি
ইমানা হেক পোকপদগী অসিওম্বা খৌদোক অসি অমুক্তা

খেংনজম্নক্কখনিনা জ্ঞানবু পুন্নমম মপ্মে, ইমাইপেমা লোইরে-
লোইরে ইমুংসে মাংঙবনে মাংঙবা। (তাং তাংহুনা চংখিবা)

নিলচন্দ্র—স্বর্ন স্বর্নলতা (য়ানা) কৈংেৌবগে ইবেম্মা নংবু মতম অসি
খেংজিন্নকএ খিংথুনা চংলশি, ইবুংবু য়াম্না য়াশিন্নকএজে,
( মোতাদগী হৌগংতুনা ) আ লাকও লাকও ইবুং অম্নুম
খোকঅম্মগে, কোম্থোংদা তাইরম্মগেকো।

খীমোলচান্দ—অহুদি ঐ অম্নুম। (নিলচন্দ্রদা খুরম্না)

নিলচন্দ্র—আ য়'ম্না করে। (খুরম্না ওকপা) অহুদি ঐম্নু ....।

খীমোলচান্দ—কনি। (নিলচন্দ্র খোকখিবা, খীমোলচান্না টেবিল
মচিদা মখোং য়াম্থয়গা কম্বা, স্বর্নলতা খি-য়োম্দি অকবা
অহনবা তাক্তা শেং-ইন্নুগা, মশম মনা ইফা ফা, মমিংতা মপি
তম্নং তন্নং চেম্থহুনা, হুংতাইতবা খম্মোইগী মৈচাক্তা লোইননা
থোরক্লে।)

নিপী অমা—(ওকতগী) ঈশৈ

লমলম কৈদনো চংলিবদো
পুন্সি পামেল খাদোক্তুনা
নপাম লমলম পাংলগেন্না।
খম্মোই শোক্লবা খোংথাংদা
কম-কমবু চথলিবু
নংগী মন্নাল কম্নিনো।
শেংলবা খম্মোই অকাসতা
শন্নিক খবাগী মতৌঙম
ইংনা চিকবু তাম্নবগী,

উরম্নোইদকো ওসিদগী।
নিংজবা নংগী আশাগী মশুর
থংহৌদনা বিস্থরক্লবদা ··· লমদম,
ওইহৌরনিদো নিংথাইরবা ফুরা।

(ঈশৈ শকলিউৈগী মরক্তা, স্বর্ন হিক্লা হিক্লা কপ্তুনা য়ুমলোমদা ওনশিন্দুনা থুরম্মে, মথংদা কোমোলগী মফমদা থুরম্মে, ঈশৈ হেক লোইবগা ইবেমহল থোরক্তুনা)

ইবেমহল— ওস্থোক্লা লুংঙাইত্রেদকো, তৌরিবসে আ—নিপীমচা নংগীদি নফি নরোল করি করি পুজরে ?

স্বর্নলতা—(কপতুনা) ইচেম্মা, ঐনা য়ুমদগী লাকপা মতমদা করি পুরক্তুনা ওসি ঐনা চংলমদাইগী মতম অসিদা করি পুগদৌরিবনো ইচেম্মা।

ইবেমহল—আ—অহবুদি চুম্মীনে, আ—শে শে (লুপা মঙা চংপি অমা পুথোকঅগা) পৈশা অসে অসিনা করি করিনো লৈহুনা চাথোসে। (পিবা)

স্বর্নলতা—ইচেম্মা ঐ লোজরোই।

ইবেমহল—আ - শেনে-শেনে, আ—নবুং মশা শোনবা অহুগী করিনো অমতা ওইরবম্ব লৈবিথোসে। (স্বর্ননা ইন্নিবা ফিজিদা কিশিনবিবা, ভাঙাসিদা শ্যাম নাকন্দ। শিলেপ লাইরিক রেপতুনা স্কুলদগী কুমকই।)

শ্যাম— ওক্লা) ইশোলমচা নং কদাইদা চংকদৌরিবনো ? (কপনিংনা) হা ? হায়রো কদাইদনো হায়বা ? (কপ্পা)

স্বর্নলতা—(কপতুনা) ইন্দোলমচাগী ইবুংঙো মুংশিবা শ্যাম, ইন্দোল-
মচা মতম খরদং য়ুখদা লৈরুখিগে অতুনা ... ।

শ্যাম—( কপতুনা ) করিগী লৈরুগদৌরিবা ? হা ! খুম্মো, নংত্তে
ইন্দোলমচা নং চংখিবা য়াদে । (স্বর্নলতাগী মখুং পাইদুনা)
শে—লাকও, লাকও হায়বা । (চিংশিনবা)

ইবেমহল—হায়-হায় শ্যাম, লাও লাও লাও স্কুল কুমকঅগা নকি-
নরোল হোংদোকুনা ইমুংদা নিংথিনা লৈগেদি হায়রবনা
কৈদৌরিবনো হা ? কদাই কদাই নংগী লাইরিকাহ্ (লাই-
রিক শিলেপ লোবা) লাকও লাকও অঙাং নংগী নথৌ নংত্তে
(চংখিবা) লাকঅবরা শ্যাম !

স্বর্নলতা (কপতুনা) শ্যাম, ইন্দোলমচাগী ইবুংঙো মুংশিবা, নংনে
পাবুংতোনবু থাদোকহু, লাইরিক-লাইও নিংথিনা ঔরাইদুনা
মরম য়াম্না মোক্না লৈয়ুকো । (কপতুনা) ইবুংঙো নংননে
ইন্দোলমগাবু কাওগদুকো, নন্দোলমচা ঐ অসে মতম খুদিংমক্তা
নংগী ননাক্তা লৈরি হায়না খল্লুকো, অদুগা শ্যাম ইন্দোলমচানা
গুসি চংকদৌরিবসে মপানথোংগী হুকচাং পোলাংদনি, অদুগা
থরাইদি মকম অসিদা, শ্যাম ! (চেৎনা কোনশিনবা)

স্বর্নলতা—(বীমোলচান্দা) ইবুংঙো ঐ নোংমা নিনিদং চংচরুখিগে,
লাইবক থিবী তোল্লবী ঐনা মতম খরদং ইবুংঙোগী শেবা
তৌজরম্না নিংবা খুদবা কয়াবু ঙাকপিয়ুকো । (খুরম্না) ঐনা
ইবুংঙোবু পুন্সি সিমগী থাদোকচরোই, মতম লৈবথিরিক্তা
থম্মোই মুংদা লাংতুনা থমজগে লেংজবা ইবুংঙোগী মূর্তিদো,

(থীমোলচান্দগী খুয়াগী উফুল লৌছুনা লাইবক্তা নম্বা, থীমোল- থংহৌদনা মিত্তগী পি শিম্বরকপা মতম খুদিংমক্তা খুদোং থিবদগী কনবিয়ু, (থম্মোই শোক্না) অছুগা ওসি ঐগী থম্মোই- হু্ংদা চার্কলিবা মৈচাক অসি মুংননবা হোৎনরকপা মতমদা তোল্লবী পাঙ্গল শোল্লবী ঐগী থৌনাদদি হাপ্লিয়ুকো। (মথোং পায়ছুনা কপ্পা)

ওকতগী —(নিপা অমা) স্বর্নলতা, নংবু ঐনা চংখিহু হায়ত্তুনা থাম্বা ওমদরে, মরমদি তাইবংগী অফ-কত্তা উত্রবা সংসারগী নামা হাংপা মীশক অমা ওইরবনিনা ঐগী পাঙ্গল কর্মিমত্তা থোকপা হাবিদরে, অচুম অয়ানগী বিচারসু ঐনা তৌবা ওমদরে, অতুগীসু মথক্তা ইম -ইপা শক্লবা তামো অমদি ইতৈমনা য়াত্রবদা ঐগী উপাই কন্নিমত্তা লৈতরে, অচ্চনা নংনা ঐবু হাত্নৌবা তৌগনু, চংলোকো স্বর্নলতা চংলো। অছুগা অসিমতংদি কাওগনু হয়েংমুক্তী মপোক্তা তাইবং মীওইবা খুদংমক্তা মীমান্নবা পোকপা অসিদদি পুলিসগী লাইনিং ওইখিয়ুকো স্বর্নলতা।

নিলচন্দ্র —(অরাপ্পদগী) স্বর্ন, স্বর্নলতা, ইবেম্মা নংবু কৈদৌরবগে খিৎ থুনা লাকওগবা হুম্মিৎ অসি তাখিদৌহেনে নিপীমচা লাকও লাকও থেংখরে।

স্বর্নলতা — কপত্তুনা) শ্যাম, ইন্দোলমচা চংলগেকো, অছুগা সে (কি- জিদগী পৈশা লৌথোক্তুনা) পৈশা অসিননে কয়ি কম্নি লৈছুনা চাওকো, (শ্যামগী কুয়িৎখাওদা হাপচিনখিবা)

শ্যাম—(কপত্তুনা) নংভে মহু পায়দে, পৈশা পায়দে, ইন্দোলমচা নংনা চংব্রগ পৈশা অসিনা কৈদৌননি, (পৈশা লৌথোক্তুনা

লাক্লুনা লংখোকপা) নৎতে ইন্দোলমচা নং চৎখিগনু ঐ নংবু থাদোকপা ঙম্মোই। (চেৎনা কোনবা) চৎম্লিবা য়াদে চৎখিনু। (ক্রিং ক্রিং চোংবা)

স্বূর্নলতা - (য়াম্না থম্মোই শোক্লা কপ্পগা চিনবান্দদি নোকশিন্নহুনা) শে, পৈশা খুল্লগা। পৈশা অসে লৌও, য়েংঙো ইন্দোলমচা চৎলোই (কপতুনা) ইন্দোলমচানা নংবু থাদোক্লুনা কদাইদা চৎকনি, (চেৎনা কোন্দুনা শ্যামকুমার ন'বু থাদোক্লুনা চৎপা ঙম্মোইনে ঐনা, অহুবু শ্যাম চৎতবা য়াদবনা চৎলুরবসু ইন্দোলমচা হেক্তা লাকনি।

নিলচন্দ্র—(অরাপ্পদগী) স্বূর্ন স্বূর্নলতা, ন' নং লৈহৌরোকো ঐ চৎলে – হাই।

স্বূর্নলতা – আ! (বীমোলচান্দা অরোইবা মিৎয়েংদা য়ে ঙগা) ইবুংঙো ঐ চৎচরে, শ্যাম লৈহৌরোবো। (থম্মোই শোক্লা মাই লৈদুনা চৎখিবা।)

শ্যাম—(খোন কাইনা হিক হিক লাওন, কপ্লুন) ঐগী ইমা চৎথরে, ইম' ইমা খোং থিন্দুনা চোংবা) ইন্দোলমচা নংদি ঐগী ইমানি, কনা কনা লৈবগে ঐগী ইমাবু অনুক্তা থাম্বাবো, নৎতে ঐনা চংহনলোই ঐনা থাম্মুগনি ইমা! (চেনগে তৌবা)

বীমোলচান্দ (যম্মনদগী ফুক হৌগৎতুনা) শ্যাম নং কদাইদা চৎকদৌবিবনো, লাও নংগীদমক্তা নপাবুংঙোন ঐ লৈরিবা অসিদি (চংশিল্লক্লুনা শ্যামবু ফা'জনবা)

শ্যাম— হিক হিক কপতুনা) পাবুংতে ন নং লৈরবসু ঐদি ইন্দোলমচাবু য়ম্না স্নুংশিয়ে, নৎতে পাবুংতোন ঐ ইন্দোলমচা থাম্মুগে (চেনগদৌবগী লাক্লবা।)

বীমোলচান্দ—শ্যাম। (কপ্পা কাবা)

শ্যাম—নহক্তে ঐবু থাদোকউ, থাদোকউসে পাবুংতোন নংনা ঐঙুবি কাজিন্দুনা থমলগা ইন্দোলমচাবু চংহনখ্রিবসে পাবুংতোন ঐগুম্না ইন্দোলমচাবুম্বু থাম্বীবদি ম্নাদম্না!

বীমোলচান্দ—(থশ্মোই শোক্না) শ্যাম! (চেংনা কোনবা)

শ্যাম—পাবুংতোন! (বীমোলচান্দা কোজবা)

[ লাইট ওফ ]

## ২-৫

## ( অনিগী মঙাশুবা শরুক )

অহিং নোংঙাল্লমদাইগী মতম।

# লক্ষ্মী

(অহিং নোংঙাল্লকপগী মতমদা খোংবা উ:চক য়ায়াগী হু শিবা খোঞ্জেল কয়া তারিঃ মতম অসিদা নিলচন্দ্র মশা য়াম্না শোন্থর-হুনা খোং তপ্না তপ্না থাংহনা, স্বর্ণলতানা তুং ইন্দুনা খো-য়কই।)

নিলচন্দ্র—(য়ানা) আ—লাকও লাকও য়ুম য়োৗগদৌবা য়ামশিল্লক্ত.র, আ-নংনা চৎকনিগা চৎলোইগা ইমম্বিঙ্ভেদা মতম অসি কয়াদা থেংজিনগ্রবনো, আ নোং ঙানগদৌববু পংকুই কুইরম্মরোই। লাকও লাকও খরা থুনা চৎশি লাও।

স্বর্ণলতা—তাদা ঐনা ঙসি লাকইবা অসিবু মকম কদাইদনো করি তৌবা লাকইবনো, ঐগী করি ইন্নাল লৈহনা মথোইনা ঐবু য়ুম অতুদগী তাম্থোকলকইবনো. পুম্নমক অসি খল্লুবদা মচল ঐগী খোং অসি থাংবা থোকচিল্লক্কয়েনে তাদা, নংতে ঐ য়ুমদা চংঙরোই।

নিলচন্দ্র —(শাওরগা) করি হায়বা হা? নংনা হেক্ত. চংদবা য়াবরা, পুম্নমক অসি কনানা থোকহল্লিবনো, মসে নং নশানা থাক-চবা লাংদা নশা নতোমতা থুজবনি, কনাগীসু দোষ নংতে, চৎলো পরপ পরপ চৎলু। চৎত্রিবরা?

স্বর্নলতা—তাদা, অহুদনিসে নচনগী থম্মোই অসি পুবা য়ারক্রিবা অসে নচল ঐগী ইয়াল করিনো হায়বা মসিগী ভশেংবা অমা হেক থংজিনখৈদি ঐ য়ুমদা চংখিরোই।

নিলচন্দ্র—(য়াম্না শাওনা মশা থক-থক নিক্নুনা) নংনা হেক্তা চংদব য়াবরা হায়য়ু, ঐ অসি কনানো নং থংবরা হ? 'ফুগে চংশিনবা) থুম্মে' করিগী খুমজ্রি নো খুম্মুনে স্বর্নলতা।

স্বর্নলতা—(থরাই শে ক্না) তাদা, ঐ থংভি ভসি ঐগী মাংদা লেপ্লিবা অঙকপা লাইথুংগী অরাবা মৈশা থাংবদা য়ারবা, অসিগী মথক্তা মচল ঐগী মুংঙাইতবগী অরাবা কয়াবু পুবা ভমজ্রহুনা শ্বর থবেং থবেং হোন্দুনা থক-থক নিক্নুনা লেপলিবা হে—লাইবক থিবা তাদা নং ঐগী ইবুংনি মসি ঐ চপ চানা থংভি, অসিগুম্বা ইবুং নংগী মাই খিননবা অমদি অহল-লম্মন পুন্নমকপু চেন্থনবা পোক্লবী বদমামনা থোং থাংকম লৈত্রবী ঐ অসিনা তাইবংপ ন অসিদা হিংহুনা লৈবগী করি কান্নরিংগে অহুগা; নচনগী থরাই অসি খুদক অসিমত্তুদা লোৌগে হায়রবস্ব লোৌবিনো তাদা।

নিলচন্দ্র—স্বর্নলতা!

স্বর্নলতা—অচুম্বনি তাদা, অসিগুম্বা মীচং মিথাই নাইবা, চুম অর ন মশক থংদবা, তোল্লবশিংবু তুহৎপা, তমথিনা কংত্রবা তুকচরবা চৎনবী অসিবু থোংপাক্না লাপ্পা কাওংথোকতস্মে হায়রগা অনৌবা মপোক অমা ওজ্রগেনে তাদা।

নিলচন্দ্র—স্বর্নলতা করিনো নংনা তৌরিংসে হা? নং ভাওরব্রা?

স্বর্নলতা—তাদা (নোক্নুনা হা-হা হা ঐ ভাওরে, মখোয়না ঐবু

ভাওহন্নে—হা-হা-হা অদুগা তাদা রা অসিমগা তাবিয়ু নিগী ওইবিনা বদনাম লৈনা মপামদা হন্নজুনা কপ্পা পুন্সি লেনগ-দৌবগী শরুকপুদি, শিথিবনা শরুক চাখা হেন্না যৈ।

নিলচন্দ্র — স্বর্ন ! ইবুংগী ইবেম্মা।

স্বর্নলতা — (শাওনা) ঐগী পুন্সিবু মাংননবা শিনবা যৎত্রবা মীশক অদো, মশক মুন্না থংননবা ওসিদগী হৌনা কোইথি থিরে হায়রগা, মসিনা অচুম্বনি, মসিনা অরানবনি হায়বহু ভশেংনা চপ চনা থংওবা মতমহুদা, নচম্মা ত'দগী নাক্তা লাকচহুনা লৈজরগে ; অহু হেক নংত্রিমখৈদি (য়াম্মা থম্মোই শোক্না) তাদা ওসিদগী হৌনা লাইবক থিরবী নচলবু কাওবিগ্নেকো, অক্কা!

নিল চন্দ্র—স্বর্নলতা ইবুংগী ইবেম্মা ! (খাম্বা)

স্বর্নলতা ঐনা হায়রিবা, নচম্মা নিংজিবা অসিবু হেক পাংথোকপা ওমদ্রবদি, ইপা ইমা শরুবা তাদবু হ.ৎপা পাপ পুবা ওইগ্রগে, (খুরম্বা নচল চৎচরে তাদা ! (অমুক হন্দুনা চেনখিবা)

নিলচন্দ্র — স্বর্ন স্বর্ন স্বর্নলতা ! (মচলবু তান্নবদা থোং থাংবা থোক্তহুনা লেপ্প-লেপ্পা হায়থবা) অা ! (রা হবা)

[ লাইট ওফ ]

২—৬

## ( অনিগী ভরুকশুবা শরুক )

অয়ুকী মতম

### কোমোলগী য়ুম মাঙোল

(হায়গী দেকোরেসন মফম অসিদা, ইবেমহল সেখর য়ারি শান্নুনা চংঙকই ।)

ইবেমহল—লেংশিল্লকউ লেংশিল্লকউ, করিমতা চিংনবা মুংঙাইজবা লৈবিয়ু, ঐনা মতম কয়াগী মমাংদগী হৌনা ঙসি ওইরিবা ফিভম অসিদা তাননবা শিল্লকপা অহুবু হৌজিক্কি মপুং পুংনা ফারে হায়বা য়ারে, আ—চৌক্রি অসোয়দা লেংশিল্লু ।

সেখর—ফনি ফনি য়াজরে। (চৌক্রিদা কপ্পা) অহু ইচেম্মা হন্দক তাইবুংঙোবু টুর প্রোগ্রাম কয়া য়ম্মা শাংনা চৎকনিকা হায়রম্বগে ?

ইবেমহল—আ—ইবুংঙো, হন্দক নংগী তাইবুংঙোনা চৎখ্রিবা অসে থা-মথাই অময়োমবু চৎকনি হায়রম্মীনা।

সেখর—ও—য়াম্মা ফবগী য়ানিনে। (নোকপা) হা-হা—।

শ্যাম—(ইমুংদা) ইমা, ঈশিং খজিক্তা থকেবা।

সেখর—অঙাং মশা ঙমদবা য়াওরিব্রা করিনো ?

ইবেমহল—হোয় হোয় নিপ মচাহু মশা ঙমদবা ঙসি মরিনি মঙানি ওয়রে, অমুকতোইবা চাগেগা থক্কেগা থাং-লাকপা ঙম্বা পোৎ নৎতে; থোওইনা তারু-লাকউবকা ঙম্বা পোৎ নৎতে, আ—অহু ইমুংদা নিংথিনা চংঙগা পোথাসি হায়রবয়াও ?

সেখর — কৈনে করিমতা কান্নদে।

ইবেমহল — অহুদি চংঙসি। (সেখর, ইবেমহল ইমুংদা চংখিবা)

শ্যাম — (ইমুংদা) ইমা, ঈশিং খজিক্তা থক্নে হায়বনি। (তাঙ্গা অসিদা বীমোলচান্দ খুত্তা তাক্তরগী ছিদাক লিক্লি অমা অনি পায়রহুনা চংঙকই।)

সেখর — ভাইখো অসিদগী ননাও ইবুংঙোগী ফোটো অসিদা ধূপকা থা-লাক্তুনা হোৎনরিবা অসিবু, ইনাও ইবেম্মা মরম মোকপি অহুনা তৌরম্মীবরাও ?

ইবেমহল — হোয় হোয় মপুরোইবা নিংগ্রবনিকা হায়রহুনা ···।

সেখর আ—চৎনত্রবা মপ্লবা রাখন্দো (নোকপা) হা হা-হা।

ইবেমহল আ কৈদাদো।

সেখর—ভাব অহুবু হায়রিবা ইচেম্মা। (নোকমিয়বা) হা-হা হা।

ইবেমহল আ তাঙ্গা অসি রোরবদা আ—ইচেম্মা আ—ইবুংঙো হয়বা মিংগৌ অসি হোংবু হেংদোকর্সিদা ·।

সেখর — মশ'না তাবনি হো দবা য়ারক্তবনি ···।

শ্যাম — ইমা, ঐবু ঈশিং খজিক্তদি থক্নে হায়বনি। (কপ্পুনা) ইন্দো'মচ ··· ·· কপ্পা)

ইবেমহল —(খোন কায়না) করিগী ঈশিংনো ? নৎত্তে নংনা থক-নি ঙপা'ক, চালি'ঙগা হেক চাবা য়াবয়াও হা ? করিগীনো নংনা অম্বুক য়াম্ম কৎত্রিবা অসিবো ? নৎত্তে ঐনা হায়বদি নশা ঙমত্রবদি তুমিয়া ছিপক্তুনা মরৈরো, অহুদি নৎত্তহুনা করিগীনো নংনা মীবু অম্বুক য়াম্মা শুরু শুরু নৈরিবা ওৎপিবা অসিবো হা ? নংত্তে, নংগী চক্রি অসিবু কনানা থাঙবা

ভনগদৌরিবনো হায়বা ; আ—কৌ—কৌ নংবু য়ায়া লুনা চায়া তৌরবা নন্দোলমচাদো কৌ, খুদক অসিদা মা লাকুনা নংগী সেবা তৌবিরবয়া য়েংশি ; কৌও করিগী কৌত্রিবনো কৌ হায়খনি।

শ্যাম—(কপ্পুনা) নংদি ঈশিং থকে হায়বস্থ য়াদে। অতুগা হিদাকস্থ লৈবিদে, ঐদি য়ায়া য়ারে। (কপ্পুনা) ইমা! ইমা! (কপ্পা)

ইবেমহল—উমঃ কৌ, শিখিবা নমা অতু লাকুনা নংগী সেবা তৌবির, দনকো।

বীমোলচান্দ—(থাংবা ভস্মক্তহুনা) ইতৈমা!

ইবেমহল—(পরপ-পরপ থোরক্তুনা এঃ ইবুংঙো, নংস্থ লাকএদনা, নংত্তে নংগী নখুত্তা প য়রিবা অতুবু অঙাংগী হিদাক নংতরাও ? করেদা ইতৈমস্থনে লৈরুশিরা হায়হনা খল্লম্বি ন, কহিনো ঈশিং থকেগা চাগেগ অমুকহোইবা থা-লাকপা ভম্বা পোৎ নংত্তে; কদয় কদায় হিদাকতো, ইতৈমা নচাদা পিথকউরগে। (লৌগে ভৌবা)

বীমোলচান্দ—(থরাই য়ায়া মুংভাইতনা) ইতৈমা, অমুক্তা ...। ইতৈমা, ঙসি অসিবু নোং-ভান্নয়া ?

ইবেমহল—(ভক্তা) করিনোনে ইবুংঙো নংনা হায়রিবা অসিবো, হৌজিক অয়ুকী মতমনিনে, মুমিংকা ভরং ভরং থোকই-পে থনি।

বীমোলচান্দ—ও—অছুদি, মতম খুদিংমক্তা মমহুনতা লৈরবা লাইবক

থিয়বা ঐখীম্ থংদ-উদ লৈত্রবা ঈশ্বরনা ওসিদি অনৌবা হুন্নিংকী মঙাল অমা পিনবিরেদনা।

ইবেমহল—করিনোনে ইবুঙো নংনা ঙাংজিবা অহুবু য়'ঃ ই'অমা করিমতা ভাব তাদ্ৰ, করাই অঙাংগী হিদাক্তু পিরানে। (লোগে ভোবা)

বীমোলচান্দ—ইতৈমা, ইতৈমনা হিদাক অসি ইমুংদা পুশিনবিগ্রে হায়রগা, হিদাক অদিগী মহুত্তা মহিক চেন্নবা ঈশিং ওইনদি পিথকপিরোইকো?

ইবেমহল—করিনোনে, বীমোলচান্দ, নংনা ওসি মতম ইওন ওন্না তুমদনা লোন্নিবা চোইরোল অসিবো?

বীমোলচান্দ—( শাওনা ) ইতৈমা ঐনা ওসি ঙাংঙিবা অসে ভাব তাবিরোই মরমদি, ইতৈমনদি সংসারগী ওন্ন-তৈনবা, ফত্রবা লমচংকী লম্বীদা খোং থাংজিনবিবছুদ' ঐনা ঙাংঙিবা অসি চোইরোল ওইনা লৌবিরগা য়াই, .শাওনা। মুন্না তাম্নরপা খুম্বীমু ইমুদা লৈ'ন্নিবা সেথরগা, (তাঙ্গা'সদা সেথর থোরকঅগা ওক্কুনা লৈবা।)

ইবেমহল—(জ্ঞান মাংবগা লোইননা) হা! করি?

বীমোলচান্দ—অচুম্বনি ঐনা হায়রিবা অসে, (পুক্কি, হুংশিনা) ইতৈমা শ্রামনা মশা ওমদহুনা লৈরকইবা অসি ওসি মরি মঙানিংরোম ওরক্লে। অহুবু ইতৈমনা করি করম জোগদগে হায়বা করিমতা থনবিদনা, হুমিং চুপ্পা কেহুনা মৌহুনা কোইচং চপ্পুনা লৈথোকপা ঐনা ব্যবহার কাইনিংদবদগী খা অসি ক্রক ক্রক চিক্কুনা থাংওবপা ... ... ...। হুম! ইতৈমা মমা মশক

থংহৌজ্রবা শ্যাম অসি ইভৈমা-মক্কী নপুক্কী হৈক তাখা নচাং মক্তা ওইরম্মবদি, ওসি ভৌরিবা মতৌ অশুয়া মিয়াইরবগদ্রাঃ অমুক্তা খুবীয়ু।

ইবেমহল—(শাওনা।) তুমিন্না লৈয়ু বীমোল, নংনদি সংসারগী অক-ফব উবদি ওমদা, নপুক য়াম্না ফত্তবগী হৌনবা, ভাবনা শা-শাহনা মী মাংননবা শিন্দুনা ইমুং মহি লাংহনগে থৌরাংগদু থংওদ্রা ?

বীমোলচান্দ—(নোক্কুনা) হা হা হা ঐনা মী মাংননবা শিনবা, (শাওনা) ইতৈমা ইতৈম্বু ঐনা ঐমকপু হেক পোকপি ইমামক'ন হায়না থল্লুবা, অদুবু ইতৈমদি লমচং শাজংতা ফজত্রবী, তমথিনা তুকচনংগী মশক ওইরবী, মতম খুদিংমক্তা ঐগী ইয়াম্বগী পুন্সিবু চিকদোবগী কোইশেন শেমহনা লৈরবী, কাংখদা চংলবি তমথিরবী লিল অমোম অমা ওইরম্মেদনা।

ইবেমহল—(ওক্না) ইস ! ঐবু লিল অমোম !

বীমোলচান্দ—(ফজনা) ইতৈমা অত্তুগুম্বা ফংত্রবা লিলগী হু অদো, করিমু থংজ'দ্রবা ঐগী ইচা শ্যামদদি কামশিনবিগনুকো। খুরুম্বা)

ইবেমহল—(শাওনা) উম ! ন'না অদু হ'য়বদি হৌজিকমক খুদক অসিমক্তদা চিবপ্য় তারে, নং কমদোগেপ্নে ?

বীমোলচান্দ—(থরাই হুংঙাইভনা) ইতৈমা, ঐনা নিংথিনা ফজনা হায়জরিউ অসিদা য়াবিত্রবদি ব্যবহার কাইনিংত্রবা ঐগী ইকমদগী অথিবা য়াহৈ তাবতা নংতনা, খুদোংথিবা কংখিং প'নকো।

ইবেমহল—(ওক্সা) এঃ নংগী কয়ি নত্তিক লৈহুনা ?

বীমোলচান্দ—(শাওনা) অহুগা বা অসিংগা ভাবিয়ু বীমোলচান্দ ঐগী পুল্লিনা লৈরিবৈদা ইতৈম্মগুম্বদি থম্মু থদ্বীখো, ইতৈমগুম্বা লাক্ষ-লাক্ষ লাক্লুনম্ম ঐগী ইচা শ্যামগী মতু-তুবুম অনা শোক-দৌবদি কনাগীম্ম মতিক লৈঁত্তেকো ।

ইবেমহল (জ্ঞান তাদনা) ইস !

বীমোলচান্দ—নংত্তে ঐনা হৌজিক তৌগদৌবদি শ্যাম ! শ্যাম! শ্যাম কুমার ! (ইমুংদা চংথিবা, ইবেমহল, সেথর জ্ঞান তাঁদহুনা য়েংনরগা, কোক পাইহুনা ফমথবা ।)

[ লাইট ওফ ]

২—৭

( অনিগী তরেৎশুবা শরুক )

হুংখিলগী মতম

লম্মাং

(মফম অসিদা বীমোলচান্দ শ্যামু পোহুনা থোরকই।)

বীমোলচান্দ—আ—শ্যাম। শ্যামকুমার

শ্যাম—পাবু তোন।

বীমোলচান্দ—নংবু দাক্তর চৎপগী লম্বী অহুবু খংত্রা?

শ্যাম—পাবুংতোন ঐদি খঙদেবো। (তাপ্পা অসিদা কোমোলনা মাং থারহুনা ইবেমহল সেথরম্মু চংঙকই)

বীমোলচান্দ—আ—করে, নংস্মু খংত্রবদি মীতোন্দা হুংঙ হুংঙগা য়োনবা চৎপা হায়বা অহুনি। (চৎপা)

কোমোল—(শাওনা) হায়—শ্যাম।

শ্যাম—পাবুং, পাবুংতোন পাবুং লাকএ।

বীমোলচান্দ—ও—তামো। (শ্যামু পোবদগী থাবা)

কোমোল—(শাওনা) কৌগম্মু, নংগী নচিল অহুদা ঐবু তামো হায়না কৌরগম্মু, হায় শ্যাম নং অহুদা কৈদৌরি, লাও, মখুৎ লাকুনা চিংবা)

শ্যাম—পাবুংতোন।

ইবেমহল—এঃ এঃ করিনো তৌবিরিবা অসিবো, মী অঙাং অসি মশা য়ায়া ঙমত্রিবা পোৎ'ন (কোনশিনবা)

বীরেণলচান্দ—হ্যায় ।

কোমোল—করিশীনো নংনা অঙাং মশা অনাবা অসি পুম্না চংলিবা অসিবো হা ?

বীরেণলচান্দ—ভাবো, অমুক্তা শাওবিথিদু ননাওগী রা, অসি অমুক্তা ভাবিথো ... ... ।

কোমোল—কশিগী রা তাবা হা ? হৌজিক নংগী রা তানবা ঐঙোন্দু মতম লৈরে, খংঙবরা ? মতম শাংনা চংপন্নু নংতবা, হায়বং মথং তরানিদং ঐনা যুম থাদোক্তুনা চংলুবদা, নংনা ইমুং অসি মথক-মথা হেক্তা ওলম্বনিনে নংত্রা ?

বীরেণলচান্দ—ভাবো !

কোমোল—তুমিন্না লৈয়ু, ঐনা ইনাও অসিবো করমনো হায়না হোংনরকপা, অদুগা নমাওদা নিংগদোবা নচৈমগী মকমদা নংত-নংতবা রাখন খন্দুনা হায়রিহে হায়রিবদবা রা হায়রবা... ।

বীরেণলচান্দ—(ওক্না) ভাবো !

কোমোল—তুমিন্না লৈয়ু, নংনা মহাকপু মচৈমা অমনি হায়না নিংত্রবন্নু, নয়াম্বা ঐ অমা হচাও-চাওনা লৈরি হায়রবলি মং-খজিক্তদি খল্লুবা য়াইনা ; সেরা ... । (ইবেম্মহল্ল-সথর মোং-নহুনা নোক্নবা)

বীরেণলচান্দ—(থরাই শোক্না) ভাবো, ননাও ঐগী রাসে অমুক্তদি ভাবিয়ু কৈদোবগে ।

কোমোল—(শাওনা) চংলো চংলো, ঐ নংগী রা মায়োই, অদুগা ঐনা নংঙোন্দা হায়রগদোবদি, অসিরুগী হোৌনা নংনা ঐবু নমমনা অমনি হায়না খুমরব, অদুগা ঐনম্নু নংদু ইনাও অমা হৈ

হায়বদি নিংশিংঙ্গবা ভাব ভারেদনা চৎক্লো চংলো। হাই ঙাম চংলো …। (চংপা হৌবা)

বীরেনলচান্দ—ও! ভামো, লোয়্নবেদো ভামোগী মমল য়াম্নবা পুন্সি অদো কনাগুম্বী অমগী ভমথিন্নবা হুনা বামশিন্দুনা, অঙাওবা লাইথুং অমা থুংজেলো ভামো।

কোমোল—(শাওনা বীরেনলচান্দ।

ইবেমহল—মাই পাবুং, সংসারগী নাম্মা য়াৎলবা মীগী চোইরোল অসি ভাহুনা লৈবগী কন্নি কান্নবিবগে চৎলসিবা …।

বীরোলচান্দ—হয়! ভামো ননাগী য়া অসিমতগ। ভাবিখো, মপান-থোংদা য়েংবদদি কজনা উরবা পামেল উজাওনি, অহুবু উজাও অহুগী মরুনা ত ইবং মীওইবনদি উবদা য়ারবা, ভমথিনা কত্রবা মহু কল্লবা ভিন্না নোংম নোংমগী অম্নুম চিকশিল্লক, অম্নম্বক চিকশিল্লক, হয়েং মতমগী মতুং ইন্ন থিংবা ওমদ্রবা অকনবা নোংলৈ মুংশিংনা শিংলকপদা পামেল উজাও অদো মরু কুল্লা তুবদি শোইদ্রবনিকো ভামো।

কোমোল—বীরোলচান্দ!

বীরোলচান্দ—মতৌ অহুওয়া; করিশু মরাল কৈ ঙ্গবা পামেল চান্ন মচা আস শোক্তনবা মচি অমদা হোংদোকচগে থোরাংজব, ননাওনা নিংজন্নিবা অসিদদি কাইহনবিয়ুবে ভামো। (থুরম্মা)

কোমোল—বীরোলচান্দ, ওইথোক্তবা য়াহু অনিয়ক গুনা ভা,গম্ব চৎক্লো চংলো চৎত্রিবরা?

ইবেমহল—মাই পাবুং কৈদোরবগে ভৌন্নিবা অসিবো অঙাং অসি য়াম্না য়াল্লে হায়বনি, লে—চংলসি। (চংপা)

শ্যাম - (কল্পনা) নত্তে ঐ পাবুংতোনবু থাহোক্লগা ওন্মোই (রিং-রিং তোংহনবা। পাবুংতোন নংদু চৎপি লাক্‌ও; লাকও পাবুং-তোন ...। (ইবেমহন্‌গী নাহোংজুনা চেনবা মায়া থিনা তুবা, মাহৎ, তাজা অসিদা স্বর্ণলতা মঙ্গম-মঙা ইকা-কাদা অতা ওবীগী মহৌওম চংঙকই।)

কোমেন—(মুংশা থিনা) শ্যাম! শ্যাম! হি! শ্যামকুমার।

ইবেমহল শ্যাম! (মুংশা থিজিনহনা) ইমাগী ইবুংঙো শ্যাম, (সেথরদা) লাওনে ইবুংঙো নংবো অতাং অসি কল্লিনো অমা তৌথরে হায়বি। (সেথর চংশিন্দুনা হোৎনবা।)

কোমোন—(মায়া মুংশা থিনা) শ্যাম! শ্যামকুমার, শ্যাম।

বীমোলচান্দ—(চিংশিল্লকুনা) নংত্তে ঐগী ইচা শ্যাম কৈদৌরবা? (কপতুন) শ্যাম! শ্যামকুমার নংগী পাবুংতোন লৈরে। (শ্যামগী মশা পাইবা)

কোমোল—(মায়া শাওনা) উম! হায় নং হন্দোকউ অতাংগী মশা শোকহু; হন্দোকও মীনা চৎথোকউ হায়রমকদা ... ...। (বীমোলচান্দগী লুবাংগী মগম পাইহনা চিংথৎলগা) নবু ঐনা যৌজিক তৌগদৌরবদি (মথাজাইদা থুবাক্লা কয়া থাবা।)

বীমোলচান্দ—আ! (মকোক ওাওহনা, উরুক-উরুক লৈহনা থিনা তুথরকপা), স্বর্ণলতানা চেনশিন্দুনা বীমোলচান্দগী কোকপু কৈথমননা শঙকুনা কমথবা)

ইবেমহল—ইমাগী ইবুংঙো শ্যাম! শ্যাম! ইবুংঙো, চৎসি অতাং অসি যুম অমুক্তা মৌননবা হোৎনসি। (সেথরদা শ্যামবু মজান্দা পোথংগ.।)

কোমোল—(হুংগা থিনা) নংত্তে য়ুমলোমদা নংত্তে, তাক্কররামদা।

ইবেমহল—(কপশিন্নহুনা)" খিং পুনা' চংলোনে" ঐখু' হুংশা য়াম্না নাকী' নক্তক্ পাখংলা "অমা" থাঙশিল্লকএসে।" (চংলোনে) ইথুরক্তো চংলো। (তকিং তকিং তৌহুনা লৈথরনা শ্যাম্সু পোল্লগা ইবেমহলনা থোকখিবা।)

কোমোল—(শাওবনা লুত্তোন কাখিহুনা) ইস! ঐগী ইচা ক'ম্ন হৌরবা? ঐগী ইচা শ্যামকুমার, উম। মশি পুন্নমক থোকহল্লিবা অশি করামনো 'শাওবা'? মশিমক্তু মাখী মথরাই অশি হেঙ্গ্রা লৌরগা কোইরে ··· ···। (চৈশিল্লকপা।)

স্বর্ণলতা—লেম্মিরিবা' অহুদগী হেক্তিন বিরক্তবনা। করগানি, করিনো কনমক শাওখিমিংবা লৈরবসু চংনবিগী পন্দি লাম্হোক-পিগনুবা '(কোক্তা ফিজিনা খুমজবা)

কোমোল—(শাওনা মিহুত্তা ঈ 'কানা) উম! নংসু ····। পুন্নমক অসি নংগী য়াহৌদগী থোকপা থৌদোক ঙাক্তনি। খংঙব্রা?

স্বর্ণলতা—পুন্নমক ঐগী য়াহৌদগী থোকঅম্বা য়াই থৌদোক অতুগী 'মরমদা 'অহুম অয়ান মখক খংমনবা হেৎনবদা অঙাওবগী মত্তৌগুম্না তুম্বা চাবা চংদনা কোইচং চৎতুনা লৈরবা, লাক-চৈদক্তো হায়রগী নিংঙমদবা মৈচাক্পা থম্মোই অসিদা চাক্লবী ঐনী, ইবুংঙো খাগী মথক্তা পবিগদোখা অরাবা পোৎলুম অদো মনাই 'ত্তে লবী ঐগী কোকথক্তা হাম্মিয়ু হায়না ফিগাও শানা নিজরি। (কিজিনা ফিগাও পাবা)"

কোমোল—হায়, "চংখোকউ" মং চৌপানি ঐখদি মকম অদো থুদক উশিনজবা "খাদোকউ"।"

স্নুর্নলতা—ঐনা মফম অসি থাদোকুনা কদাইদা চৎকনি। (হৌগৎপা)

কোমোল—য়াত্রবদি মংস্থ শিবা পাম্বরা ?

স্নুর্নলতা—ভোম্নবিগী পুন্সি ওইরিবা ইবুংঙো মাবু কনবদা স্নুর্নলতা ঐগী থরাই থাথি হায়বগী মিংচৎ অহুতবু ফংহনবিরবদি স্নুর্ন-লতা পোকচবগী মহৈ য়াম্রে। খুদক অসিমক্তদা ঐগী থরাই লৌথিরো। (কমথবা)

কোমোল—উম, নং য়াদরে।

স্নুর্নলতা—ঐনা মহাকপু থাদোকুনা চৎপদি মপোক অসিমগী ওই-থোক্তবনি।

কোমোল—( য়াম্না শাওনা ) অহুদি নখোই অনিমক পুন্না নথরাই মাংবা তারেদো।

স্নুর্নলতা—(নোকফেৎ ভৌহনা) মহবু ওইরবদি পুন্না স্বর্গ কাবগুরনি।

কোমোল (য়াম্না শাওনা) য়াদরে।

স্নুর্নলত —হায়জরিবা অসিনা অরেপ্পনি।

কোমোল—য়াত্রবদি। ( চেনশিন্দুনা বীমোলচান্দা খোংপাক্না কাওগে ভৌবা )

স্নুর্নলতা—(য়াম্না শাওনা খুকউ নাম্না লৈবাক্তা ভানা হৌগৎলগা) লেপ্পিরিবা অহুদগী খোংফম অমতং হেক হেজিল্লকপদা স্নুর্ন-লতা ঐগা থরাই হেক্তা থামিল্লগদবনি।

কোমোল—ইয়া ! উম। (ভৌকম থংদনা য়া ক্রক ক্রক চিক্লুনা লৈবা)

## ২—৮

## ( অনিশী নিপানগুবা শরুক )

অহিং নোংঙাল্লমদাইগী মতম

কোমোলগী য়ুম মাঙোল

(টেবিল চৌক্রিনচিংবা অমতা থাদরে পুংহাং হাংঙি, অহিং নোং-ঙাল্লমদাইদা খোংবা, উচেক-য়ায়া কয়াগী খোঞ্জেল তাহল্লি, মতম অসিদা সেখর অরোনবা খোংথাংদা মী কোইয়েং য়েংদুনা চংঙকই ।)

সেখর—(খোং ময়াদা চংশিন্দুনা য়ায়া তপ্পা) হো-তুম্মবরাও (তাপবা) হো-তুম্মবরা হায়বনি ।

ইবেমহল—(ইমুংদা খোৗদেমহুনা) আহম, (খোরক্তুনা হৈমা, কৈদৌরবগে তুমদেয়ে, ঐদি লাক্ত লাকঅরোইদোবোই নিংঙ্ৰে আ-চংঙকও য়ানিব্রে ।

সেখর—নংতে অা (ইঙ্গিং তৌহুনা) লৈদি লৈতেকো ?

ইবেমহল—হেয়া, মী অঙাং অনাবগী ডাক্তরদা লৈগ্নি হায়রমক্তদা ঐবু অঙাওবিদৌনা, করিনো ··· (চংমিয়খিবা) ।

সেখর—( ইমুংদা ) অদু অঙাং মশা অনারদি করি করম তৌরে হায়বগে ?

ইবেমহল—হেয়া থংদেদা থরদি ফবগুম তৌরবরা ? ঐদি মহুগী রাখনকা করিমতা চংউ-লাকউদেদা, আ-হায়হৈ হায়হৈদবা ঐদি থয়দুনা যুইগা লৈরর্থদি করাদিদকো হাপ্পলা থরবা অংনি ।

সেখর—ডাক্তরদা— ।

ইবেমহল— ডাক্তরদা, ঐনা খল্লিবা অসি লাম্লবরাও।

সেখর—নখানা খনকম থোকপা য়াকমনি চুমগ্রবা। (তাঞ্জাসিদা কোমোল টর্শলাইট অমা কাপ কাপ্তুনা ড ক্তরদগী হয়রক্তুনা চংগুকপা।

ইবেমহল—অদু চা থকখিত্রা? কা হান্না চারগত্রাও? (কোমোন চপ লেপ্তুনা য়া তাবা)

সেখর - অদু চাবু লোল্লবরনে, লোল্লবদি থকঅনিদনা।

ইবেমহল—চাবুদি গুসাইনা লোন্দুনা থম্মবনে, অদু অদোম্না লাক-মন্ত্রবা অদুদা ইংবু ইংগ্রবরা করিনো, য়াম্না থুনা শাহল্লগে। (কোমোন য়া তারম্বদগী কোম্হোংলোমদা মী লাকপগী শউম অমা হাইকেৎ কংবদগী য়েংবা, নাকন অমরোমদা অমুক থুপ-খিবা।)

সেখর—আ - থন্না থুরো, ঐ চা য়াম্না থৌরা-ঙবা জাৎনি।

ইবেমহল—ফনি ফনি, মাই হৌনবী তৌরকঅগদৌবনি, হেক হায়বগা পর-পর-হেক্তা, লাইমা গুাইগুম-শিংঙমদেদকো। (তাঞ্জা অসিদা স্বর্ণলতা, মশম-মনা ইফা-ফানা, ইল্লিবা ফিজিনা খ্বাংদা য়েপশিন্দুনা, মাইদা হুমাং মরিক মরিক কাহুন চংগুকই, অমম্ভুং ইমুংগী য়া তারি।)

সেখর—ঐগীদি য়াজদ্রবা জাৎনি, ইমা পুকমুংদগী য়াওরক্লবা, হেক নিংবগা খুদক্তা হেক্তা পাংথোকপী, মসি ঐগী হৈনজবীনি ভাব ভাবিরেদন। (স্বর্ণলতা ফিরৈদগী ছুড়ি শৎলগা ইমুংলোমদা চেনশিনখিবা।)

ইবেমহল—( থংবোই করিবোই ) হা! কনানো, কনানো হৈমা হৈমা।

সেখর - হায় হায় কবিনো কবিনো ? তাইথো তাইথো, (ইমুংদা কোমলগা লাংছনা চেরবা ।)

কোমোল —(থোরক্লুনা ইমুংদা চেনশিনখরে হাবরগা।) কনা অমতা চেনবা য়ারোই, হেক চেনদা নথরাই মাংঙে। (ইমুংদা কম্না তাহব।) ইম্না … ।

ইবেমহল—নংতে নংতে ঐগী থরাই অমুক্তা কল্লু, ঐগী থরাই অমুক্তা কল্লু । (ইমুংদা কোইনাং লাংবা।)

কোমোল—উম, নংনা হৌজিক কদাইদা চেনগনি, ( চৈ অমমা ইবেমহলগী মকোক্তা থাবগী মখোন তাবা)

ইবেমহল—( ইমুংদা ) আ !

কোমোল—থংজন্না ? (সেখর ইমুংদগী কম্না চেঙ্খোরকপা, স্বর্ণলতাসু চেঙ্খোরক্লুনা ।)

স্বর্ণলতা—চেনগন্নু ! করিগ্নু নৈত্রবী নিগী মচা ঐঙন্বা অমনা তান্ন-রগা নংগুম্বা নিপা অকনবনা চেনবা হৌনবরা ? মংন্নু ঐনা হোৎজক তৌগদৌবদি (পাইশিন্দুনা সেখরদা ছুজিনা শিনগে তৌবা, সেখরনা থৈদোক্লুনা ন্যকন অমরোমদা চেনগে তৌবা )

কোমোল—(চেঙ্খোরক্লুনা) খবরদার ! (চেনশিন্দুনা থংপা) । লৈপ্পিবা অহনগী খোংফম অমতং হেক লেঙবদা নথরাই মাংঙে, চংপা য়ারোই । (স্বর্ণলতা মকোক্তা ফিজিনা থুমজবা)

ইবেমহল—আ ! (মকোক কাইদুনা লাইবক্তা ঙৈবা পুম্নমাক ঙাংনা কেম্থনা থাওরি থাওরি তোহনা থোরকই, মরম তাবা অসিদা নোংঙাক্লকপা ।) আ ! আ ! (নুথবা) ইস ! ঐ কবিনো অমা তৌরে ইস !

কোমোল—(সেখরগী মনাক্তা চংশিন্দুনা মুন্না য়েংঙপা) হা-হা-হা (নোক্কুনা) উম, (ইবেমহন্দা খুৎনা থিল্লগা) মাগী ইন্দোলগী মচা নিপা, হা? হৌজিক্তি করি ওইরম্মবা শানা-ঙামা চৎকদোবা শাজং চৎপা, জঙ্গলদা লৈবা খুড়াগী মচা, পা ওল্লবা (নোক্কুনা) হা-হা-হা উম, হৌজিক্তি মখোই অনিগী মতম শুরমাল্লে, হুরানবা হুরানবী অনি ফারেদো খুড়াগী মচা খংহৌদনা ফমখোন অমা কাবা তারেদো। (নোকপা হা হা-হা

ইবেমহল—নৎত্তে ঐ ঈশিং খজিক্তা থক্কেবা, থৌনাও অসি থরক থরক কংখরে ঈশিং খজিক্তা ... ...।

কোমোল—হায়, ইউ ক্রুড কয়াড, মানা ঈশিং থক্কে হায়রিবসে নং ননাহ্ তাদরা, নংগী নথুক্তগী ঈশিং পিথক্কুনা মাগী চাল্লবা মৈচাক অসি ইংহল্লু, ডু ইয়োর ডিউটি, কা-মে'ন হিয়ার। (সেখরবু লাক্কুনা চিংশিল্লগা, ইবেমহলগী মনাক্তা মগুকশম পাইহুনা নমশিনবা) ননসেন্স।

স্বর্নলতা—হা! মুংঙাইরে ঐগী নিংবা থুংডে, অসিগী মথংদা ঐনা হৌজিক ভোগদোবদি ছুড়ি শৎলগা মতোমতা থিঙ্গগে তোবা।)

কোমোল—ছি! করিনো করিনো অমুক্তা ঙাইখো, ঐগী ব্রাসে অমুক্তা ঙাখো, নংদি অহল্লা লমখাংদা নপুন্সি মাংবা য়াবা মী অমা ওইরমল্লে, নংদি ধর্মা য়ম্মা লৈরবী, কমচৎ শাজংতা হোগংলকলিবি নিংডোল মৌ খুদিংমক্ক। ফিদয়নিংঙাইগী মশক ওইরবী, মপুয়োইবমু য়ম্মা নিংবী, অচুম্বগীদমক্তা শিবা বিক্রবী মৈতৈ চনু ভশেংবী অমা ওইরম্মে; অসিগুম্মবী নংগী নফমদা

ঐনা করি হায়না শিংথারসিগে ঐ হায়বক খংজরে, উমঃ ঐনা নংগী নকমদা ৬সিদগী কৌরগেকো, করি হায়না "ইমা" হায়না মসিনা নংগী অপেনবা ওইরোকো, আ অতুগা ঐগীমু মুংঙাইজবা ওইরগেকো ইমা।

স্বর্নলতা—আ—করিমু খংজরবী তোল্লবী ঐবু অহুম্মা শিংথানবিবা আ—ঐবু ভাকপিয়ু। (খুরম্বা)

কোমোল—আ—রাৎলিবনি রার্থলবা ঐনা হায়বিবা অসিনমু পেনবা নৎতেনে ইমা। আ অতুগা, হৌজিক নংগী নথুঙা পাইরিবা থাং অদো ঐঙোন্দা অমুক্তা পিয়ু। করিগী চিংর্নরি, নংনা ভংশংবী লমচৎ-শাজৎতা ফজবী নপুরোইববু রায়া নিংবিমক্তা ওইরবদি কোমোল ঐনা হায়বদা নংনা শোয়দনা য়াফম থোকই, কদায় থাং অদো ঐঙোন্দা পিয়ুনে ইমা—। (স্বর্নলতা খয়া চংশিন্দুনা ছুড়ি কৈবাক্তা থম্মা, (কোমোল হন্নাওনা) হা (ছুড়ি লৌশিনবা অতুগা ঐগী রাসে অমুকা মুন্না তাও, পুন্সিগী মুংঙাইজগে হ য়না তানথংচরকপদা লমথাংদা মর ইবক থিত্তুনা, মা থাইগা মি মাল্লরবা ঐগী ইনাও বীমোলচান্দ (কপতুনা) মমাম্বা ঐনা মীরা চানরুতুনা অখিবা রাহৈগা লোইননা ফুতুনা তানথোকপ্রবা মহাক অহু কোইথি থিরে হায়রগা অম্মা হ য়য়ু। ঐথোই পুরমকপু মাংবা শিল্লমলবা মতু পানবা শাদগীমু হেন্না তোল্লবা মীশক অনি অহু মকম অসিদা ফাহনা লৈহৌরে, খুদক অসিমক্তদা লাকুনা মথোই অনি অসিগী মথক্তা করিনা লম্মন থুমনিংবগে মাগী অপাম্বা অহু পাংথোকঅগে ঐনা ভাইহুনা লৈহৌরে অদুন্না

লাঙ্গত্রবী স্বর্ণলতা হৌজিক নংগী মনাক্তা লেপ্তুনা লৈরেন-
হায়, মাবু নংনা হয়াও হয়াওনা অমুক্তা লৌশিন্নু।
খাম্বোলচান্দ—ও! (হয়াওনা) আ—কদাইদনো স্বর্ণলতা।
স্বর্ণলতা—(হয়াওজনা) ইবুংঙো। (খুয়মজবা)
নিলচন্দ্র—(তাপ্পাশিদা কি-বিশি শেংলগা চেনশিন্নরুনা) স্বর্ণ-স্বর্ণ-
লতা। (শাওবা পুক্নিং স্নুংশিবা কয়াগা লোইননা) মতৌ
করম্না নং মকম অসিদা ...... । নংত্তে চংশি লাও।
কোমোল—আ—নংত্তে নংত্তে, অমুক্তা তপথখো, অশাওবা পুম্নমক
অমুক্তা ইংথখিসি। পুম্নমক নচলগী মরাল অমত্তা ওইরমজ্ঞে,
হৌজিক থবক্তা থৌদোক্না লোইনা ভাকএ। ঐখোই
পুম্নমকপু মাংননবা কায়ননবা শিন্নম্বা কংত্রবা মীশক অনি
অহু ফাহনা মরালগী মতুংইন্না, যুম অসিদা পুংলসিগী অমুক
খোংগুল তারদনবা অরোইবা য়াহৈগা লোইননা তান্থোকখয়ে,
অহনা হৌজিক্তি পুক্নিংদা স্নুংঙাইতবা য়ারৌম্বা পুম্নমক
কাওনহুনা মহৌশাগুম্না লৈরম্লিমে, করি হায়বগে?
নিলচন্দ্র—(স্বর চনিং তানা হোন্থহনা, খ্বাংদা কিশি কিরম্বা কি লৌ-
খোক্তুনা) পুম্নমক অসি থংন-তানদবদগী থোকখিবা ওাক্তম্নু
ওইরমন্নু। অহুগা ঐগী মরাইবক থিরবী ইচন্না লাঙ্গরম-
দবসে মসিমক্তনা ঐগী স্নুংঙাইজবগী মথক্তা পেঞ্জবনি—
আ—ইবাই ইবুংঙোবু (খুরম্বা)
কোমোল—(খুরম্বা ওক্তুনা হয়াওনা) হা—অহুনিদনা নশানা লৈবাক
মচা তাবা, শঙ্গতৌবা হায়বা মী অসিদি থক মায়বা নংত্তে
ইবাই য়াম্না স্নুংঙাইরে ইবুংঙো।

নিলচন্দ্র—ইবুংগী ইবেম্মা স্বর্নলতা নং নিংথিনা লৈয়ু ইবাইইবুং-ঙোগী সেবা-লাংবা নিংথিনা তৌদুনা শ্যামকুমারবু মংমকী নবুক্তগী হেক তাবা নচামক্কি হায়না খদুনা য়াম্না মুনা চাম্না তৌদুনা নংগী পুজিগী অমতা ঙাইরবা পামেল মকমদা থুপত্তুনা নিংথিজনা লৈয়ুকো ইবুংগী ইবেম্মা। অসিতনি ইবুংনা মংঙোন্দা হায়গদৌবা হায়রবু।

স্বর্নলতা—তাদা—। (খুরম্বা)

কোমোল—হায় বীমোলচান্দ (বীমোলচান্দনা নিলচন্দ্রনি হায়দুনা - স্বর্নলতাদা খুরম্বা)

শ্যাম—ঈ'হ ইহে শোয়রে শোয়রে পাবুংঙোন শোয়রে। (স্বর্নলতা ফুক হৌগৎতুনা থৈদোকপা। অশোমদনি অশোমদা, (বীমোলচান্দগী মথুং পাইদুনা চিংঙগা নিলচন্দ্রদা খুরমহনবা)

নিলচন্দ্র—আ—য়ারে য়ারে। (খুরম্বা ওকপা)

শ্যাম—পাবুংঙোন নং ইন্দোলমচাদা খুরমজ্রেদো। (ময়াম য়া লাওনা নোকপা) হা হা হা—।

কোমোল—(নোক্তুনা) হা-হা-হা ইয়া মসিদি। আ—য়াম্না মুংঙাইরে। ইপাগী ইবুংঙো শ্যামকুমার, নংঙু মহৌশাগুম্না হয়েংদগী হৌনা নংগী ওজাদা লাইরিক তম্বা অমুক হৌবা তাবেদো।

নিলচন্দ্র—(হরাওনা) আ—ঐনঙু থরাই য়াওনা তম্বীজরগনি।

শ্যাম—ওঝা। (শলাম তৌবা)

নিলচন্দ্র, কোমোল—(হরাওনা) আ—হিয়াং [illegible]।

(নিলচন্দ্র, কোমোল হরাওনা খুবাক [illegible] বীমোলচান্দ, স্বর্নলতা হরাওজা য়েংনজবা ... ...)

[লাইট ওফ]

লোইরবা



# ইজবা খরদং

ইজবা
এঃ জয়চন্দ্রা সিংহ